মৈতৈগী ঈজ্জৎ

* কমলাস্না রাজকুমারীনা মঞ্জিৎ পব্লিকেসন মেইরাংখোম লোল্লাওবুং ইম্ফালগীদমক ইং ১৯৯৫ দা অহানবা ওইনা কোপি ৫০০ দং সুচেতা প্রিন্টিং রার্কস, লোল্লাওবুং ইম্ফাল প্রেসতা নমহল্লগা কোওবা।



Meiteigi Izzat-A collection of fourteen short Stories by E. Sonamani Singh. Published by Kamalasana Raj Kumari, for Manjit Publications and Prtnted at Sucheta Printing works Moirangkhom Imphal.

Rs. 45.00

## রা অমনীদং

মৈতৈগী ইঙ্জেং পূম্না বারী মচা শুরামররীগী অপূনবনি। রাখলগী মঙলান ইচেম্না থেংলু-থেংলুবা হিদেন্দা থেংনরুবা থর থোমজিন্দ্রতুনা মণিপুরী সাহিত্যবু সুংশিবীবা পূম্বগী মাঙদা থমজরী মিয়েং তাবিনবা।

বারীশিং অসিদা য়াওরিবা শক্তম পূম্বা ঐগী রাখলনা য়েকচবা ঙাক্তনি, হিংলিবা নত্রগা লৈথিত্রবা কনাগুম্বগা মান্নবা য়াওহন্নবদি মচু মতা চানরুবনি হায়না লৌবিন্নু।

এলাংবম সোনামনি সিংহ

## য়াওরিবা

১

# ওঝা মাধব

ঐহাক অইবা অমনি। শেমজিন শাজিন্দুনা ৱারী মচা মঙা তন্না ইগ্রে। মীনা ফজে ককা হায়বীরকপস্থময়াওই। অস্তুবু ইশানা হেক থেংনরুবা থৌদোক অমদি থাঙ্গে শেংনা থোকখিবা অসিনা ঐনা শেম-জিন শাজিন্দুনা ইগে থন্নপ্পা অমদি ইখিবা কয়াদগী শরুক তন্না হেন্না ফজরমগ্রে মসি মী অতৈদা তনহনা য়াম্লমক তাইহন্নিংলে। ভংবীয়ু মরূপ থাঙ্গৈশেংবা থৌদোকসে :—

মাধব কলেজগী ওঝানি থওইদনা? মাসে কয়াদা তপত্রবা ঈংশ্রবা! মী থ্বাইনা হান্নবা ওঝা অমা ওইবগী গুণ চপচানা লৈ। ইংরাজি সাহিত্য লৌবা বি এ ওনর্সকী ছাত্র অমত্তনা ওঝা মাধব থঙদবা য়াওরম্লোই। তাকপীবা তম্বীবনা মথৌনি থন্নবা মাধব—মশাগী কলেজশীতা নত্তনা অতৈ কলেজগী ছাত্র ফাওবা মঙোন্দবু হংলম্নবদা মশাগী থবক ছঙোক্তুনা ফঙনা মমুৎ তানা তাকপী। শেম্ম,মপী, ফমগী রাথল থন্নুদে। করি অমুক হায়গনি ইমুং মন্থুংগী থবক কাওবা থোক্তওদে। লাইব্রিক পাবা, তম্বীবা, লাইব্রেরী চৎপা, অনৌবা পত্রিকা, থবর পাবা তাইহাক্তা শংদে। ওঝাদা ওবা হান্নবত্থনি। চাবা থকপা য়াস্তে; মপা মমাবা মতীক চানা থম্বীরম্মী। মাগী মুপীস্থ মচিজাক চাজবা ইমুংদগীনি, মতিক

চানা উল্লকই-- লৌ-ইংখোল য়াওনা ; কলেজগী ওঝা তেক ওইবা চহিদা মাধব লুহোংখি ।

লুহোংবা মতু' চহি তরা হৌখ্রে । মাধব মনিত্তা মচা উত্রি । মাগী লুপীনা মচা অমত্তং ফংননব লাইফম কয়া মন্দির কয়াদা চৎলুই, খুরুমজরুই । মাইবী মাইবা শেল-লুন— লাইমাঙ যম্বা য়াও-হৈরুক হৈরা-কা —ঈরাৎ-চবান থৌ তৌবা, লাচব'গ তাবা খয়োম লাকপা পূজা তৌবা মশাং নাহদে মহাবলী ঠাকুর, অরাম্বম নিত্যাইনন্দদগী হৌদুনা নিংথৌখোংগী ওক্সরেন ফাওব চিংখদ্রে অদুবু অঙাং পোক্লবগী মমী খিত্তা ফাওবা তমখিদ্রে । অসিদগী হেন্দাকুন ডাক্তর, মাইবা, এক্সপার্ট কয়া তান্নরুরে য়েংহল্লুরে ; মখোয়না তক্লকপা পাউতাক মতুংইন্না হিদাক লাংথক কয়া চাবে, এক্সরশাইজ কয়া তৌরে । অসিনস্তু পেল্লদুনা সাধু সন্যাসি কয়াগী পাউতাক মতু' ইন্দুনা মংং মংংগী, মখল মখলগী পুজা, উন-খোৎনবা, তিন্নবা কয় হোংনরে চাং য়েংলে । ইপা-ইপুগী চৎনরকপা নিয়ম, শাস্ত্রনা য়াবা পাম্বৈ কয়া চাং য়েংলে , অসি মঙায়রে মখোয় অনিনা হোৎনজবা । অদুবু মনিত্তা মচা উবদি মফংদ্রে ।

মমৈদা চয়াম পোকপা মনাও লুপাগা হন্দক পোক্লদৌরিবা মচাসে মহাকী ওইজরগে হায়না মনাও নুপা অমম্মুং মনাও লুপীগী অয়াবা লৌদুনা শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না পোকপদা ঙায়রিবা মচা লুপাদু লৌদুনা মাধবকী লুপী মৈনীং কুমলে । শাগৈ য়ুম্মাং পাও চেল তক্লকী ইপান থা, হৌনবী মতুং ইন্না চাওনা যষ্ঠি শোল্লে । "মতম কুইন্না অঙাং পোক্লবা মাধব মচা লুপা অমা পোকলে ।" হায়দুনা হরাওরবা মরূপ মপাং, শাগৈগী অহল-লমন লুপী মপামগী মী যষ্ঠিপূজা লুমিত্তা হিয়াং কুম্মৈগুম তিনখ্রে । লৈকায়গী পোৎয়েং মপামগী পোৎয়েংদগী হেন্দোকুনা মরূপ মপাংনা দান থাদরবতনা মধবকী লুপীগী সেঙ্গাও চোনখ্রে ।

ইশৈ নোংমাই য়াওনা চাওনা যম্থি শোনখি। মঙোম ক্ষীর ভগনা নাত্তান পুম্বা হৈখখি। ওঝা মাধবকী মচানুপাগী মস্থিগী ভল মঙোম ক্ষীর মুমীৎ কয়ানি চুপ্পা থ্বাইগী ইংবী শীংনন ওইখি। নওস্থু যম্থি পুক্তাহু লাকপদাইনে।

"হোয় দংনস্থ লুপা ... থাদরগনি।"

"হোয়নে, অদুদগী কমদৌখ্রে খভবরা ?"

অণ্ডাং অমা হেক পোকপগ প্রোগ্রেম অদুম হৌরে। থবক য়াম্বা কোয়ম্বা মাধব মতৌ মনাও থবক খংচিন চিংশিল্লকই। কলেজ কারম-দাই ক্যাওবা মচাগী মনাক্তা লৈ কালেজদগী হেক হল্লকপগা—

"দেবদত্ত কদাইদা লৈ ?" মনাক্তা চংই, লঙৈন অণ্ডাংগী মতৌদা মতৌ মনাও নোকচৈ। খুম্বা অণ্ডাং মনাক্তা মাধব মতৌ মনাও অয়াম্বা মতমদা লৈ।

"শাস্থা! কৈদৌহৈনো অণ্ডাংগী ডি পি টি ইপ্রেশন তৌবা আর এম সি চংকদবদো ?"

"হয়েংনি।"

"অদুদি ঐ চুটি লৌদবা যাদ্রে।"

"অণ্ডাংগী মঙোমস্থ লোইখ্রে কৌটা অমত্তা লৈবীরকউ'

মাধব স্কুটর তোংদুনা বাজারদগী মঙোম কৌটা লৈরুই। মরক মরক্তা অণ্ডাং দেবদত্ত চাবা তুমদনা মখোঙ চিফেং চিফেং হাম, নারকপা কান্দা ডাক্তর কৌরুই গ্রাইপ রাটর পীথকই---। সিগী মথক্তা মাধবনা মাগী মুপীদা হায়খি

"শাস্থা নহাক মোরোক ককা পংচা চাদু অণ্ডাং মখোঙ তোয়না হামলিসি উব্রা ?"

অওইবমক মাধব মচাগী খনবদা গ্রাপ্লো, অমুল মঙোম্বা য়োক্লীবা দেব-দত্তনা খিত্তং মশা ভুমত্তবদা মাগী মুখী শাংদা— মানা চাবা কায়দগী নাবনি হায়না তত্তনা মবাল শীরম্বী মোরোক অচুক পামগ্রবা

নোংমগী অমেংপা, অনোইবা, অতোংপা অমা য়াওজিনখৈ চারমদবা শাস্তা চক্ষুং কাংসোইত্তা চাগ্রে। মচানা খিত্তং হেক মশা শাগৎপদা "ডাক্তর কৌরু" হায়তুনা মাধবতা শুংতুনতা লৈ।

দেবদত্ত থা মঙা শুরকপদা চউন্মে। অমত্তা পোকপা মচানুপাগী চউম্বা হাইফেৎ চাউনা তৌখি। ওঝা মাধব মতৈ মনাওনা মরুপ মপাং শাগৈ নাতৈ কয়ামরুম বার্তন তৌতুনা উৎসব তৌখি। পুজা মুংজা লোইরবদা দেবদত্ত করাংজি ফিদা থক্তা উপ্রাক্সা হিপহল্লগা—

"য়েংউ য়েংউ ক'রি করি পায়।"

"লাইরিক্তি পায়দেনহে –"

"পৈশাগা ফোগা হেক্তা পায়নহে—"

মল্লাম য়ারা নোকখি মাধবকী মকুনা হায়খি—

"ইশুদি ইনাক খুন্দোরিদনা।'

চউম্বা মতুংদা অঙাং চাক ইন্নবা অযুক মুংখিল মুংদাংদা চাওবী অশাবা থোংবা ওৎপা শুমু লৌবা মৈতৈ থুম-শুমু অরোবা চাক চবেৎ চবেৎ মেত্তুনা চাক ইনবনা মথৌ অমনি শাস্তাগী। মঙোমমু পীথক্তবা য়াবা নত্তে।

পানথংলকপা থাক্তগুম দেবদত্ত হুম হুম চাওরকই। চহি ৩ চং-লকপদা মোণ্টেসোরী স্কুলদা কাহল্লে। অযুক তুম্বা হৌদোক্তুনা অঙাং স্কুল চৎনবা শেম শাবা—মফিমরোল শেৎপীবা, খোংউপ উপ্পীবা, টাই পুনবা মাগী টিফিন হাপ্লবা– ব্রেদ, বটর, বিস্কুট নত্রগা তলনচিংবা শেম শাবা লোইরগা স্কুলতাপ্পা স্কুটরদা পিনবা; হোরেন পুং তরা তারমদাইদা অমুক লোরুবা– মসিদা মাধব মতৈ মনাও ঙাহাক্তা শংদে। প্রো: মাধব—করিগুম্বা কাপ্পা কলেজ ক্লাস থেংবা য়াওই।

য়ায়া পীক্লৌতৈদগীহৌনা দেবদত্ত—মানা পায়খিবা পোৎ মুলুবা য়াদে—হেক মুলুবদা হাং-য়াং কপই। স্কুল কাবা হৌরকপদা মাগীনি হায়তুনা

মঙোল্পা শীৎখিবা পোৎ অমত্তা অতৈনা শোকপা য়াদে, শোক্ল য়বদি য়াম্না শাওই—মহুগীদমক অকি অথং থওদে।

নোংমা দেবদত্তনা চহি মঙারোম শুরকপদা ওঝা মাধবনা কলি-কতাদগী লৈরকপা টেঙী বিয়ার লাইথি অমথক পায়হুনা পমহুনা শান্ন-রম্মী। মানা মহু ঙাইহাক্কং থমলিঙৈদা মাগা শান্নমিন্নরিবী মাধবকী মনাওনা পোকপা মচল মুপী চহি ৩ লোম শুরবিহুনা পায়হুনা মখোয়গী ময়ুমলোমদা হেক চংখ্রে। দেবদত্ত পরপ পরপ ভান্নরক্তুনা মুল্লুরে। মচন মুপীহুম্ থাদোক্লে থংনরক্লে কংরক্লে। মাধবকী মনাওমুপীনা হায়খি "ইচনবু ঙাইহাক্কং পায়হল্লু"। দেবদত্ত য়ানিংদে—কল্লা হেক মুল্লি—মচনমুপীহু খিনা হেক ফুবিরে। মমাহুনা শাওরহুনা দেবদত্তদা থুবাক্লা শেং থারম্মী-অহুগা মচামুপীদগী টেঙি বিয়ার অহু মুল্লপ। "লৌখ্রো সে" হায়হুনা লংখোরকপা মতমহুমক্তা মাধবকী মুপীনা হেক থেংনরুরে। দেবদত্তনা থংকপ কপ্পকপদা খিরকপনি কদায়দনো। হাইকেং উহৌরবা মাধবকী মুপীনা মনাওমুপীদা খোন থর কল্লপ—"করিগী অঙাংদা অহুথ ফুবিরিনো?" হায়রুবদগী চিন্দা পাউদাননা ঙাইহাক থংনরম্মী। মচাগী মীচঙ চঙলিবা শান্দ্রাগী মতৌহু উবদা মা উনবা লাকপা মাগী মমানা মচামুপীবু থাম-দোকলম্মী—হায়খি—"হাক্লা হাকন চঙলুম্ন কৈনা ভোকপা পোকপা চৌনদে—নচাশিম্ মরাল লৈরমগনি।"

মনেম্মোকী য়াহু মাধবম্ভ ভাখি। মৈতৈ পাউয়ৌদা হায়নবা য়া চুমদবা নত্তে। দেবদত্ত মাগী মচা ওইরবম্ মনাওমুপানা হেক পোক-পনি। মনাওমুপাগী লমচং-শাজত্তা য়াম্না কয়াম মিহৌ চাওবা—কল্লক খম্বন চাওবা মপোং মখৈ লৈতনা কা ছেল্লা লুবা, মী উশিত্তবা, থকসি খাসি মাইদনা অনম কনবা, মীগী য়া ভাদবা, পুন্নমক অসিবু মচা দেব-দত্তনা লৌরগত্রা? প্রোফেসার মাধব য়াথল্লা চমহৈ। লমচং য়াথল মমা পুক্লংগী মমা মপাগী পুহুং ইল্লবম্ মানা লৈরবা মকম, নক্লবা

ভিন্নরুবা সঙ্গনা শেমদোকপা যাই— হায়বসি ওঝা মাধবকী রাখল্দা চন্না থাক্লবা অমনি

মুমিং অচু ওঝা মাধব মচানুপা দেবদত্তসি করম্বা মীওং অমা ওইরক্কদগে হায়বা থন্না থন্না কলেজ চংগি— কলেজগী সাইকোলোজিগী ওঝা তোম্বা অমদি লাইফ সাইন্সকী ওঝা মনি অনিমক উনজুনা হেরিদিতিগী মত্তাংদা থম্ন নিনকই ওঝা তোম্বনা হায "ওঝা মী অমগী মীওং লেপ্পসি— শাগে ল্লাং, ইমুং অমদি কাওলুপ অতুগী নিয়ম থরনা লেপই। অতুনা মী অতুগী কুচ কুরেন, রুংবা চাওবা, মপাঙ্গল মথৌনা হৈশিংবনচিংবা তোপ তোপ্পা ওই ওই মীশক অচু মী অতুগী মমা মপা মপু মবেনগী মমা পূর্বজংগী ওইবা শক্তম থরদি লৌদবা লৈতে।"

ওঝা মনিনা হায— "ওঝা মাধব, নুপীগী যেলদা য়াওবা ক্রোমোসোম X X গী X অমগা নুপাগী যেলদা যাওবা ক্রোমোসোম X Yগী মরক্তা অমগা তিন্নবগা অমাং ওইবকই নুপীগী X কা নুপাগী X কা তিন্নরগা অওাং অচু নুপী ওই অতুগা X কা Y গা তিন্নরবদি নুপা ওই। মপাগী X ক্রোমোসোম অচু মপা অনাবা পক্লবদি মচু মচানুপীতুদা পকই— মসি থোইদোক্লা কলর ব্লাইণ্ডনেস; হেমো ফিলিয়াগুম্বা লায়না ওইরবদি হেক্তা লৌনৈ অতুগা করিগুম্ব মশা নুপীচুনা নাক্রবদি মচু মচানুপী অতুগী মচানুপাদা ট্রান্সফর তৌই। অতুনা মম মপাগী শকওং শক্তম্না মী অতুগী শক্তম লেপই হায়বসি শোয়দবনি।"

ওঝা মাধবনা হায়খি "ঐগী মোংফি থবা। মী অমগী মী অমা ওইবগী শক্তম লেপ্পসি মাগী অকোয়বদা লৈবা পোৎশক্লা অমদি তিন্ন তোংনক্লবনা লেপই।"

ওঝা তোম্বনা পুম্নকই —"হোয় ওঝা মাধব ! মী অমা ওইবগী শক্তম লেপ্পসি মম পূর্বজংগী ওইবনি—হেরিদিতিনা লেপ্পী হায়বদি মান্নবনা মান্নবা পোকই নত্রগা এনভিরনমেন্টনা হায়বদি মী অতুগী

অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশকা অমদি তিন্নতোৎনরকবনা লেপ্পী হায়বা রাফম অনি অসি আঃ—মতম কুইনদগী য়েৎনরক্লবা রাফম অমনি।"

ওঝা মনিনা রাপাংলকই "হোয় য়েৎনরিবা রাফমসে লৈত্তবা নত্তে—অচুম অচুম ওইনমক ঐগী মোত্তুদি হেরিদিতিনা লেপ্পনা চুমগনি খল্লি—মরমদি য়েংবিয়ু অডাং অতুগী শক্লৈ শক্তা কুচু কুমেন বাঙাং শঙাং শোয়দনা মপা নত্রগা মমাগীগা মান্নগনি। অতুনা মমা পুক্লুংগী ওইবা মীশক অমা ওইবগী গুন ভসে অকোয়বদ লৈবা পোৎশক— হায়বদি য়োকথাক্লকপা তম্বীরকপনা থক পুংহো' হোংহনবা ঙমলোই।"

ওঝা মনিনা রাফমসে ওঝা মাধবতা কয়া য়ানিংদে —হায়রকই—
"ঐগী মোত্তুদি চঙা অমগা চুপ্পা কিভমসে মাগী অকোয়বদা লৈবা পোৎশকা অমাদি নানা ফংলকপ খুদোল চাবা কয়ানা লেপকনি।"

অতেংবমক্তি রাফম অনিমক্তসে হৌবা হৌরা অহেনক চুম্মী। থুদম ওইনা হায়রবদা মম মপান ইশে তৌবগ মচান ইশৈ হেংগল্লি—মসি ঈশৈ তৌবা মম মপগী মতৌ ওংদই, হৌবা য়ই— মন্ত্রগা— মমা মপাগী ঈশৈগী শক্তি অতু মচা অহুদ মমা পুক্লুংদগী হাপ্পরকপা ওইবস্তু য়াই। অদুবু তাইফ ফুবা য়াম্না হৌবা খুদা অমনা অডাং ওইরিত্তেদগী হৌনা তাইফ ফুবা হৌবা মচা পোকনি হায়বসিদি থাজবা য়াদে মী অতুগী অকোয়বদা লৈব পোৎশক এনাভরনমেন্টনা শেম দোক্লবা শাজৎ অমাদি তম্ন থোৎলুবদগী হৈরকপা মহে অতু মচা মশুদা ত্রান্সফর তৌদবা য়াই অদুবু মা অতুগী হেনাংবা, মথোনা অমদি পুক্লীংগী ফিভম পুথদি শোয়দনা মচা মশুনা লোই

ওঝা মাধব মপুক্লীংদা কয়া য়ানীংদে মাগী মোত্তুদি তম্বীবা, লোই-নবীবা সঙ্গ, চাকচা য়ুথক অমদি থুদোংচাবা ফংহনবনা মী অমগী পুক্লি শেমই অমম্মুং মীশক মীওং অদু লেপকনি—হেরেদিটিনা থক ওইরোই।"

হায়বা অসিনি। অতুনা মনেঙোঙী য়া "কৈনা তোকপা পোকপরা" হায়বসি মঙোন্দদি চেলেজ অমনি। মসি মায়মোং য়াম্না দেবদত্তবু মাগী পুক্নীংগী অপাম্বা মতুং ইন্না শেম্বা হায়বসি মাগী রাশল্লি।

মুমিং অতুদা উনখিবদগী কন কুইরে উনখিদবা ওঝা মাধব। ময়ক ময়কদি তাখি—অমেংলোংদা, ভেংনৌপলদা, মাওদা—পোট্টীং জাবা মকমদা ওঝা মাধবকী পাও—ঐঙোন্দা হেক হেক তম্লম্মী। তাখি দেবদত্ত—রাম কৃষ্ণ মিসন স্কুল বেলুরদা—ভমঙ্গ্রে—পাখণ্ড কাঙ্গ্রে লুহোংঙ্গ্রেনচিংবা। সরকারগী চাকরী পুন্সিগী অয়াম্বা মতম চৌংদা মান্দা পোট্টিং তৌতুনা লেল্লুরে। থবক পোত্থায়মদাই থা ৬।৭ তা ভায়রবা মতমদা ইন্কালদা পোট্টীং তৌরে। থা মরি মঙাদি পেনসিনগী চেক্সুং লোইশিন্নবা হোৎনরবা কাওবদা পেনসিনগী চেক্সুং লোইশিনবা ভমদনা থর রাংনা—থবক্কী পোত্থারে। খঙ্গ্রে—থবক্কুগী পোত্থাগ্নুগা থবক তৌমিন্নরম্বশিং কাওবনা থওইবিদ্রবা মতমদা পেনসিনগী চে করম্বা কান্দা লোইশিন্দুনা ঐগী কংকম পোকপা পেনসিন ফংগবা? থবক্কুগী পোত্থাগ্রবা মতুং চহি মঙা তরা কাওবা পেনসিন ফংখিদবা করিগুম্বা কান্দা পেনসিন অহু ফংদ্রিঙৈদা শিবনা হানখিবা কয়া উঙ্গ্রে। অতুনা ঐঙাক প্রোবিজনেল পেনসিন কাওবদি ওরদর থোকহন্দুনা ফংহৌখি। নংলমদ্রবদি কনা নীংখিনা রারমগনি।

সরকারগী থবক্কুগী পোত্থারবা, পেনসিন ফংলবা তুংদা নোংমা অয়ুক ওঝা মাধবকী য়ুমদা চৎলুই। ওঝা মাধব মঙৈ মনাও অমত্তা লৈরমদে। দেবদত্ত লৈরমই—"ইবুঙো! ওঝা মাধব লৈব্রা?"

"হয়ুবদো মতু মপামদা লৈব্রে।" দেবদত্ত রাঙাংবদা য়ুনম হাইকেং নমই।

মথং তুমিং অমগী লুংথলদা ওঝা মাধবকী ইতৈমা খোইগী মপাম থুরাই লমলোঙদা চৎলুই - ওঝা মাধব শুমাং মতোন্দা কি অমা ইন্নতুনা কক অমদা

কপোক হিপ্পোই তৌহুনা মুংশা য়াইহুনা লৈরম্মী। মহাকম্ন পেনসন কংলে—থবক্তগী পোশ্বারে। নখোয়গী হৈম্মেমম্ন মনাক্তা কমহুনা কা শোইহুনা লৈরম্মী। ইতৈমা কা য়ায়া পাম্বনি। নওম্ন থওইদনা। ওঝা মাধব মরাও য়ায়া কংলে, মশা য়াম্না ওমদনা উই।

ইতৈমানা ঐবু উবদা—"ইবুঙো লেঙলকলিবরা—কদোমদা লেঙঙ্কই-" "ইতৈমা ঐহাক বিজয়গী মচামুপী নুঙোংবা য়াওকই—ওঝাগা ইতৈমগা সিদা লৈ হায়বা তাহুনা চঙজরকপনি করম তৌবিরি ?"
"ইবুঙো শিবা ঙাইনবা পঙৈল লৈরি।"
"সোমদা লেংশিন্নু—নহোই ওঝাগা রারী শারম্মু—ইতৈমা চা লোন্নুখিগে।"
হায়হুনা মানা কম্নম্বা মোরাহ্ন থারম্নগা ইমুং চঙংখ্রে।

ওঝা মাধবকা ঙাইহাক রারী রাত্তাই শান্নরম্মী। ইতৈমম্ন চা পুথোরক্তনা চা থকমিন্নরে, রারী রাত্তাই শানবক্তম্ন য়াওররে।

রাগী মতাং থোক্লকপদা ঐনা "ওঝাগী হকচাংম্ন য়ায়া ওমদমা উরে ইতৈমম্ন শোম্নে। য়ুমদা হন্দুনা ইচা দেবদত্তগা ইমৌগনা লেবা তৌহুনা মুঙাইনা লৈরুবনা কম্রা ?"

দেবদত্তগী মমিং পন্নুবদা ওঝা মাধব মতৈ মনাও ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈখি—।

ওঝা মাধব তশেংনা মনাকোংনা তারি—মমিন্তা শং শংনা উরি—মুমিং অহুদা থোকখিবা পুম্নদো—

"হন্নুবা ! নঙনা করিগীনো ঐগী লোবু মেমচাদা পীথোকলিবা ?"
"ইবুঙো পাবুংদা অহুন্না হায়বা হৌনদে।"

"করি হন্নুবী ! নঙনা ইনশিন্দুনা তৌ্রবা নত্রা ? অওং-অপা ইশা শারদনা। নখোয় লৈরবদি ঐগী ইপোং ইরন তুম্বা তারে। চংপিগ্রো চংলো! নখোর অনিমক ঐগী য়ুমসিদা লৈবিরম্নু।"

দেবদত্তনা মমাবু মশা পায়হনা থোঙগী মপান্দা ইন্তোরকপা উখি—।

ওঝা মাধবকী মচন মুপীনা পোকপী মানা লুনা তৌজবী দেবদত্ত-গুম্না পীক্লিঙৈদগী য়োক্লক্লবী মেমচাগী লুহোংবা মতমদা মশাগী লৌ পরী মঙাগী মমুংদগী লৌ পরী অমথক মেমচাদা উনখিবা—মেমচাগী মমিং পানবীরুবা মুমিত্তুদগী দেবদত্ত শাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মুমিং খুদীং য়ু থক-থক্লুনা ময়ুমদা হল্লক্লগা ময়ুমগী পোং চৈ থুগাইখি। মথংগী মুমিত্তুদা থৌদোক অসি থোকখি।

ওঝা মাধবকী ইতৈমস্তু মমিত্তা শং শং উখি - মনাদা তশেং তশেং তাখি—

মানা মৈনীং কৃষ্ণ দেবদত্তনা কপ্পা খোঞ্জেল—মশা খজিক্লুং শাবদা ডাক্তর কৌবা কোয়চেন চেনবা - স্কুল কাবা নংনবা চাক থোংবা কয়া—দেবদত্তনা চহি ৭ লোম শুরকপদা মাগা শান্নমিন্ননবা—মাগীসু মতেং খর পাংনবা—অমদি দেবদত্তনা রামকৃষ্ণ মিসন স্কুল বেলুরদা চংশ্রুবা মতমদা য়ুমদা অঙাং অমা লৈননবা—মচন মুপীনা পোকপী মেমচা চহি মঙারোম শুরবীহু লাকপদা হরাওগত্রা হায়রগা দেবদত্তনা কয়া শাওখিবা। মপোং অমত্তং পায়রুবদা মানা মেমচাবু কয়া খিনা খিনা ফুৰিখিবা, মনানা তারি তত্তনা হায়খিবহু "ঐখোয় য়ুমদা কৈদৌনা লৈহল্লিবনো?"

লাইরিক লাইশু তম্বা লোইরহুনা ওঝা মাধবনা য়ুমকৈ শেম-জিন-শাজিল্লগা মাবু লুহোংবিরবা তুং নোংমা দেবদত্তনা মমাদা হায়খি—

"ইমা! য়ুম হংখোল পুম্নসে ঐগীমি হায়বদাই"

"মানি কৈদৌরবগে।"

"ঐতগীনিকো।"

"মানি নগুতনি ঐখোইগীদি লছুনা নগু পাবুংগা ঐগী পুন্নসে নগুতগীনী।"

"অতুদি ইমিংদা নামা ওল্লোকপীরো

"করিগীনো ?"

"ঐগী ওইরবদি ইমিংদা পানবীবনা ফৈদনা—"

"ফৈনে ফৈনে—হেক পাম্বোরগা লোইরেদনা।"

মানা হায়রবদগী মতম ইংখোলগী নামা ওঝা মাধবনা মচানুপা দেবদত্তগী মমিংদা লোইনা পানবীখ্রে— তৌদুগী মমিংদা পান্নবা দরখাস্ত থাখ্রবনি।

মত্তমত্তুদা মেমচা চেনখিতুনা মাগী লুহোংবগী দান্নি পুরিবা ওঝা মাধব মতৌ মনাওনা মচানুপীগুম্না অঙং অউন তমদুনা লুহোংবিখি। মেমচাবু মুংশিবদগী—মচন মুপীনগা হায়জবদগী লৌ পরী মঙাগী মম্নুংদা মরিনা দেবদত্তগী মমিংদা অমনা মেমচাগী মমিংদা পানখোকপীরুরে। মুংদাংতুদা দেবদত্তনা মঙোন্দা হংখি—

"করিগীনো মেমচাদা লৌ পীরিবা ?"

"নচন্নি মঙোন্দা অমা খাযবিবদা ক'র কায়বগে ?"

দেবদত্তনা শাওরংননা হায়খি -"পুন্নমক ঐগীনি হায়দাই।"

মুমিত্তুদগীনি দেবদত্তন মখোয় অনিবু শাওরং মালংননা তৌখিবা কাহেন্না মু থক-থকুনা যুমদা হল্লকখিবা। অত্তুগা শং শংনা উখি—মুমিং অত্তুদা মাবু মখুৎমক্না খোঙজিন রাংমা লান্না ইস্থারকখিবা।

ওঝা মাধব— ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকখি "ইবুঙো সাহেব! হন্নরোইদা। মীনা মী, মন্না মণ কৈনা কৈ পোক্লম্লে - কৈনা ভোকপা পোকলমত্রে। ভন্নু খোংলুবা লৈরুবা তিন্নকবা সঙ্গনা চংনরমত্রে।"

ইত্তৈমসু মুংশা মপী অমা হোন্নগা তপ্না তপ্না রাপাংলকই—। অহল-লমন্না হান্নবা রাসি চুম্মীকো ইবুঙো- লৈপুংনা মণ শাববু মো খোংত্রনে ইবুংঙো ?"

২

# নোইনোই

“নাইনোই—চরন হৌগংলো থেঙন্ত্রে। পূং তরুক তাগ্রে, স্কুল চংপা মতম য়োৌরে।”

চরন চহি মঙা চঙলে ইচানুপীনা পোকপা ইগুম্নুপানি। মশা নোয়-পেনবা বুপ বুপ লাওনা য়েংবা মুঙাইবত্তুদা মুংশিন্নুনা ঐথোয়না মাবু নোই নোইস্নু কৌই। খ্বাই অঙাংগা মাম্নদে তূম্বা-চাবা য়াম্নাকে। মাগী-মক্তা হায়ববু মবুক থল্লবা-লামত্রবা-মিৎ কারামন্নুনা মীনা কন চাও হায়ন্নুনস্নু, অহাওবা মানা চানীংবা পোৎ ওইর ফাও, চাও হায়বা থক য়াদে। অঙাংগী হৌনবা য়াম্না শান্নে—মথন্তা শান্নবস্নু য়াম্না হৈ—অন্নুগা তূমথ্রবদি ফজনা তূমথুন তাল্লি তূম্না তূম্না ফম্নুংদগী লৈমাইদা ওম্বরকাও মিকপ থোক্তে। মরক্তা হৌদোকপা শুকয়া য়াদে। অপীকপা কুন্ত কর্ননি।

অহম মরিবক হন্না হন্না মশা নোমন্নুনা তৌদোক্লকাও—মিকপ থোক্ত্রে নোইনোই, মমৈ থংদদি মশা শাগল পান্নুনা ফম্নুংদগী থাংথরে—বাথ্-রুমদা পুশিন্নে, কাক্নি ফাক্নি লেপলিবা নোইনোইদা। “সে টুথ্ পেষ্ট হাপ্লবনি নম্নাহু ব্রস তৌরো—নমাই তারো।”

“ইহে উইন্নুনা লৈরবরা? নম্বর মান তৌরবরা? নম্বর টু তৌ-নিংবরা? পূং তরুকমথাই তারেনে?”

ক্লস পায়রগা উইতুনা নৈরিবা নোই নোই অঙৈবা ঈশিংমা মমায় তাখিরে-মমিৎ শিংলবা তুংদা ক্লস তৌরে তন্না-তন্না। মমৈ য়ান তৌরে। করিগুম্বা নম্বর টু তৌরবদি বাথ্ রুমদু পোকথাইবা মথৈ লাওরকনি— "চামথোকপীয়ু"— মখোল য়াম্না হোই।

মমায় মমিৎ তারবা তুংমফি মরোল, স্কুল ইউনিফোর্ম শেং-পীরে "টাইনা কদাইদনো— হৌজিক ফাওবা খোংউপ মরী পানবা হৈত্রি" মাগী অজ্ঞাবোম্না লাওরকনি। মন্দোন ইবেম্মা তাতানা ব্রেকফাষ্ট তৌহল্লে চাক ইন্দা', নত্রগ' ব্রেদ্-বটর, য়েরুম, তল, শাক নত্রগা গুজিগী হঙরা নত্রগা মেগীনচিংবা। বিস্কুট, য়েরুম, শেম হাপ্লবা টিফিন দবাদু লাইরিক খাও মথু'দ' হাপ্লগা খাওদু নম্বো পোশিল্লে। মাও খাতুনা নত্রগা মখুৎ নামা পায়তুনা চৎপা হৌরক্লে পুং ৭ কী ক্লাস নংনবা। ক্লাসরুমদা চওত্রিনা ফাওবা ঐগী খুৎ পায়তুনা চিংগনি। "গুদ মোর্নীং মিস" হায়রগা ক্লাসত' চঙ্গি। ঐতাক য়ুমদা হল্লকলে। পুং ১০ তাবদ' ছুটি থ'রমদাইদা ময়াম্বা ডেভিদ অমুক থিল্লম্লগা নোই নোইবু ছুটি থারবা তুংদ' অমুক লৌরুই। ইউনিফোর্ম চপ মান্নবা শেংলবা অণ্ডাং ময়ামগী মরক্তা নোইনোইবু থিব অরায়বা নত্তে—মরমদি মখোয় খুদীংমক ইমান মাম্নবা উই। ঐবু উবদা নোইনোই নোকুনা ইনাক্তা চেনশিল্লকই। খুৎ নামা পাযতুনা য়ুম তাম্না হল্লকই। মসি ঐগী হৌজিকী নোংমগী অয়ুক্তা তৌদবা য়াত্রবা ডিউটিনি।

অয়ুক খুদীংগী উনৈ যুগোল বাবু, ইবোহল, যুগেশ্বর, তাণ্ডাং লালা। মখোয় খুদীংমক অণ্ডাং অমা নত্রগা অনি থিল্লকই—পুং তরাদা লৌবা অমুক লাকই -মগু তাক্তনি। মখোয়মু ঐগুম্না সরকারগী থবক্তগী পোত্থারবা পেনসন ফংলবা তাক্তনি। ঐখোয় পুম্বা ডিউটি সিমদি তৌরি অয়ুক খুদীং নোংজু মু'শা—কুম্বী কালেন নাইদনা। মীনা'হুৎই পেন-সন ফংলবদি মতম য়াম্না ফংবিরৈনি করম্না লেনবীরিবগে করি তৌদ্রনা নৈবিরিবগে ?' হংবা য়াবা য়াহংনি—হৈনরিবনি।

ঐখোই পেনসন ফংলবা মশেনস্থ হংনৈ। যুগোল বাবুনা থুমকই—"তৌরিসিনি য়ুমগী থবক থর নোম-লুহোংবা শোরাং যম্থি পুজা নাহুত নারেং থর চং-মতম হৌখিবা খণ্ডহৌদে—পেনসন ফংবা চহি ৪ হৌদ্রে নোংমত্তা চাক ওম্না চাবা ফংদে—।"

"অওইবনি ইবুঙো--" তাইবুঙো লালানা থুমলকই— "করম্না লেনখিবগে ঐ হায়ফম খণ্ডদে। ঐনা পেনসন লৌখিবসি হন্দকী চহিসিদা চহি তরামণা শুরে—নোংমত্তা রাই শংনা লৈখিবা নীংশিংবা ওমদে—চহি তরামণাসি করম হৌখি করম তৌখি —করি থবক পাণ্ডখোকখি ঐ হায়ফম খণ্ডদে; অহুম হৌখি। অহুম লেনখি - অশুক শাংলবা মতমসে।"

"ঐখোইস্থ অহুমগাই" ইবোহলনা হায়রকই, "ঐদি পেনসন ফংবা চহি অমত্তা ওায়জরি—অহুর ঐখোয়না থবক তৌরিহৈদা এভোইদ তৌরম্বা সোসিয়েল ওব্লিগেসন সেরেমনি—ময়াম অসি পেনসন ফংলবনি হায়হুনা এভোইদ তৌবা ওমদ্রে—ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজসিদা নাহুৎ-নারেং, যম্থী, শোরাং, ফিবোই, চৈজিংপোং, লুহোংবা, শাগেগী চাকলোন কৎপা, লাই হরাওবা অসিনচিংবসিত্তা য়াওবদা মতম করম হৌখিবগে খণ্ডহৌপোং নত্তে পেনসন ফংলগা থবক চিনবহুম হেনগৎলক্লে নত্রা?"

"হোইনে;" যুগেশ্বরনা হায়রকই -"পেনসন ফংলবনি কোম্নবনি হায়হুনা ইচা মুপানা ইশুসি স্কুল থিন্দোক থিঙিন তৌ হায়হুনা শিন্নরেদো; ইশুশিং স্কুলদা শিনবা মখোয়বু শেন্নবদা খৌ অমা ওইরে- ওাইহাক্তবু শংত্রেনে।"—যুগেশ্বরনা মখা তারকই। "ইশু হায়বসিস্থ মন্নুংশিবনিদা।"

"অহুবুদি ঐ ইচা তরেং পোকই অমত্তস্থ পমজরক্তে, অমত্তগা তিন্নহুনা চাক চামিন্নজরক্তে— অহু হৌজিক্তি ইশু হাক্তকসিদদি পোবনে পম্বনে—চাকস্থ চামিন্নরে—চাকলুক্তা হোং চিন্নকুনা ফম্নববদা করম

তাদ্ৱোকউনি—পোৰীন্‌ হায়না কোন্নৰবদা করম পাদোকউনি। ইচা হাক্কুদা তৌৰক্কবা কয়া ইশু হাক্কুক্কা তৌরবনি। ইচা হাক্কক্কদি ইচাগী ৱারী কনাদস্ন শাৱক্কে--হৌজিক ইশু হাক্কক অসিদদি নোই-নোইগী, দেবিদকী ৱারী—মখোয়না হায়দোৱকপা নোক্লীংবা ৱা—চাইনদিস প্রেক্কস ময়ামহু মীগোন্দা ৱারা শাৱগা নোকচৈ ঐস্ন—মহু ৱারী শাদোকপস্ন পাখী—নোইনোইন অহু হেক হায়বা কক। হায়রগা সুডাইজবা পেজবা অমা পোকই—সিবু তৌদ্রনে যুগোল বাবু ?"

"হোইনে ঐখোয়স্ন অহুম তৌইনে. সিবু পেনসন ফংলহুনা থবক লৈতহুনা অশাঙবা মতম ফংলহুনা তৌরকাদবরা ?"

"অওইবনি—হান্নদি সরকারগী থবক্কা হা-রি-তৈদা অঙাংশিং য়েংলু-নবা মখোইগী মরক্কা লৈক্কনবা তাগ্গ' ফংদবহুনা করিমত্তা খঙলমদবা ওইরম্বা য়াই। হৌজিক মাস পুন্সিগী থোদোক মথেল অমদি ওই-রেদনা।"

"ইবুঙো ইশু হায়বসিস্ন নৌনা সুংশিবনিদা"—তাঙাং লালানা হায়রকই

"অওইবনি তাইবুঙো, নৌৱিবা অঙাং পূম্বা লোইনা সুংশি কজে—মীওইবা জাংতগী হেন্দোক্কনা শা-ষন মচা, যম্নাও মচা, শজি মচা, শামু মচা, শাহিং চাব' কৈ নোংশাগী মচা কাওবা সুংশি কজে। পৃথিবীদা লৈৱিবা অঙাং পূম্বা হেক য়েংবদা সুংশিবা পোকই ফজনা উই।"

"চুম্মীদা, মী খঙদে; শা উচেক খঙদে, নৌৱিবা অঙাং খুদীংমক সুংশি কজৈ, অহুবু ঐদি ইশুনা ইমুং সুংশিবো"—তাঙাং লালানা খুম্মকই।

খুদক্কুদা ঐনা খনখি—ইচম চমলিবা ইন্নোসেন্ট ওইৱিবা অঙাং পূম্ববু জিব পূম্ববু ঐখোয়না চপ মান্নবা সুংশিবা ঙমত্রিবসি করিগীনো—?"

ইবোহল, যুগেশ্বর, যুগোল মখোই অহয়ম্ভু থুমলকখি—"ঐখোয়ম্ভু ঐখোয়গী ইগুডনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবো।"

কমিগীনো—মপা মমা মপু মবেম্না মচা মচাভবু মগু মগুভবু অতৈদগী হেন্না নুংশিরিবা ? অঙাং পুম্বা চপ মান্ননা নুংশিবা ওমজ্রিবসিবু কমিগীনো ? নহান্ভু মখা থংবদা লৈবা বিজেনগী মমাগা নরেনগী মমাগা মচা মচাগী হাকন চংনবদা মশম ফোয়নখি। অহুগা অরাং থংবগী ভোম্বীনা মগুগী হাকন চঙবদা লাঙ্গদবা মগুবু মীনা ফুবীরকই হায়হুনা কমিগী থংনবা হৌরুরিনো হায়না বেং বেং ভাঙহুনা কয়া থীনা ফুবিশ্রে!

ছুটি থারে অঙাং মরক্তগী চয়ন ইনাক্তা নোক নোক্তনা চেনশিনলকই—যুগোলবাবু, ইবোহল, ভাঙাং লালা, যুগেশ্বর মখোয় মখোয়গী মগুহু একাগারীদা স্কুটরদা লুনাদা মনীং মমাংদা ভোংহন্দুনা মহৈ মহৈ ময়ুমদা হুম্লগ্রে। ঐসু নোইনোইগা লোইননা হুম্লক্লে য়ুমদা অহুবু পুক্লীংদদি অগুম থম্লি—কমিগীনো অঙাং থুদীংমকপু চপ মান্নাা নুংশিবা ওমজ্রিবা?

য়ুম য়োরে—নোইনোই মফি মরোল হোংদোকলে। মাগী শান্নপোং বোল মচাহু পায়হুনা শান্নবা থোকগ্রে। গুমাংদা ভামোগী মগু নুপা পোলেনগা বোন কাওবী লংবী শান্নগ্রে—ঐহাক ঐগী লাইব্রেরীদা ফমহুনা ভরাং ইবা লোইশিন্নমদবা য়ারেং অমা লোইশিন্নবা হোৎনরম্মী। পুংখাই মুক্তী তুং, ইবা লোইশিন্নমদাইদা অঙাংশিং কপ্পগী থোঙ্গেল ভারকাখি। অকপ্পা থোঙ্গেল মরক্তা নোইনোইগী হৌরবা থোঙ্গেল ভারকলে। নোইনোইগী থোঙ্গেল হেক ভাবদা কমি তৌনরবনো হায়না হৌগতুনা মপান থোরক্লে।

গুমাংদা চয়ন, পোলেন্সা নস্তনা অরাংলোমগী মমান্নবা য়াজু; মহেন অহুগা মথারোমদগী বোই, কাস্তসু য়াওরম্মী মখোয় পুম্বা কপ্পম্মী—"থোজ পীয়ো" হায়হুনা লাওরম্মী। মখোয়গী বোলদি থোংখোঙগী বিজেন, নরেন, উম্রা, চন্দ্র, মখোই মম্নিনা হুন্দুনা শান্নরম্মী—মখোয়

অচৌবা অঙাং ঙাকনি —নখোয়না অঙাংশিংদগী বোলহু মুল্লগা — শাল্লবম্মি। বোল পাযল্লগা হাদোকউ য়াদবা কান্ত অমম্বুং রাজুবু ময়াম্বা বিশেন নরেন্দ্র ফুবিরম্মী নখোয় রা-রা কপ্লম্মী। মতমমতুমক্তদা ঐ শুনাং যোরব্রম্মী এনা অপাকপা অঙাংশিংতগী মীচম্ভ চঙতুনা বোলহু অঙাংশিংদা পীগু হংনবম্মী অৱ চাংবা অঙাংশিংহুনা মতু খোংনা তাশিল্লবমদে নংদা ঐনা এনা রাকীং ষ্টিকতু পুথোক্লুনা ফুগে তৌবদগী মখোয় মরিমক বোলহু থাদরম্লগ চেনখ্রে। মখোয় অঙাং মচাশিং নোক্নুনা হবাওন বোলহু অমুক কাওতুনা হুন্দূনা শাল্লরম্মী। মখোযনা শাল্লবহু নম্ব ঙাইহাক য়েংলম্মী। হবল্ল বোলহু কাওতুনা গোল চল্লগা পুক্লংদ হবাওহ নান কাওগে তৌরিব্ৱেদ। অতোপ্পা অঙাংনা চরন্দগী মুন্দুনা কাওখ্রগ হুদংহতে শাওনীংই। ঙাইহাক য়েংলম্লগা ঐম্ব রাবেং অহুমা লোহশিনগে হায়তুনা লাইব্রেরীদা কমথবতা ডায়রী মপান্দা অঙা মযাম ফুনবা কংব লাওনবা খোঞ্জেস অমুক তারম্মী। কপ্ন-সাওনবা মরক্তুদা মবোল হচাও চাওরব নোইনোইগী কপ্পা-কপ্পা ঙাওবা খোঞ্জেল তাবদা ঐ ফমথব ঙনদ্রে—নপান্দা নখোয় মনাক তাল্লা প্রপ-প্রপ চংলম্মী এ ডেক উবদা নোইনোই পোলেন প্রপ প্রপ চেনশিনখিতুনা রাজু মহেন্দগী বোন্দু মুল্লুই—অতুগা বোই অমম্বুং কান্দম্ব ফুক্লহ। মতমতুদা ঐনা 'হাই হাই খংনম্ব" হায়না লাওনা লাওনা চংশিল্লম্মী ঐনা থাম্না থাম্না থম্ব হেম্না চাওরবা বোক্টগা কাম্বগনা নোইনোংগা পোলেনগবু ফুবারম্মী। ঐনা চংশিন্দুনা বোলহু মুল্লগা —"তোকলো নখোয় অমত্তা শাম্মরম্ব নয়ুম নয়ুম চংলো"। খংনবহু থাম্লে। থাম্বা অতুদা লম হোল্ল হায়তুনা মখোয় পুম্বা মনা লৈরম্মী। ঐনা মন লৈবহু রাজু মহেন বোংহ কাম্ভবু থরা হেম্ল কম্না লৈখিমাল্লে— মনা ঙাওশং ঙাং নখোয় এরা শুগতুনা থাওখি। মখোয় লোইনা চংখ্রে —পোলেনগা নোইনোইগা—হমুংদা পুশিল্লক্লে "পোলেন চাক চাক্লরে।" মহাক তামো খোয়দা চঙখ্রে ; নোইনোইম্ব ইমুংদা পুশিন্দুনা

ইরু মাইথঙবিরগা চাক লোইরহ্লনা চামিল্লরে। নোইনোইন৷ মমাল্লবগা থৎনবগী রা কয়ামরুম তমলম্মী।

চাক তোক্লবা তুংদা নোইনোই তুমখ্রে চেক মোক লাওদনা পূং ৬ লোম তুম্ল্লববা তুংদ৷ মুথিল পুং ৪ রোম তাবদা হৌগৎলকলগা পোলেম্না হৌরহ্লনা মখোয অনি মপান্দা লাও-খোংহ্লনা নোক্লা নোক্লা মতম থর শান্নবম্মী। ঐস্নু অয়ুক্কুগী হৌনা লোইশিনগে হোৎনবা ব্রারেংহু পায়থৎলম্মী ঐগী মৎক্কী লাইব্রেরীদা ফমহ্লনা। অহ্নবু পুক্কীং চঙবদি ইঙম ঙম্লমদে—কললনস্ন চৎলু য়ারমদে কদাইদগীনো খঙহোদনা অয়ুক্কী অঙাং থৎনবহ্লদা—লৈকায়গী অঙাংশিংদুদা হেম্ন৷ কম্না মনা লৈরুরিবহ্ন করিগীনো খনব' হৌরকলম্মী। তাঙ্গা অসিদা মখাদ৷ নোইনোইগা পোলেনগা থৎনরমাল্লে নোইনোইগী অহৌবা মখোলহু ভাবকলে—ঐহাক ফমথবা ঙমদ্রে।

মথক্কুগী ফং ফং কুমথরক্কুনা শুমাং য়োরে। নোইনোই ফুনবা হৈতে পোলেন্দি যাম্না হেশিংই যৈনবা অহ্রদা মানা নোইনোইবু থর লাকচরম্মী। মতু উকবদা ঐস্নু থর খোয়শাওনরম্মী।

"করিগীনো থৎনরিবা—থৎনম্নু থৎনম্নু।" থৎনবা য়ৈনবহ্ন নোই-নোইস্নু হন্দে—মচীন্দা কম্না কম্না লাওই—অহ্নবু থুখাদি পোলেম্না হেল্লি। ঐগী খোযশাওনবা অহু অম্নুম অম্নুম হেনগৎলক্রম্মী। চংশি-ন্দুনা থৎনরিবা অনিহু থামদোকলম্মী। অনিমক মনা লৈহ্লনা থাম-দোকই অহ্নবু, পোলেনগী মনাহ্লনা থরা হেম্না কম্না ঙাংশঙ ঙাংনা নানবা লৈখিবরা ?

# ফাইল মাঙবা

শগোলশেম তোয়াইমা হৈরোক্তগীনি। মমাম্নবা মরক্তা মাবু হৈরোক তোয়াইমা হায়না খঙবৈ জাপান লান হেক লোইখিবা মতুং ব্রিটিশনা ভারত থাদোকপমদাইদা মণিপুর স্টেট অফিসতা এপ্রিনটিস ওইনা থাদা লুপা ১৫ ফংহুনা কেরানীগী থবক মচঃ অমা তৌবা হৌই। হৈরোক তোয়াইমা মপানা মথন্তু পোকই। মণিপুরদা অহানবা জাপানগী বোম তাবা মতমদা মহাক ক্লাস টেন তম্মে। বোম তারবা তুংদা লৈবাক কাংথোং চাইহুনা চহি খর লাইহৈকি তম্বা লুপ্লবা তুং- লান হঞ্জিন্নরক্লবদা ৩মথন্থনা খৃঃ ১৯৪৬ দা উচিন-নাচিন্না মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদনি মানা এপ্রিন্টিস কেরানী ওইখিবা পা ৬ লোমগী তুংদা টেম্পোরেরী ক্লার্ক ওইরে—থাদা তসেব লুপা ১৫ লোম্ ফংঙে।

সরকারগী থবক তৌরহুনা গীরানী বাবু ওইরবা তুংদা নোংমা নোংমাইজিং ছুটি লুমিন্তা ময়ুম থুন হৈরোক্তা চৎলুই। থুনগী মমাম্নবা ময়াম্না থাম্বনে মমা-মপানা হায়বনে--লুমিং হুম্মী মরিনি রোম চোম্বনা লৈথোকলুরে। ছুটিস্থু—নিহৌদ্রে।

মথংগী লুমিং অফিস কারকপদা এস এস ও 'সুপারিন্টেণ্ডেন্ট স্টেট অফিসনা) মাগী মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়খি।

-- 'করিগীনো ছুটিসু লৌদনা লুমিং হুম্মী অফিস কারক্রিবা?"

ঠৈ : তোয়াইমা :—(লং লং লাওনা) সার, খুন্দা চৎনুবতুদা মরূপ মপাং ইপা-ইমানা থবক ফংবগী হুবাওতুনা লখো লৈখো হায়না থাম্বদগী নোংমা নিনি চোম্বনা লৈথোকউরে কারগা নিবগে হায়তুনা ছুটিগী চেম্ব থাহৌদ্রে ।

এস এস ও :— অফিসকী থবক তৌরবদি অফিসকী নিয়ম জোক্লদবনি । দায়ী মশক খঙগদবনি ছুটি লৌদনা অফিস কারক্লবা য়াদবনি । ছুটিগী চে-অমা থজিল্লগা হুকুম ফংদন ছুটী ফংলে হায়না লৌবস্তু য়াদবনি । নত্ত ছাত্র ওইদ্রবনি । ছাত্র ওইরবদি দায়ী পংলৈ লৈতে - কাদ্রবস্তু বেরা লেতে । অফিসতদি মতু য়াদে খঙলব্রা ?

ঠৈ : তোয়াইমা :—খঙজরে সার ! মতুং তৌজররোই

এস এস ও :— চৎলো চৎলো নওগী টেবলদা ।

মতম অদুগী মণিপুর ষ্টেট অফিস তৌজিক্কী অরিবা সেক্রেটারিয়েট — অসিনি । "মণিপুর রাজ লোইশঙ" হায়নস্তু কৌরম্মী মণিপুর মহারাজনা পাল্লিবৈ ব্রিটিস সরকারগী মখাদা লৈবদৈ মতমদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী লোইশঙ ওইবনী । মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসি-ডেন্ট— পি এম এস ডি হায়না খঙনৈ ব্রিটিস আই সি এস অফিসার অমনা ওই নাবু খ্বাইনা ছোটো সাহেব হায়না কৌই । অদুগা মতম-তুদা লৈবা পোলিটিকেল এজেন্ট (পি এ) ওইবা ব্রিটিস আই সি এস অফিসারবুনা বড় সাহেব হায়না খঙনৈ

মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিং মণিপুরী অফিসারনি, অমমম্না লোইশঙ থরগী মকোক্নী । হেড অফ ডিপার্টমেন্টনি মণিপুর ষ্টেট দরবার মহারাজগী এডভাইজরী বোর্ডনি কেবিনেটনি অমদি মহারাজগী চেক মখাদা খ্বাইদগী চাওবা বিচার লোইশংনি । মসিগী প্রেসিডেন্ট বড় মন্ত্রিনি, বিচারপতি মকোক্নী মেম্বরশিংনা মন্ত্রিনি মখোয়গী মরক্তা অমনা বিচারপতিনি । মণিপুর ষ্টেট অফিস পি এম এস ডিগী মখাদা লৈ মণিপুরদ নিংথৌ পাল্লিবৈ

ব্রিটিশনা লৈবাক থাক্লিঙৈ থকসি থাসি (দিসিপ্লিন) চাক্না চংলম্মী। ব্রিটিসকী দিসিপ্লিন মণিপুরগী নিংথৌশংগী থকসি থাসি--তায়নরিবনি।

মতম অদুদা কনাগুম্বা প্রজা অমনা দরখাস্ত থাবা পাদাংনক মথায় পীবা ষ্টাম্প অমা নপ্পগা থাই। মদু দরখাস্তকী রেজিষ্টর অমদা নম্বর পান্দুনা ইশিল্লি অমসুং দরখাস্ত অদু লৌবিরা করানী মতুনা দরখাস্ত অদুগী নম্বর অমদি অশপ্ন, মবন তাকপা চনা নম্বর মদু দরখাস্ত থারিবা মীদুদা পীরম্মী। দরখাস্ত অদু মনা লৈনব শঙবদ থাংগৎলগা মানা তারকপা রাই হুকুম অদু দরখাস্ত থারিবা মদু কৌবগ মাহাক্না তাকপীনবগা ফাইল তৌশিন্দুনা থমই। অদুনা দরখাস্ত অসি কাদায় য়ৌখ্রবগে —কাদাইদা লৈখ্রবগে নত্রগ কৌখ্রবগে হায়বসি চনীংদুনা উৎলগা থিবা য়াবম্মী পন্থমাও মাইলনদে। মাংখনখ্রবদি মাওতাম্রিন কেরানীনচংবদু অকনবা দণ্ডি কংলম্মী অসিগুম্বা চংনবী নিয়ম (সিসটিম) অসি ব্রিটিসনা ভারত থাদোকুনা চংখ্রব মতুং মণিপুর সরকারনা ঙম্লি অহুনলংদং মনীং থর অমরুম থাম্লিঙৈ মতম ফাওবা চংনবম্মী দরখাস্তস্তু নৈতৈগীলোন্দা ইবগা থানম্মী। মণিপুরদা খুঃ ১৯১৩ ইং অক্টোবর তাং ১৫ দা ভারতা থাঙখ্রবা তুং, মণিপুরদা নিংথৌ থাম্নব লোইখিবা তুংদিদুগী দরখাস্ত থারগা চেনী পীনবগী নিয়ম লৈখিদ্রে। দরখাস্ত মৈতৈলোনা থারা তোকখ্রে —দরখাস্ততি থানিংলিবা মতৌ থাবা থাই অদুবু চেনী দি পীদ্রে— মতুনা দরখাস্ত অদু থিবগী মরমদি ওয়াঙকুম মুংখ্রবগুম্বদি চে মাঙখিবগী দায়ী কনাগীস্ত—নত্রে। অদুনা দরখাস্ত চে মাঙবা মাইহনবা কয়া থোরকখি মতুদা হৈরাক তোয়াইমস্তু মতম থবগী মতুংদা এক্সপার্ট ওইখি

ছোটো সাহেবনা মণিপুর ষ্টেট অফিসকী মখাক ওইবিদু মতমদা হৈরোক তোয়াইমা চে থাদোক থাজিন লৌবগী কেরানী (Issue and Receipt Clerk) ওইরে। মণিপুরগী মপান্দা সরকারনী চে থাবগীদমক তোঙানবা পোষ্টেল ষ্টাম্প সাবিস ষ্টাম্প শিজিন্নে মতম অদুদা চঠি অমা থাবদা পৈশা মরি চায়রবদি অমা অমা (পৈশা মরি চংবী) গী ষ্টাম্প শিজিন্নে।

মতৌন্দা চৈ পাদোক থাজিনগী সার্ভিস - ষ্টাম্প—থরা থম্মী। মহুগী একাউন্ট থা খুদিংগী উৎপা তাই হায়বদি ষ্টাম্প কয়া কৌই, কয়া শিজিন্নখ্রে কয়া লৈরি হায়বা উৎপা তাই। সরকারগী চে থাবা নত্তনা সার্ভিস ষ্টাম্প শিজিন্নবা য়াদে। ষ্টাম্প একাউন্ট অসি তত্তনা এস এস ওনা অহুগা করিংখ্রা কান্দা ছোটো সাহেবনা সরপ্রাইজ চেক হেক হেক তৌই অসুম্না সরপ্রাইজ চেক তৌবা অমদা একাউন্টতা অনা অমগী ষ্টাম্পকী হিসাব হোরে মহু শিংনরকপদা হৈরোক তোয়াইমনা মাগী মরম্নাই চিঠি অমা মমাম্নবা গৌহাটিদা লৈবা অমদা থাবদা শিজিন্নরে। সরকারগী সার্ভিস ষ্টাম্প মরম্নাই চিঠিদা শিজিন্নবা পোংনবদগী দাগঘরনা মণিপুর ষ্টেট অফিসকী এড্রেসকা চিঠি অদু হল্লকলে মহু ছোটো সাহেব-কী মথুং যৌখ্রে। সার্ভিস ষ্টাম্প মরম্নাই চিঠিদা শিজিন্নরম্বগী ছোটো সাহেবনা হৈরোক তোয়াইমাবু সার্ভিসতগী টারমিনেট তৌখি।

থা অমগী তুংদা ভারত স্বরাজ ফংলে ব্রিটিস ভারত থাদোক্লুনা চৎখ্রে। পারামাউন্টসি লোইশিনবগা লোইননা মণিপুর মনীংতম্বা লৈবাক ওইরে। ভারতত্তা ইহান লাম্না সার্বাজনিক ভোট তৌদুনা ইং ১৯৪৮ দা মণিপুরদা বিধান সভা ময়ি সভা লিংখত্তুনা মণিপুর মহারাজ কনষ্টিট্যু-সনেল মোনার্ক ওইদুনা লৈবাক রাযেল তৌই। তোয়াইমাগী খুন্দগী কারকপা মে চেন মণিপুরগী মন্ত্রী সভাগী মস্পি ওইরে। মতৌন্দা চৎজদুনা হৈরোক তোয়াইমা মাগী হান্নগী পবক হপ্পিরে। মন্ত্রিগা নকুন্দগী হৈরোক তোয়াইমা দাযী পন্দোকপা, কাইল ফাজিনবা থিবা খঙহন্নবগী চংবা পৌরম কযাদা হৈশিংবা তেনগৎলকলে। মহুনা শেল তাম্নবা উপাইস্সু ওইবাক্রে।

চহি থরতগী মতুংদা মণিপুরগী লৈবাক পদাপ হায়নিংঙাই লৈত্তনা থুনা থুনা মথং মথং হোংলকপগা লোইননা হৈরোক তোয়াইমসু মাগী শাকং দাস্ক বাংলা-শাঙাং মথং মথং হাংলকখি। ইং ১৯৪৯ ওক্টোবর

১৫ দা মণিপুরনা ভারতা য়াওশনখিবগা লোয়ননা নিংথৌপানবগী সাসন লোইখি । ছাগী লৈরম্বা পুম্বা, অাইন সভা মন্ত্রি সভা যাওনা মুখং-খিবগা লোয়ননা সমাজগী য়াথংদা লৈরম্বা মমলম্ম হোংখি ।

অনৌব চাংয়েং সাসং - পার্ট সি ষ্টেট মথংদা ইউনিয়ন টেরিটোরি চিপ কমিসনর এডভাইজরী কাউন্সিল অমদি টেরিটোরিয়েল কাউ-নসিল। অনিথোকপা সাসন মথংদা গর্বনমেন্ট ওফ ইউনিয়ন টেরিটোরিজ এক্টকী মখাদা লিংখংপা মপান্দল থাওনবা। সেক্রেটরী গুকুম মখাদা লেবা অাইন সভা অমসু মন্ত্রি সভা মখং লখং চহি লম চুপ্প চাংয়েং তৌরবা তুংদা খুঃ ১৯৭২ দা মপুং ফাবা ষ্টেট অম ওইরে । মতাং অমিদগাই থৌরকপদা হৈরেক তোয়াইনা সেকসন আফিসার ওইরে চপ্পবা খুঞ্জা। নত্তা অমা ওইরবদগী হাইফেং তৌদুনা মথাং কাপ্পনবা তোবদা হাইফেং মায় থাবা অমদি শেন ফংননব অপন অখুন চাবা বোকোর্ড নাওইনবা শিন্দোকপনচিংবদা ফত্তন মধুং তান মপান্দগী - মণিপুর রাংনদগী লাকপা অফিসার সেক্রেটারী কয়ানা তথরকনতুনা অমদি—মন্ত্রি কযান মথৌ শত্তলবা মরমনা কযা ইরবা। খত্তলবা ইশিংজবা হায়বদুনা ওইরে ।

ফাইল মাঙখোক মাশিন চে শিংখোক-শিনাক্তনগী যাত্ন মতু সিদ্ধ ওইনরবা মতম অফিসগী লৈবাক অফিসকী নিয়ম অমা ওইনা চে মতুং ইন্নরবদি কদাইদা লেখ কমলোইর খত্তদনা তাকপা মমৈদা চেহ্নু মাঙখিবা উাংদবা হায়বা চৎনবীহু হোরে ।

পিওন কেরানীদগী সেক্সন অফিসার অন্দর সেক্রেটারী জোইন্ট সেক্রে-টারী, সেক্রেটারী মন্ত্রি বড় মন্ত্রি ফাওবা টেবল অমদগী টেবল অমা চৎনবা-সেক্রেটরিয়েটতগী ডিপার্টমেন্ট অমদি ডিপার্টমেন্টতগী সেক্রেটারিয়েট য়ৌবা ফাওবা চে ফাইলহু লেঙইনবা লুপা পৈশা চুরুট বেরী চা পান যুনাচংবনা কাংথোক পানবা তারকই, চেহ্নু মতুং ইন্ন-ইন্ননা ।

চন্নু লেঙ্গবগী হেরোক তোয়াইমা খোঙ্কি হৈশিংবা কারাম চাওবা ওইরক্রে। করম্না শুইখি নোংমা মাগী কাদা য়াম্না হৈশিংবা শেনয়াম্না পাযবা মমাং চংপা মহাজন নাউনী চঙলকখি। মনাক্তা থারিবা চৌকী অতুদা ভেক ভেক ফমখি অতুক য়াম্ন চাওব মারুরারী মহাজন বাবু অমনা লাকখোক্লনা লাংলুনা মনাকা ভেক ফমুবতুদা হেরোক তোয়াইমা উক্কক তোংনা থা[illegible] [illegible] তেনর টপা পাখং—শক্রুমনি। মৈতৈলোন খোংইবগ তোমা মহাজন নাবুদুনা হায়রকই:—

"ইবুংঙো বাবু ঐগা সে সিমতা ওসি সেক্রেটারী যোহনবিনু" হাসি হায়না হায়না চুকই গোল্ড ফ্লেক উপু মহনবা অমা মাগী নাক্তা টেবল থক্তা ভেক থকী হেরোক তোংখাইদগী লাকপা মাবু 'ইবুংঙো বাবু হায়ন চংশরবা মহাজন বাবু অমনা ভেক কীরকপা অমদি মানা য়াম্না পামজবা চুকপা গোল্ড ফ্লেক উপু অমগা ফংবতুদদি হেরোক তো-য়াইমা মচামমাইংবা [illegible] মথুমমরাং হৌখি খিন্দে মহাজন বাবুগী চং থুদক্তা সেক্রেটারী হেক্তা য়োঁখ [illegible] অতুদগী হৌনা মাঙান্দা "হায়মো মায়মো ইবুংঙো, বাবু" হায়না কোরজবা গোল্ড ফ্লেক উপু য়াংশরক্লবা চে অমক্তা মাগী টেবলদগী পথংলেংঙ লেঙদবা হৌখি। অসুম্না মাগী তনবকা লংদগী চুক্লপ লেবগী থরচ্চ অতুম চংখিদ্রে—অতোইনতুন নমা নকপা লোইবা ওমদুবা গোল্ড ফ্লেক উপু য়োনবগী কারবারদগী শনজন যংবা হোৎরে মহাকপু গোল্ড ফ্লেক চাবা হায়না মমাং চংপা হৌখি।

গোল্ড ফ্লেক চাবী হেরোক তোয়াইমা নোংমা নোংমগী কারাম চাওবা হেঙ্গংলকখি। গোল্ড ফ্লেক উপুতনা পেনবা ওয়ক্রে হেন্না পায়কলে। মতু ফংনবা অমোবা ফ্রেজ কয়া, মাইহে কয়া মাদা কোইন (coin) তোংখ অসুম্না মাগা টেবলদা লেঙদনা লৈরিবা চে কাইল কয়া সেক্রেটারীদা পোংখ ডিপার্টমেণ্টতা খাখি—মন্ত্রিগীদা লেখি—মন্ত্রি মণ্ডল কায়বদা য়াওখ্রে মাওখ্রে,, ককা হায়বা লোন, কয়া মতম মতমগী, শেন্দা শেন্দাগী মতুং ইন্না পিজিনবা হৌখি।

চৈরক অসিদা ইন্টর-সেকসন ট্রান্সফর তৌবদা মহাক হোম ডিপার্টমেন্টকী সেক্সন অফিসার ওহ্নে। অতুনা পুলিস, জেল অমদি এক্সাইজগা সঙ্গ তৌরে—ইকুত কুইদনা রম-হুইস্কি হৈনরকলে। এক্সা-ইজ অমদি পুলিস অফিসারশিংগী ট্রান্সফর পোষ্টিং প্রোমোসনগী চে চাং থাদোক থাজিন্দা ফাইল লেংথোক লেঙশিন ফাদোক ফাজিন্দা মাগী হৈনবী মন্ত্র সাধন তৌরকপদগী রম হুইস্কী বোটল কয়া ফংলকলে। থিন্দনা গোল্ড ফ্লেক চাবী হৈরোক তোয়াইমা হুইস্কী তোয়াইমা হায়না মমিং চৎপা হৌরক্লে হুইস্কী রম ব্লেক মার্কেটতা হৈরোক তোয়াইমা শেনকম থওনা শেন ফংলে, -ইফালদা লৈবা ফোরেন লিকর সোপ বোণ্ডেদ রেয়ার হাউস কয়াগা মরা লৈনরে। ফোরেন লীকর সোপতা ফংদবা মতমদা—নিশা বওনা হুম হুনা থিহ্নুনা থোঙ হাংবা য়াদবা মতমদা নিশানা কড়াওনরবা অফিসার কয়া হুইস্কী তোয়াইমগী মতেংনা অরাম খৌরাং কোক্তুনা মুড়াইবগী স্বর্গ ফংবা ঙমজে। সমাজ সেবানি হুইস্কী তোয়াইমা শেনসু মফংবা; তিথগু চৎপা লাইসু থুরুপা শেনসু ফংবা বৃন্দাবন লায়োনবা পাংকোং তোম্বগী লাম্বানি।

হুইস্কী তোয়াইমা হন্দক মরক শেন চিনবা থংহেন হেনগৎলকখি। নোংমা শিংজমৈ-পান হুকান্দা চিরোম মেমস্না থেংনরবা; চিরোমগী ফাওরবী মিংচি লাংদা থরুবা হুইস্কী তোয়াইমগী দমারা নরগা মুংঙাইবগী স্বর্গদা থোঙ থাংজনুবর? চিরোমগী মিংচি—পৈশাদদি থুংকেনবীনি। মতাং অসিরাইদা হোম ডিপার্টমেন্টকী ফাইল মাঙবা হৌরকলে।

থোইনা থঙজরমদবা হুইস্কা রম বোটল থর ব্লেক মার্কেট তৌরগা পেঙ্গরবা হুইস্কী তোয়াইমা নোংমা সুবদার মিশ্র থেংনকই। তাজা অহু সুবদার মেজর প্রোমোসনগী ডি পি সি কয়মদাইনি। তারিখ লেপ্লবনি। সুবদার মিশ্র মাগী য়ুমদা ইথঙ থঙহৌদনা অয়ুক অমা লাকখি।

"তোয়াই বাবু লৈবরা ?"

"লৈয়ে ।"

চওশিন্দুনা ফমফম কাগী চোকীথুদা ফমই। মচমুপীনা কৌরম্মী—

"পাবা পাবা—মী লাকয়ে ।"

তোয়াইমা খোরকই—

"এ—সুবদার সাহেব কদাই লেওউবনো ?"

"ঐ সুম চখোকচরকপনি ।"

"করি রা লৈগে ?"

' সিনি বাবু— ঐখোইগী ডি পি সি অমা লৈবতু—খা তরুকমুক্তা য়ৈথবা য়ারোইদ্রা ?'

' তারিখ লেপখ্রগুম তৌবনি। করিগনো ?"

"ওভাই ফদবনি— অমুক্তা য়ৈথোক্কবা তৌসি ।"

"করিগীনো ? কয়ামুক লুবা জাৎনো ?"

"ঐ য়াওহৌদবা য়াদবনি । খা তরুক্তা তুংদদি—ঐসু য়াওবা য়ারনি ।"

"মন্ত্রিনাদ থুনা তোরো হায়দুনা মৈ হৌরবনি ।"

"মতুংগীদি রাবীরুসু ; মন্ত্রীগা অন্দরষ্টেণ্ডীং অমসু—লৈনজরবনি ।"

"হোম সেক্রেটারীনবু য়াংগদ্রা ?"

"মতুংগী রাহুদি ঐতোন্দা অতুম শিন্নবীয়ু ।"

"য়ৈথোক্কবা প্রোপোজেল অমতা থাগৎপীয়ু।"

তোয়াইমা মতোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

"সে সিদা ছুইক্কী কেস অমা লুপা লিশিং মঙা অমসু ।"

শেল পল্লকপদুদা ওক্কা য়েংই চেখাওদুদা । শেল চিনমনখিবনা—চিরোম মিংচিগী হাক্কীদমক লুপা অতু হলহন্নীংগ্রে তোয়াইমা—হেক্কা হায়খি—

"করেনে অমুক্তা য়েংজগে ।"

মিশ্র চংখ্রে । হুইস্কী তোয়াইমা খল্লি,

"করম তৌবা তাই ।"

অশুম্মা খন্দুনা লৈরিবৈ নুমিৎ অতুগী মুংথিল মুংদাংব্রাইরমদা সুবদার তোম্বী কোক হেক লাকই, হায়রৈ –

"কমদোসিগে তোয়াই বাবু ডি পি সি সি—নুমিৎ খিতুং য়ৈথোকপা য়ারোইব্রা?"

"তারিখতি লেপখ্রেদো সুবদার সাহেব। করিগী য়ৈথোকপা পাম্বীব্রিনো ? "

"ঐগী এ সি আরদো চহি অহুম থংন-থংননা য়াম্না ফত্তবনি। মতমতগী কম্মানডেন্ট সাহেবতুগ এগা মুত্তাইনদবা মুক্রবা খর লৈখি । মহু মাত্তহনগ্রগা অমুক কৌনবা তৌবিয়্ ।"

"অতুবু ঐনা তৌবা ঙম্বরা?"

"ঐ খঙই বাবুনা ইওম ঙম্মী হায়বসে । সে—বাবুগী ত চানবা লুপা লিশিং তরাসে পায়শিনবীয় ।"

অথোম্বরে তোয়াইমা—শেন্দুদা চাগদবগুম য়েংই—ফন লুবা শিবা-য়াবা খোংফম ওইরফাও হুলহন্নী'দ্রে ।

হায়রকই —

"হায়রিবহু যাম্না লুবা রানি । ইথন্তুনা তৌবা ঙম্বা রা নত্তে ।"

"মহুগীদি রাবীকনু মরি লৈনবা কেরানী অফিসার অন্দর সেক্রেটারী ঙয়মক মেঞ্জরম্নবনি তৌবিদবা যাদেকো !"

সুবদার তোম্বী চংখ্রে । ইরুক্তনীংবগা থোং তেকপগা চিরোম মিংচি মমিত্তা উই, ফাক্তকো ইন্দালগী নুপীসে - হুইস্কী তোয়াইমা নোকফৎ তৌখি ।

থিন্দে, ডি পি সি অমিদা য়াওগদবা অফিসার কেন্ডিডেট মখোই তরেংকী মনুংদা কেন্ডিডেট খরগী চহী খরগী এন্যুয়েল কনফিডেন্সিয়েল রিপোর্ট (এ সি আর) মাঙখরে লৈবমদরে । হুইস্কী তোয়াইমা রিপোর্ট ইথংলে ডি পি সিগী তারিখ য়ৈথোক্লবা । ডিপার্টমেন্টকী হেদসিংদা অরাংপা এ সি আর থাররুবা চে ইখ্রে । ফাইল মত্রি য়োংখ্রে । ডি পি সি

থা অনি য়ৈথোকখ্রে । থা অনিগী তুংদা এ সি আর কংগ্রি হায়রদুনা খর অমুক য়ৈথোক্তুনা থা তরুক হেনগ্রে—মরকসিদা ডি পি সি দুদা য়াওগদবা মেম্বর ত্রান্সফর তৌরকপা, অমনা ট্রেনীং চংখিবা, য়াওবা য়াবা অফিসার কেণ্ডিডেট মিশ্রাখোই হেনগৎলকপনা পেনেল অমুক শেম্বন-চিংবদা থা তরা হৌখ্রে মখিৎ মনা শিংবা অফিসার খরনা এ সি আরদু মশা মশানা কোইপু পুদুনা কোয়হেন চেন্দুনা রিপোর্টিং অফিসার রিভিউইং অফিসার এসেপ্টিং অফিসার মন্ত্রি যাওনা চেনখোক চেনসিন—তৌদুনা রানোমদুনা এ সি আরগী গ্রেদ হায়রদগী য়ায়া হেয়া রাংনরে - আউটস্টেণ্ডিংনা রাই চাইবে । থবক কজনা তৌজবা মরম ওকপা মীওন্দা হাইজ-চংচবন্দ কং হৈত্তবা কনফিডেন্সিয়েলগী অচম্বা অর্থ মুয়া খঙবা অফিসার অমা অনিদি—হাচং—রানোমংহৌদবা—চলাক—কলাক তৌদুনা চে চাং শিন্দোকপা হৈত্তৌদবা মখোইদি—এ সি আরগী গ্রেড হেঙ্গত্তবনা মখোইগী ফংফম থোকপা কয়া মাঙজবা তারে—নীংবা কায়রনিদো ।

অমুয়া মতম অমগী হৈরোক তোয়াইমা গোল্ড ক্রেক চাদী হৌজিকী হুইক্কী তোয়াইমা মরু ওইবা মীশক অমা ওইরক্লে—ফাইল মাঙবগী খবক্তা । ফাইল শেমদোক শেমজিন চে ওস্থোক—ওনশিন—পার্ট ফাইল হাংবা, হায়গী ফাইল খোঙ্গুল মুৎখিবনচিংবগী এক্সপার্ট হুইক্কী তোয়াইমা মীনা শীংথানবা য়াওরে ।

প্রোমোসনচিংবগী ডি পি সি হেক হেক কয়মদাইসি মাগী পোয়রুনি । মতংসিদা অফিসার কেণ্ডিডেট খরদা হিন্ট হেক হেক পীখি—নঙগী এ সি আরদো কয়া পাঙদেকো ।”

অশিংবা মতমগী চৎনবী খঙবা অফিসারনা হৈরোক তোয়াইমগী মতুং কোইয়িন ইরদুনা চে কয়া মাঙহনখি, চে কয়া শিন্দোকখি ফাইল কয়া খিবা খঙখিদে, কয়া অমনা মহুৎ শিঞ্জিনখি । মতমগী ঈরাং খঙদবা হুইক্কী তোয়াইমগী রা থৌশাহৌদবা কয়ানা ফংদম থোকপা কয়া কংখিদে ।

ফাইল মাঙহনবা, পুথোরকপা, পার্ট ফাইল লিংখৎপনচিংবা বিদ্যা অসি চিফ সেক্রেটারী ওইরম্বা অমদগী ফজনা ভমহৌরবা হুইস্কী ভোরাইমা— বিদ্যা অসিগী মপালনা ইনাক খুল্লে, ময়ুম দলান শারে, শেন পায়রে। মাগী যুমদা ফজনা ফ্রেম চল্লবা ফোটো অমা লৈ। মহুদা মুমিৎ খুদিংগী ধূপ থাওমৈ হৈরুক হৈরা কংলি হৈরোক ভোরাইমা। হুংলুরবদি মানা খুম্নকনি।

—' ঐশ্রীগুরুনি মাগী কৃপানা ঐনা মীয়কতিঙবা ওমলিবনি।"

রাধাকুণ্ড
মে॥ ১৯৯৩ ইং



# ৪

# সনা পালা

ডাইরী অমুক পাকদা থাংগশেংনা খোকখিবা খোঁদোক খর রেকোর্ড তৌরম্বদু যেংলুবদা পুক্নীংদা মুংঙাইবা পোকই—অমসুং মদু অসুম তমদুনা তাহন্নীংই—তম্মুরা ?

মোইরাংথোম বকুল মখোং শ্রীশ্রী মদনমোহনগী মন্দিরদা লৈকাই অদুগী মৌনহাশিংগী ঈশৈ পালা অমা লৈ—মদু "সনা পালা" হায়না খঙনৈ। সনা পালাসিগী রানি ডাইরীসিদা যাওরম্বসে—মদুগী মতেক খরা তমগে তারো—

ফন—কুইরে ঈশৈ পালা অসি লীংখৎখিবা হৌজিক লৈরিবা পালাসে অহুমশুবা মীবোলনা মখোক ওইনা লৈরিবনি—অহুমশুবা মীরোল য়াওরকপদগীনি পালা অসিবু "সনা পালা" হায়না খঙনখিবসে। ঈশৈ পালা অসে শ্রীশ্রী মদনমোহনজীগী মখোন পোগন তৌননবা লীংখৎখিবনি। পালা অসিনা দুর্গা পূজা মতমদা অরিবম লাইরেম্বীনা বকুল মাখাওদা লেওলক্লব মতমদগী লাইরেম্মা পোগন তৌই। অদুগা দুর্গা পূজা মতমদা পালা অসিবু অতৈ মাওবতা অরিবম লাইরেম্মা পালা হায়নসু করিগুম্বা কান্না হায়নৈ—অদুবু অয়াম্বা মতমদা সনা পালা হায়না অহুম খঙনখ্রদনি হৌজিক অয়াম্বা মতমদা সনা অমনা ঈশৈ হল্লি সনা অমনা দুহৎর চৎলি।

মণিপুরদা রাধা কৃষ্ণগী মখোন লীলা তৌবা লাইশঙ খরদদি লাইশঙ অদুগী ঈশৈ পালা অমা নত্রগা অমদগী হেনবা লীংখৎনবা অসি চৎনবী ওইরম্মী। বকুল মখোং শ্রীশ্রী মদনমোহনজী মাওবকিদি

মৌপালা', লৈশাবা পালা, সুপীনচা পালা অমদি সুপাগী খোপ পালা লৈ। অসুম্না লৌংখৎপা লাইফম লাইফম পালাসিবু খুনফম পালা হায়না খাইন কৌবৈ।

হংশোক ১০৫৪ শ্রীশ্রী মদনমোহনজীগী অনৌবা লাইশঙ শঙগারে। লাইশঙ অসি লৈথিরবা যুম্নাং শক্ত চাওবনা কচ্চবনি লাইগী লাইমাঙদা গরাগরি ওন্দুনা ওঝা চাওবা মবুংদা দর্শন তৌরে হরাওরে, মুঙাইরে "শ্রীশ্রী বাবা মদনমোহননা জয় ওইরে" হায়না থিল্লিবা ভক্ত পুম্নগী খোল্লাওনা পুম্নান নিম্লে মাওবসে।

মন্দির আসিদা ঝুলোন লাল মনাংদৈদগী অহুম তৌরকই। অহুবু ঝঙ্ক খরা চাওনা তৌবাদা খৃঃ ... ওঝা চাওবনা মতম ফন মপাল ফগৎলকপা মতমদগা ওংরবোং খন্নে জাপান লানগী মমাঙদদি সুপা পালা সুপী পালা সুপীনচা পালা সুপা মচা পালা মশাং থিঙমদনা লৈরম্মী অদুনা সংকীর্তনগী অরাংপা লৈরমদে। অদুবু ভারত স্বরাজ ফংদুনা মণিপুরনা ভারতা য়াওথরবা মতুংদা দ সুপা পালা সুপীপালা মশাং যাম্না হন্নখ্রে মরু ওইনা সুপা পালা সুপা মচা পালাদি শুকলৈবু লৈথিল্লে। হাবা কাওবা য়ারে অফাওবী ঈশৈশকপীশিং মশাগী পালা লৌংখৎনবা তৌরম্রে। খুনফম পালাদা খুৎনেক ওইনা য়াওনরকলে। মরম অদুনা ঝুলন হৈরিবা লাইশং খুদীংমক তঙাইফদনা খুনফম পালা লিংখৎত্রবা য়ান্রে।

অসুম্না খৃঃ ১৯৫৯ দগী হৌরাং হানবা ওইনা অমুসনা, তম্ফা, তোম্বী, সনাহনবী, লৈমনা ঈশৈশকপী হবেম্শাকপী ভামুগা লোযননা লিংখৎখিবা মৌপালা চহি ৩। ৪ শুরকপদা অনিশুবা মারোল মোনহা সুবদনী সনা তোম্বী সখিনচিংবনা লিশলহোরে—ঈশৈশকপাস্ম তোমু মেমনা শিনরে। অসুম্না অনিশুবা মারোলগী মৌনহা পালা মাওব মাওব চৎতুনা সংকীর্তন খোগল তৌরকখি—। মতম ফন-মপাল ফগৎলক্লবা ঠিকাদারগী সুপী অতোম্বা হাই-হন্না লৈবী—জিপ কার পুথোক্তুনা সংকীর্তন শকপা

চৎলিবী ঈশৈহনবীগা লূহোনবা শক্তা চুদা চৌনখৗবদা ঐ মখাইরে থাল্লিবী ছুহারগা অনিগী ইগো খেন্নাইনহুনা —ভবুনা খংনৈ খোন তৌনৈ—মখিং পৈইনা-পৈইনা য়েংনৈ । মরক্তা লেপ্পী, শামদোক্পী, সনাতোম্বী । খংনবগী মরম ঈশৈ থুমদে, মমিং পৈইনা য়েংই—জিপ ফ্রন্টসিটতা ফমই—অসিনচিংবা। অহুবু নামগী গুণনা মখোই পূম্বা হেক্তাপূম্না ঈশৈ শকমিন্নৈ; চামিন থকমিন্নৈ। মাগুব ময়ায়দা ঈশৈ থুমদে হায়বগীদমক খংনবসি মাগুবতুদগী খোক্তুনা লম্বী হেক যৌবদগী অহোম্না ঈশৈ শকফম মাগুব অমা য়ৌদ্রিফাও খংনবা লোইদে। মাগুবতু হেক য়ৌবগা খংনবা তোক্তুনা পূম্না ঈশৈ শকমিন্নৈ ঈশৈ শকপা লোইহুনা হেক খোরকপগা হেক্তা খংনৈ—য়াঙাং খুদং কোচি কোংনৈ, পৈনা য়েংনৈ, য়া ঙাঙনদে।

নোংমদি অপুম্বা খংনবদগী শাওনীংলবী ছুহার চংপী মাগী অশাওবহু গাড়ী তোংহুনা লাকমিন্নরিব। পুংয়েবদা তাইনখি—"পুংয়েবনেয়ে করিনো—হেক যৌরগা শক্তনবা হায়রনা মাগুব য়ৌদ্রি করিগীনো"! পুংয়েবনা তপ্না খুম্নকখি "করিনো হায়বীরিসিবো, ঈশৈ হায়বা শক্তবৈদমক শিবা তারবস্থু চেল্লি, গাড়ীসিদৈ চোংথহুনা চেনগদ্রা ? পাইবদি তমগ্ন-হৌদ্রেদো।"

পালা অসিগী অনিশুবা মীরোলনা থরা চোকথরক্রবা মতমদা ভিটামিন বি ইঞ্জেকসন পীবগুম অহুমগুবা মীরোলগী সনা কলা চাংদা মাম্ভা পোস্তিং তৌহনা মেমসাহেব ওইহুনা লৈকবদগী ইস্কালদা হল্লক্তনা পালা অসিদা য়াওররে ঈশৈ চল্লরে-হায়গী ঈশৈকনবী ছুহার ওইখ্রে-ছুহারনা খোংবাংকোক কাথরে -ঈশৈশকপী লৈরেন, সনাহনবা, তোম্বী ইবেম্নাইমা—পালা অসি য়ুং য়ুং লাওরে, ওঝা চাওবনা নোকমী নোকমী লাওনখি—"ঐখোয়গী সনা পালাসে—ঈশৈ মুঙাইরেকো !"

সনা পালা মিংথোনসি তোম্বী পূক্নুং নুংহুমনি অহুবু পালাদি য়ুং য়ুং লাওনা কপ্পংলকখি-খার্তগ্না চনাং খনাংনখি । ঈশৈ মুঙাইগ্রে কজগ্রে" হায়রনৈ।

শৈফম কয়া শক্লগা চমনবনা হাপদোকখি। মাগুব থুদোং সনা পালাতব্ তাব্বগুম তৌখি লোইদোক্ল জন্মস্থান মাইস্কুল-গুরুমরিবম—খোয়াথোং কেলী কাকৈথেল ইলেকট্রীক ব্রঞ্চাগী মাগুব কয়াদা মরুপ মপাং ওইবগী মচন মচে ওইবগী সনা পালাবু লুনা তৌরম্বা-থাগৎলকপা থেংনরুবা অত্তোম্বীগী রাষৈ চাকপীনি—মচী্না পোক্লা পন্নকখি— "সনা পালা-ছায়সারিয়ে" অচুবু সংকীর্তনগী গুণ অৎকপনি-লম্বীদা কয়া থংনরম্ব ফেং-ফা তৌনরম্ব—লাইগী লাইমাও মাগুব হেক য়োৗবগা পূন্নমক কাও-থোক্ত্না থদোই হকচাং য়ংওনা ঈশৈ শকহ্ পূন্না হেক লোইবগা কা য়েন্নহুনা চামিন্নৈ—কারগা কারগা ঝিপকা ঝিপকা ছুহারগী ঝিপ—ঈশৈহনবীগী কার চিয়া কৃষ্ণগুম য়েংনখি মাগুব পূম্বদা।

অম্মুম্না সনা পালানা মতম কনা মমীং চৎলকপা লাইফম কয়াদা সংকীর্তনগী বাগুন ফংলবা মতম খৃঃ ১৯৭৪-৭৫ অচুবাইদা মণিপুর সরকারগী অচৌবা কমনাচবাশংগী মনাও ইবেম্মশিংগী লক্তা সনা পালাগুম্না পালা লৌংথলগা মতুগী হাৈশ হনবী ওইনা য়াওবগী ঈন্নাং অমথক কন্ন হৌরকখি অম্মুম্না ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী, ডিরেক্টরগী, ডি আই জিগী সেক্রেটরিগী মনাও ইবেম্মশিং ঈশৈ পালা লিংখৎলক্তনা ঈশৈ শকপীশিং মুন্নরকে—অনেকমন হেন্না হেন্না পীহুন। অম্মুম্না কুম সিমদি ইঞ্জিনিয়ারগী মেমসাহেব হাইবীনা খুনেকমন হেন্না পীহুনা সনা পালাদগী ঈশৈশকপী পূম্বা লোইনা কৌথোকখ্রে-সনা পালাগী ঈশৈ শকপী কাংলে—কমদৌনি এদনমোহনজিগী ঈশৈ থৌগল তোকপা তারবরা? করিগী তোকনি। ভগতবৎসল ওইবা মানা ভক্তগী অরাবা কোল্লবা শীনবীরক্তবা হৌনবরা?

সখি সনাতোম্বী সুবদনি থা-অরাং নোংপোক-নোংচুপ-থোঙথাঙ কনখি—থেংনখি-কুইনা পোথারুরবা ঈশৈশকপী শল্লাই লিল্লাই মধুমতী, থোইদোকনা সিঙবা থুনকম পালা তুকয়াও য়াওনবী মণিপুর সেং

কায়না ফাওরবী ঈশৈ শবগী থৌরানী হয়াও হয়াও য়ারকখি—মখন মোক্তনজি থৌগল তৌবা। কুমসিশিদা বাত্তন কংহুনা সনা পালা য়াওব অমদা ঈশৈ শরুইক—মাওব অহুগী মকোক ওইনা অদীন অয়াও তৌরিবা (তোম্বা) থৌরানীগা মুন্না থগুনে। য়াচেং খ্বিক কারবায়দা শেল মরাং কায়না ফংলবা ঈবাক থুম্লবা তোম্বা-মমুম দলান শায়ে—সজ তৌরে; ঈথক ঈরাং ইনোং কা গপকাসু মতেক মতেক তৌরে। খ্বাইনা য়াচেং তোম্বা হায়না থগুনবা তোম্বা থৌরানী উবদা মথো পোগুনা হায়খি—।"

থৌরানী শেলসে উরেদনা—য়াম্না থাদৌরিনী হৌগত্তুনা শকউকো।

ঝ্‌লোনগী মুপীপালা হৌগত্তুনা খরুদে। মাগী মশাগী পালাসু নত্তে—অহুনা থৌরানীনা খুম্নকখি—

"তাদা পালাসে ঐগী পালা নত্তে, ঐদি চুম্নতা য়াওবনি।"

"অহু ওইরসু হৌগত্তুনা শকউ—শেলসে য়াম্না থারগে হায়হুনা থম্লিসিনি।"

"তাদ ঐদি মখোয়না নেরবগী য়াওবনি। ঐগী পালা নত্তে—সনা পালাশে বোকুল মখোঙগীনি লৈকাই পালানে।"

"ও: খুমকম পালা, খুনকম পালা, ঈ-মুংশিং পালা ওইরে। নঙগী ঈশৈ তাগেইদমক কোবনি সিদি খুনকম পালা ঈ-মুংশিং পালা ওইরে।"

মঙ্গহুদা মায়োক্নবা ফগ্বা বুদ্ধি চোংবা মানবা অমনা ভাম্বক পাইহুনা মোইবুং খোংবা অমা টরুবদগী নোকমনখিহুনা ঈশৈহনবী সনা করিসু তাহৌদে—অহুবু—অকোনবগী য়াহৈশিংহু—খর কল্লপ হায়খি মাগে তুহার চংপী সখিদি তশেং তশেং তাহৌরে—কি কি কামখি, মৈ হৌখি শাওবনা ঈশৈ লোইহুনা হৌগৎপা তাইঙমদে—থাম্বা ককা নঙহৌদে সখি ফুক হৌগত্তুনা চঙশিনখি—হায়খি ওনশিন্দুনা—

"করি হায়রে; মীশক থগুনবা চায়রবু ঈশৈ হম্রিবসে বড় সেনাপতীগী মজাইবেগ্মনে—অচোবা অফিসার সেক্রেটারীগী মনাও ইবেগ্মনে—নবেগ্মনে—করসু কত্রসু ঐসু মখিং লৈবা অচোবা ঠিকাদারগী তুপীনি—করি

হাম্রয়ে শম্বি ব্রাচেং নঙগুম্বনস্ত্র পালা! অসিব্রু থুনকম পালা ঈ-দুংশিং পালা কক্কা হাব শাব্রিয়ে শম্বি কোস্তু্না শেল খন্ন পায়ন্নগা ইউ হেক উঁশিত্তবা শাব্রদনা—নশক খণ্ডঙে শম্বি ভোম্বা ব্রাচেং (ভোম্বা) নহাস্তা নস্ত্রা ব্রাচেং শম্বি থাব্রদো !... .. . ...

ব্রাচেং ভোম্বা ইঙ্গুক গুক্কা থুমকম খণ্ডনা নৈব্রিঙৈদা ময়াম মন্নাং মন্নাং ভোত্থুনা সণিব্রু খেমজ্জিনম্বুনা পালা অন্থ গাড়ী ভোংথস্তুনা প্রপ প্রপ থোথি ।



৫

# রাধাকুণ্ডদা হেমোবতি

হিংলিবা মীগী রা তম্বস্ত রারী মখল অমনি। মাগী মরমদা থল্লুবা রাখলস্তু রারীগী মচাক্সী। হৌজিক রাধাকুণ্ডদা লৈত্রুবী হেমাবতীগী রা খর তমগে পুক্নীং চঙনা তায়ো- নখোইনা তত্তনা হংবদো।

নোংমা মশুশিংনা হন্নবী অমগী কোটো উবদা কনানো হংবদা মবেনবোক্লা খুমখিবনি। ঐবু পোকপী নখোইগী অজ্ঞাবোক্তী কোটোনি। মতাক হৌজিক রাধাকুন্দদা লৈ। লাইনীংহুনা লৈরিবনি।

রাধাকুণ্ডগী শাববা ওলাংথ সেলসিয়স দিগ্রি ৪৫ য়োরবা মতমসিদা মপান থংবা মুংশা য়ৈরবা সঙ্গোইগী মাঙ্গোলদা ভুমিন্না কম্পী ময়াম কংশিন্নবী তোম্বীশিত কুঠি মিং হেমাবতী। মথুত্তা নাম মালা পায়রী জপ তৌরি "রাধেশ্যাম।" ওলোংহনা মী পুম্বা উরুমদা পাওখা মখাদা, কুলর মনাক্তা কম্না কম্ন। তমাই হুন্নরবা মতমসিদা মচাক্তি মুংশাগী ওলাংবত্ত কাওদবরুম উই। অয়ুক হৌগংলগা চিনযা শেং ইরু মায়থতবগা চন্দোন-চরা লংনা ফিল্লবা তুংদা জপ মালা পায়রুনা কম্নি তুমিন্না—জপ তৌরিমাক পামজববা শ্রীহরিগী মিংজেন শাইস্তু হায়াদ ঈংইস্তু হাযাদ অরাম খোরাংবস্তু থওদবরুম তৌই। চাগে থারে করিমত্তা হায়দে পীক পীপত্রস্তু হলাও হরাও গাই—ওম্বোক্লা হাওত্র—হাওরে-তা হায়। যেংলুবদা মুংশিবা পোক্লবা শক্তমনি।

চহি ৮৮ শুরে হোংখী শিজ্জ। রাধাকুণ্ড অসিদা বাস তৌদুনা লৈরকপা চহি ২৮ শুরে। খুদ্বগী কুম ১:৬৫ ইংদ' নপোইগী

টধৌ পুরেন মাগী মপুরোইবা রাজকুমার সনাতোম্বা সেনাপতীনা থংগৎথিবা কুমদগী শ্রীকুণ্ডসিদা লৈরকলবনি। অহানবদা ভানী কুণ্ডদা মথংদা চীরোম কুণ্ডদা হৌজিক্তা শৌগাইজম কুণ্ডদা লৈরি।

"ঐজ্ঞাবোক- কবিনো ভানীকুণ্ড, চিরোম, সৌগাইজম কুণ্ড ককা হায়সিবে ? ভানী হায়সি কনানো ?"

"ভানী হাযবসি নখোইগী ঐজ্ঞাবোক ছত্রুবীসিগী মতৈনা পোকপনি ঐগীদি ইচেমসিনি। পীক্লিদুনগী শ্রীশ্রী গোপীনাথ মন্দিরগী আথরাসি পুন্থনা কামদারী ওইতুনা ব্রজদা শেং কায়না মমিং লৈরবী মহাক্নী। মাগী লৈকমনি হায়তুনা ভানীকুণ্ড কৌবিবনি। শিক্ষা তুরামগা হেক্না রাধাকুণ্ডদা লৈরব্রী ব্রজভাষানা মমারোল ওইরবী ভানী ব্রজবাসি অমত্তনা লাকচবা ভমদকৌনি। মাগী কুণ্ডদ চহি ২২ লৈরম্লগা খৃঃ ১৯৮৮ দা চিরোম কুণ্ডদা অদুগী চহি ২ লৈরগা ইং ১৯৯০ দগী সৌগাইজম কুণ্ড ছায়না থগুনবা শ্রীশ্রীঃ রাধা বিনোদজীগী মন্দিরদ লৈরিবনি। সৌগাইজমা লিংখৎপা লাইনি হায়তুনা মকমদুবু সৌগাইজম কুণ্ড কৌই।

"ঐজ্ঞাবোক ব্রজবৃন্দাবন রাধাকুণ্ড ককা হায়বসি করিনো কদাইদনো করিগীদমক মকমসিদা মৈতৈ লাইনীংবা লাইনীংবী মরাম লৈনরিবনো ?

"ব্রজ বৃন্দাবন রাধাকুণ্ড পুম্ন ব্রজধাম কৌই. উত্তর প্রদেশকী মথুরা জিলাদনি শ্রীকৃষ্ণগী পোককম অমসুং ওইরিঙৈগী শাম্নকম হিন্দুশিংগী তির্থ মকমনি। মকমসিদা লৈরগা মীনা অচৌংবা শান্তি ফংই অরানবা থুডম ফংই হায়না হিন্দুশিংনা থাজনৈ। অদুনা মৈতৈ লাইনীংবা লাইনীংবীশিংনা সিদা লৈবিবনি। ব্রজ বৃন্দাবন চৌরাসী ক্রোস হায়বদি ক্রোস মরিফুমরী পাক শন্না লৈবা কৃষ্ণ ভক্তাশিংগী তির্থ স্থাননি। অশেংবা মকমনি। মকম অসিদা শ্রী কৃষ্ণনা অমসুং ওইরিঙৈ লৈরমই মথম মথা লীলা শান্নরমই। পুরানগী রারী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গারোহন তৌরগদাই যদুবংস পুম্না মখোই মশেল হাৎনদুনা লোইনা

তুমথ্রবা অমদি দ্বারকা নগরনা সমুদ্রদা লূপথরক্লবা মতমদা যদুবংশগী লেমহৌবা অমত্তা গুায়রবা অঙাং ওইরিবা মগু মুপা ব্রজনাভপু মনাই দারুক শারখিদা শিন্নতুনা মথুরাদা (সুরসেনদা) থৈখি। ব্রজনাভনা মথুরাদা পাল্লবা তুংদা মুনিশিংনা তাকপা মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নকম কয়া শেমগত্তুনা চৌরাসী ক্রোশনা কোনবা ব্রজভূমী শেমগৎখি অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ কয়াস্থ শাতুনা লাৎখি। হৌজিক লৈরিবা বিগ্রহশিংগী মনুংদা শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ, মদনমোহন, বৃন্দাদেবী, শ্রীহরি-দেব, মহাদেব অসিনচিংবসি য়াম্না লিরবনি। হায়নবা লৈ বাদসাহ ঔরঙ্গজেবকী অত্যাচারনা ব্রজবৃন্দাবনগী লাইশঙ কয়া থুগাইরক্লবদা জয়পুর মহারাজনা বৃন্দাবনদগী জয়পুরদা থৈতুনা লাৎপিবা শ্রীগোবিন্দ হৌজিক জয়পুর গোবিন্দ হায়না খঙনরিবসি ব্রজনাভনা মমাইবেম্মা উষাদেবীনা তাকপা মতুংইন্না মূর্ত্তি অসি শাখিবনি। শাবা লোইরবদা মূর্ত্তি অসি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম অগুকী মত্তীক মানত্রে উবা মশামক মূর্ত্তি অসি উবদা শ্রীকৃষ্ণ ওইরবোই নিংতুনা মমাগুদা চঙবদা মকোক থুম্লগা চঙজে হায়।

"ঐজ্ঞ্যাবোক হৌজিকী ব্রজ বৃন্দাবন অসিবু ব্রজনাভনা শেম্লম্বা অহুমক্লা ?

"মানি। অত্তবু মতমগী য়াওন মতুংইন্না বৌদ্ধযুগ যৌরকপদা ব্রজধামগী শক্তম কয়া ওনখি। মুসলমান যুগ হৌরকপা মতমদদি ব্রজ-নাভনা শেম্লম্বা পুম্বা মথং মথং কিম্বথিত্তুনা উমং রামংনা কুপশিল্লকখি ব্রজধাম মফম খঙশিদ্রে উমং মোংশোং ওইদ্রে। হৌজিক হৌজিকমক ঐখোইনা উবা ফংলিবা ব্রজবৃন্দাবন ব্রজধামগী মরু মরু ওইবা মফমশিং অসিদি চহী ৫০০ রোমগী মমাঙদা মহাপ্রভূ শ্রীচৈতন্যদেবনা তাকপীরম্বা শেম্বীরম্বনি।

মহাপ্রভূ শ্রীচৈতন্যদেবনা খৃঃ ১৫১৪ গী অহুম্লাইদা দিল্লিদা লেকেত্তুনা লোকনাথ গোস্বামী লোকনাথ ভট্টাচার্য্য অমসুং কৃষ্ণদাস রাজপুতকা লোয়নবা বৃন্দাবনদা লাকখি। মতমহুদা ব্রজধাম জঙ্গল ওইরম্মী।

অতমছুদা মহাত্মা দর্শন তৌখিবা বিগ্রহশিংদি শেষাশায়ী নারায়ন মূর্ত্তি নন্দগ্রামগী অস্তাং ওইরিবা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি গোবর্দ্ধনগী হরিদেব অমসুং মথুরাগী কেশবদেবনি মহাত্মা মাগী পুক্নীংদা কাওরকপা অতুগী মতুংইন্না ব্রজগী মফম কয়াগী মমিং থোনখি অমসুং মাগী শিষা গোস্বামী গুরুগা বৃন্দাবন মপুং ফানা শেমগৎখি ।

হৌজিক্কী মতমদা বৃন্দাবনদা লীংথাবা য়াবা দর্শন তৌগদবা মন্দির-শিংদি—গোবিন্দ, গোপীনাথ, মদন মোহন, গোকুলানন্দ বঙ্কবিহারী আচার্য্য প্রভু, অগ্রবিহারী, ফৌজদার কুঞ্জ জামাই বিনোদ, কেশিঘাট জয়পুর মন্দির, রাধাবাগ, শৃঙ্গারবট, নিধুবন, গোপেশ্বর মহাদেব নিকুঞ্জবন, কালিদহ, রমন রেটি ইশকোনগী মন্দির অসিনচিংবা অসিনি ।

খৃঃ ১৫১৪ গী লাংবন-মেরা থাদা মহাপ্রভু চৈতন্যদেবনা বন ১২ হায়বদি বৃন্দাবন, মধুবন, তালবন, কুমুদবন, বহুলাবন, কাম্যবন খদিরবন ভদ্রবন, ভাণ্ডিরবন, বেলবন, লোহবন অমসুং মহাবন পরিক্রমা তৌখি । মফম পুম্বাস মহাক্না তাকুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শারফম পুম্বা মাগী শিষ্যশিংদা খঙহনখি । মতম অদুদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ভাদ্রপরিক্রমা হায়না খঙনরিবা বন পরিক্রমা অসি লাংবন মেরা থাদা চংনরি । মসিদা য়েংবা য়াবা খ্বাইনা চংনবা মফমশিংদি মথক. বন ১২ অসিগী মথক্তা উপবন ১২ হায়বদি বিহারবন, রাধাকুণ্ড বৈঠান, সঙ্কেট, বদ্রিনারায়ন, যাবট, কেলকলা, নন্দীশ্বর, কোটবন, রামেশ্বর, দ্বারকা, জগন্নাথ, দাওজী অসিগা লোয়ননা মানস সরোবর পাবন সরোবর চন্দ্রসরোবরনচিংবা সরোবর অমদি শৃঙ্গারবট, বংশিবট, সঙ্কেটবট, নন্দবট ভাণ্ডিরবট অক্ষয়বট অমসুং রাধা কুণ্ডগী শ্যামবট-নচিংবা অসিনি ।

শ্রীসনাতন গোস্বামীনা পরিক্রমা হৌখিবা মুমিৎ ভাদ্র থাগী শিথ-রকপা ১২ নি পামদা মুনিরাংবাইরমদগী ভাদ্র পরিক্রমা মথুরাদগী মাইল অরুক লাপ্পা লৈবা ভুতেশ্বরদগী হৌই । মথং মথং মথুরাগী কৃষ্ণজন্মভূমী

দ্বারকাধিশ মন্দিরনচিংবা য়েংলবা তুংদা শান্তনুকুণ্ড, বহুলাবন, শ্রীশ্রী-রাধাকুণ্ড, গীরী গোবর্দ্ধন কোয়রক্লুনা লাঠাবন কাম্যবন য়ৌই। কাম্য-বন্দা বৃন্দাদেবী মন্দির লুকালুকী কুণ্ড চরনপাহারী ভজন থালিনচিংবা দর্শন তৌরগা মঙানি শুবা মুমিত্তা শ্রীমতীগী পোরকম বর্ষান য়ৌই। মসিদা রাধারানীগী মন্দির, আলতা পহারী কদম্ববন, চিকশোলা দেহকুণ্ডনচিংবা দর্শন তৌরগা মণ্ডগী মুমীত্তা নন্দগ্রাম য়ৌই - মদীদা প্রেম সরোবর, সঙ্কেটবট, বিহবংকুণ্ড, ফাওত্লুনা চৎলি। নন্দগ্রামদগী খারবন নন্দীশ্বর, পাবন সরোবর কিশোর কুণ্ড, শেষাশায়ী, সূর্য্যকুণ্ড প্রহ্লাদ কুণ্ডনচিংবা দর্শন তৌরগা মাপল্লাশুবা মুমিত্ত শেড়গড় য়ৌই। উজানা রামঘট ননদঘাট য়েংলগা একাদশী মুমিত্তা পানীগ্রামদা চৎলি। মথংদা যমুনা লাল্লগা ভদ্রবন, ভাণ্ডিরবন মাঠবন বেলবন মানস সরোবর লৌহবন লান্দুনা রেভেলগ্রাম—মথংদ. বলদেব দর্শন তৌরগা মহাবন গোকুল চংলগা কোলগ্রামকোমদগী হন্দুনা ভুটেশ্বরদা পরিক্রমা লোইশিল্লি।

অসুম্না ব্রজধাম ভারতকী মনুংদা অংোইবা লাইফম ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নচা ওইরিবা পুন্সিদা খোকশিবা থৌদোক কয়াগা মরী লৈনরবা বৈষ্ণব ভক্ত কয়ানা আশা তৌজরিবা মফমনি অওইবমক ব্রজধাম লাইরৈবাক্লী। নোং হেক ঙানবদগী মুমিং তাবা ফাও—মুমিং তাবদগী নোংঙানবা ফাও হরিনাম সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেল্লনা থল্লবা আরতী কৎপগী শরিক কংসি মখোলতনা নিল্লবা মফমনি সাধু সন্ত ভক্ত কয়ানা লৈরিবা পুন্যধামনি। অত্তুবু মফমসিদা লৈবা ব্রজবাসি অয়াম্বা মহা লোভিনি মমত্তুনা হত্তুনা, নিত্তুনা লৌনবা হোৎনবদা হালেংদবা কয়ানি—অত্তুবু মখোইগী লক্তা মীওংশি শৎবা মীগী মতেং পাংবদা হন্নাওজবা রাত্তনা লৈরি। মখোইগী মতেংনা তির্থ কোযরকপা কয়া অমদি বাস তৌত্তুনা লৈরিবা সধু সন্ত ভক্তশিংসি মফমসিদা লৈবা ঙমলিবনি। নহারোল ব্রজবাসি মরক্তা মণিপুরদগী লাকপা যাত্রিক উরগা 'মণিপুরীয়া ভুং"

হায়না লঙনরগা নুঙাংজবা কযানি—হন্দুনা "ব্রজবাসি বাণ্ডর" হায়না খুম্নরগা শাণ্ডুনা খংনব, চৌরকপা কয়ানি।

ব্রজবাসিশিং লৌ উই, চুকান ফমই--কারবার তৌই পোৎচৈ য়োল্লি অদুগা লাংশড বয়াগী পুক্সারী ওই। অর্চ্চা পুজা তৌবা পুরোহিতকী থবক তৌবা ব্রজবাসি কাণ্ডলুপ অমসু লে। মখোয়না যাত্রিকশিংগী পুজ অর্চনাদা মতেং পাংই পুজাগী লাইশোল শোনবী মচুগীদনক অৱামন দাক্ষনা মখোয়না ফংই—মখোয়গী জিবিকানি। অদুনা করিগুম্বদা অনোবা যাত্রিকাশিংদগী থোক তৌদুনা শেল য়াম্না লৌথোকপাবসু য়াওদবা নত্তে। অঙকপনি মীওইবা হায়বা জাৎসে—মখোয়গী মরক্তা অফবা ফত্তবা হুরানবা সাধু সন্ন্যাস দাকু অমত্তা ৱাত্তুনা মথম পুম্বদা লৈ জাৎ বিজাৎ খায়দে। ব্রজবাসি অয়াম্বা মন-ইরোই ফজনা লোই অদুনা অফবা মঙ্গোমদি মৱাং কায়না ফই। মখোয় অয়াম্বা নিরামিষ আহার চাক্কান।

গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম সম্প্রদায়গী মণিপুরী বৈষ্ণব ভক্ত কযানা আশা কয়া তৌজরিবা মফম অসিদা শিজংগে নিংদুনা পুনীগী অরোইবা শরুক লেৱকম ওইরিবা শ্রীশ্রী রাধাকুণ্ড ভাবতকী মনুংদ অথোইবা তির্থনি চহি চা কয়া নারক মোংশোং ওইনা মফম থডদনা লৈরক্রবা ৱাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড খুষ্টগী তরাতরুকণ্ডবা শতাব্দি চৌরকপা মতমদা মহাপ্রভু চৈতন্যনা মফম অসিদা লাক্লুনা—মফম অসিদা রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড লৈরম্বা হায়না তাক্লবা মতুংদা মহাপ্রভুগী যাথংনা মাগী শিষ্য গোস্বামীশিংনা শেমগত্নুনা তৌজিক ওইবা শ্রীকুণ্ড অসি ওইখিবনি। শ্রীশ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লেপ্লুনা য়েংলম্বা মফম হৌজিকসু "তমালতলা মহাপ্রভু বৈথক" হায়না শ্যামকুণ্ডগী নাকন্দা লৈরি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাক্লম্বা মফম অদু তৌথোক্লবদা মমাঙৈ ব্রজনাভনা শেমম্বা শ্রীকুণ্ডগী শকুম কায়দনা কংখি হায়নৈ। শ্রীকুণ্ড অসি করম্না ওইখিবনো হায়বগী মতাংদা

হায়নবা য়ারৈদি—শ্রীকৃষ্ণনা যন মকোক পানবা হিংচাবা বৃযাসুর (ধেনুকাসুর) হাত্নুা ব্রজাবাসি পুম্ববু খুদোংথিবা কয়াদগী কনখি। মসিগী মরমদা শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগা মফম অসিদা উনবা মতমদা কাগী ওইনা হায়খি—"হে শ্যামসুন্দর নঙদি যগ হাংলুরবনিনা যন হাৎপগী পাপ পুরে—অদুন পাপদোনবা নঙগা ঐখোয়গা শম্ব-খোৎনবা য়াদরে।"

অসুম্না শ্রীমতী অমসুং গোপীশিংনা ঈওোরবা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না হায়জ চংচরবা তুংদা হংখিঃ—

"গোপী পুম্বা ভাবীয়ু। করি ভৌরগা পাপসি কোকনি।"

গোপীশিংনা ইবেম্মগী মোৎ মতুংইন্না হায়খি—

"হবুদো পৃথিসিদা লৈরিবা তির্থ পুম্বদা স্নান তৌরুরবদি পাপসি কোকনি—পাপ্পু দো ব্রবদি ইবেম্মগা উনবা য়াগনি।"

থবক অসি অরায়বা নত্তে মফম পুম্বদা চংলুবা ওইখোক্তে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা বাসিনা লৈবাক ভৌথোক্লুনা পুখ্রি অমা শেম্নে অদুগা পাতালদগী পৃথিবীদা লৈরিবা তির্থ পুম্বা কৌরম্মী। মবুদো কৃষ্ণনা কৌরবদা সমুদ্রদগী হৌনা পৃথিবীগী তিথ পুম্বা গঙ্গা যমুনা সরস্বতী গোমতী সিন্ধু, নর্মদা তাপ্তি গোদাবরী কৃষ্ণা কাবেরী ব্রহ্মপুত্র পুষ্কর মানস সরোবর, নিল টেমস ভোলগা সিন রাইন দানিয়ুব য়াংশিকিয়াং হোয়াংহো হর বতী অমাজনচিংবা অমত্তা চখদনা লাকুনা "ঐ" অহুনি অহুনি হায়না শ্রীকৃষ্ণদা থুরুম্নগা বাসিনা তৌরিবা পুখ্রিদুদা তিল্লরে। শ্রীকৃষ্ণনা মখুৎনা তৌজবা কুণ্ড অদুদা স্নান তৌরগা হায়খিঃ—

"সরোবর অসিদা স্নানবু তৌরবদি তির্থ পুম্বা স্নান তৌবগী পুণ্য ফল ফংগনি।"

কুণ্ডগী মথাদা মশীং থিঙমত্রবা ঈফুৎ মচা কয়া লৈরি—মদুদা তির্থ পুম্বা শুরে।

অসুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা তির্থ পুম্বা কৌহুনা লাক্করবা মতমদা শ্রীমতী রাধানা মাগী সখিশিংগা লোয়ননা খুজিনা কুণ্ড অমা তৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী অনীংবগী মতুং ইন্না মহুদস্থ পৃথিবীগী তির্থ পুম্বা লাক্কনা তিল্লখি সিগুম্বা খুজিনা তৌবা কুণ্ড "কঙ্কন কুণ্ড" অসিনা রাধা কুণ্ড ওইখি—শ্রীকৃষ্ণগী বাসিনা তৌবা কুণ্ডনা শ্যাম কুণ্ড ওইখি। রাধাকুণ্ড অমসুং শ্যাম কুণ্ড অনিগী কাওনফম শমজিন্নফম সঙ্গম বৈষ্ণব ভক্তশিংগী য়াম্না থোইন্নবা তির্থনি। মরক মরক্তা রাধা কুণ্ডগী জাহ্নবী ঘাটতগী মঙ্গোমগী পেরে থোরকই—মরাইবক কবা ভক্ত-বৈষ্ণবনা উজবা ফংই—পেরে অসি শ্যাম কুণ্ড তাহা জিরি জিরি চংখিহুনা শ্যাম কুণ্ড হেক য়ৌবগা মাণ্ডখি। খৃঃ ১৯৯০ দা রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড ঈশিং চিংথোক্লুনা শেংদোকপা মতমদা মসুংদা লৈবা কঙ্কন কুণ্ড অমদি ব্রজনাভনা শেম্নবা কুণ্ডগী শকুম মিকুপ খরদং উহোবা কনাগুম্বা ভক্ত য়াংখি। মরমদি রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ডগী ঈশিং লোইনা চিংথোকপা ওমদে খক কংদে ঈফুৎকী ঈশিংনা থুনমক হেক্তা থনগৎলকই।

শ্রীকুণ্ডগী মনাক্তা ললিতা কুণ্ড অমদি গোপ গুহা লৈ। রাধা কুণ্ড-শ্যাম কুণ্ডগী মপান অকোয়বদা ঘাট কয়ামুক লৈ—মহুগী মসুংদা জাহ্নবী ঘাট উদ্ধব ঘাট পাণ্ডুঘাটনচিংবনা অথোইবনি গোস্বামী ভক্তকী ঘেরা হায়বদি লাইনীংকমস্থ লৈ। শ্রীকুণ্ডগী অকোয়বদা মণিপুরী মতৈশিংগী লাইশঙ আখাড়া কয়ামুক লৈ মখোই অতু কুঞ্জ হায়না খঙনৈ। মখোয়গী মসুংদা কার্ত্তাশিংগী বড়কুঞ্জ নরসিংহগী নাউলগোবিন্দ, চুরাচান্দ মহারাজগী গোপালজি কুঞ্জ, সোগাইজম, চিংরাম, হিজম কুঞ্জ সিতানাথ, ইরেংবম, অকোইজম, পূর্ণমকুঞ্জ, নবিনকেশর, গোপিনাথ (ভানীকুঞ্জ) গুরু অরিবম, য়ুম্নাম অমসুং গোকুলানন্দনা অথোইবনি। মণিপুরদগী তির্থ লাকপা যাত্রিকাশিংনা রাধাকুণ্ড য়ৌরক্লবদি কুঞ্জশিং অসিগী মরক্তা অমদা লৈদুনা লাইতিন থুরম্বা পুজাসুংজা তৌবা উৎসব

কংপনচিংবা তৌনৈ। কুণ্ড খুদিংগী কাংদার অমমম লৈ। লৈনীংবা কুণ্ড অমদা লৈরিবা ভক্ত লাম্খোইবা লাম্খোইবী লাইনীংবা লাইনীংবী কয়া লৈরি, কুণ্ড খুদীংগী মন্দিরদা লাংলিবা ইষ্টদেব পুজা তৌজ সন্ধ্যা অহুম কায়দনা আরতী কংলি—শ্রীকুণ্ড পরিক্রমা চংলি নাম সংকীর্ত্তনসু তৌই কনাংসুনা ভিক্ষাসু নি।

বৈষ্ণব ভক্ত লাইনীংবা লাইনীংবীশিং মুমিং খুদিংগী মঙ্গলারতী হৌগত্নুনা শ্রীকুণ্ড স্নান পরিক্রমা আর্চ্চাপুজা লাইথোং খুদীং চংহনা খুরুম্বা নাম সংকীর্ত্তন তৌবনি। সৎ-সঙ্গ তৌবনি। কনাগুম্বা মরল লৈবনা মখোয়গীদমক মী নেক্নুনা নাম শোলহল্লি—মসিবু মৈতৈ লাইনীংবী মুপীশিংনা "রাধেশ্যাম লাওব হায়না খঙৈ। মত্নুদা য়াংরিবশিংত্নুগী চাননবা মুমিং খুদীংগী তলনচিংবা অত্নুগা নিংথম থাদা ইল্লবা কম্বল-নচিংবা য়েল্লি। অসুম্না অয়ুক্কুন অয়ুক অমা ফাওবা হরিনামতনা নিল্লবা মফমনি।

মীওইবগী অনীংবগী পাঙ্গল মানা মানা থাজব পামজবা অত্নু কংননবা হোংনবদা অহ্না অনা কিদবা অওকপনি। শারবা ওলাংথা দিগ্রী ৪৬/৪৫ য়োরবা মতমসিদা দণ্ডবৎ ১০৮/১০৮ লক তৌত্নুনা মুমিং কয়ানি চঙনা গোবর্দ্ধন পারিক্রমা তৌরি। শ্রীকুণ্ডদা ঈশিংমনুংদা পুং ২৪, ৩৬, ৪৮ হেন্না লৈত্নুনা মন্ত্র জপ তৌরি। মীওইবনা থাজবা অওকপনি।

অসুম্না থাজবা অমগা লোয়ননা লৈরক্লী তোম্বীসিজ হেমাবতী শ্রীকুণ্ডসিদা অরোইব যাত্রিশিংগা তাঙ্গগে হায়না। ঐহাক্না জনগী তাং ১৮ দা রাধা কুণ্ডদা থুংলুবা মতমদা শাবরা মুংশা মরক দিগ্র ৪৬/৪৭ য়োরবা কানসিদা মথক্তা শাঙ্গাই অত্নুদা তুমিন্না ফমত্নুনা লৈরম্মী—মখুত্তা জপ মালাত্নু পায়ত্নুনা হরি নাম জপ তৌরম্মী। কল্লবা অভ্যাসকী শক্তিনা মুমিং খুদীংগী অয়ুক ওন্না হৌবা ঈরু মায়থজবা চীন-য়্না শেংবা

চন্দন-চরা পিনবা নৈশু হেক্তুনা পূজা তৌজরিবা ইষ্টদেবদা কৎপা— ঈশ্বরগী সেবা কায়বা লৈতে অহল ওইশিনক্রবা – চৎপা-খোৎপা পঙ্গম ভমক্রবা ফমহৃনা হিপ্তুনা অযাম্বা মতম লেম্লক্রবা মতমসিদস্থু ওম্না হৌবা ঈরু মাইথঞ্জবা, চন্দন পিনবা জপ মালা চৎপা ফিগেং শেত্তুনা ঈশ্বর পূজা তৌবা কায়বা লৈতে। নখোইগীনা অজ্ঞাবোক ঐগীনা ইমাসি তোম্বীশিঞ্জ জপ মালা পাযত্তুনা লীক চৎলি অহুক নোয়রম্বা ফজরম্বা অহু হৌজিক্কি কংশিল্লে থুইজিল্লে পীকশিল্লে হাম্নগীহুগী মমিহু ভায়রে।

"য়াম্না থুইজিল্লবরা অজ্ঞাবোক্কো ?"

"অহুক্তে মতম ফনা কেবিক্তে-- মণিপুরগী স্নাকোম্নুংদা লৈরিক্তে নোয় পেম্না চাং লেম্না ফজরবী মমাসিঞ্জ তোম্বীসিঞ্জ আইম্নুর্ধ্যনা থম থেংনা ময়াম কারিক্তে বড়সেনাপতীগী মনাও ইবেম্মা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মন্দোন নেপালী মহারানী ঈশ্বরী দেবীগীনা "অবোক" সনা কোম্নুং শেৎ কায়না ফাওরম্বী মহারানী ঈশ্বরী দেবীগ নোয় পেম্না ফজবা মাম্নরবী মহারানীগী মনেম্বোক থ্বাইন কম্নক্রবা মিংগো—অবোক মহারানীনা কৌখিবা। গোবিন্দগী লাইশঙ মাণ্ডবতা জলকেলী শকমিম্নখিবী মেরা হাওজোংবা লাহ হরাওবদা জগোই থোকমিম্নখিবী মৈতৈ ফিইন ফনেক ময়েক নাইবা শেত্তুনা মহারানী ঈশ্বরীনা জগোই শাবদা শামিম্নখিবী মীনা বড়সেনাপতীগী মনাও ইবেম্মনি মহারাজগী মন্দোম্ন হায়না থুদোম্বী থিম্না তাক্লখিবী—মতমহুদা উখিবা শক্তমগা চহি ৪৫ রোমগী ভুংসিদা ওসি উরিবা শারবা মকমসিদা চপশিন থুইজিন কংশিন লৈরম্ব কয়াগী মতীক খেম্নরবা ! অহুক নোয়রম্বা ফজরম্বা হৌজিক্লা কয়াগী মাত কংলবা থুইরবা কেনগদবা ভাংহুনা লৈরবা। মতম নণ্ডনা থোকহল্লিবসে। কয়াগী মতীক ওকথ্রবা !

ইং শোক ১৯৯২ হৌগৎলকপদা মশাগী চহি ৮৮ শুরকপদা মশা ওমশিল্লক্রে হায়বা পাও ফংবদগী মহোই ককানে ঐনে নহোইগী তাত্তা ইচা মুপী সম্নিতানে ঐখোয় অহম রাধা কুণ্ড চৎখি। ইমাসিগী

ফিভম খর কগৎলবা উন্নবা তুংদা ঐখোয় ইম্ফাল থোক্লকখি। মথংদা মশা গুমশিল্লক্তবগী পাও অমুক তাবদা মহোই তামোগা ঐগা যে থাদা মনাক্তা হন্দক্তি ঐনা ইমাসি সেবা তৌহৌই মহোই তামো ইম্ফাল থোকখি। মথং জুন থাগী তাং ১৮ দা মহোই তামো—নহোই থৌথৌ অমুক লাকপা মতমদদি মহাক থাজৈশেংনা মশা য়াম্না গুমত্রবনি। হেক থুংলবগা মহোই তামোনা হংখি।

"ইমাসি হকচাং য়াম্না গুমদরবরা ?"

"গুমদেনে।"

খোম্ফম মহৌশাগী নত্তে শোন্না থুম্মী, চাও থকউ হায়রবা কয়া য়াদে। মথংগী মুমীৎকী অয়ুক্তা মহোই তামোনা অমুকম্মু হংখি—

"ইমাসি গুসিদি করম তৌবগে ?"

"হকচাংসি ইগুম গুমদেনে।"

য়াম্না শোম্বনা থুমই। শারবা মুংশানা যৈরবা শজোইহুদা তুমিন্না ফমই। ঐখোয়না কুলর মনাক্তা কয়রবা হায় য়াদে টিভি য়েংলো হায় য়াদে। হায়রকই—

"কৈম্মু কান্নদে য়েংদৌখে য়েংলে কান্নদে কান্নদে।"

ঐনা মরক মরক্তা দহি, লচ্ছি চম্প্রা মচৌ পীথকই মুরী থর চাহল্লি "হাওই হাওই" হায়না চায়।

অহুবু তাং ২০গী অয়ুক্তদি মশা অত্তু ইনম নমথে ইপঙ পঞ্জথ-বগুম তৌই। মুমিং অসি য়াম্না মরু ওইবা মুমিংনি, পাজিগী বা থাজরবদি মুমিং অসি চিংননিঙাই ওইবা মুমিংনি। কৌবা লাকপা ইতা তাদে। অম্মুম্না পুং ৬ লোম চেন্না কৌবা লাকপা তারক্রবা অহুদদি মুংশা থীবা হেনগৎলক্লে ভাক্তর মাইবা কৌরে। হিদাক লাংথক কাপ্তুনা মুমিং চুন্নচুম্না কন্না হোৎনরম্মী। অওইবমক তাং ২১ গী অয়ুক্তদি জ্ঞান লাকলে মমিং মনা ইশিং শিংলে। য়াম্না থুনা কগৎলকপদা মথংগী

হুমিত্তদি হৌগত্তুনা মশা মউ শেংদোকপা ওমলে চাকস্থু চখোম অমা চারে ।

মহোই তামো ঐখোয়নিমক ইস্কাল থোক্তবা য়াদবা থবক লৈ। করম তৌনি। ফিভমসিদা হন্দোক্তুনা চৎপস্থু ওইখোক্কে। জ্যোতিষকী রা পাঞ্জিগী রা চুমদে হায়বস্থু করম হায়নি অওইবমকস্থু মখোয়না হায়রকপা ইণ্ডা-ইন্ডেল লোয়রবদা অরুবা লাংকম লৈ হায়বত্তমক থোকখ্রে ইপা ইপু হাক্তস্গী চৎনরকপা মৈতৈ মাইবগী মিহুল মরোল অমত্তং য়েংলগা কয়াম থুনা শিবা য়াই হায়বা খণ্ডবা কাঙলোন্দু য়েংহল্লে। লম্বোইবত্তুনা হায় --

"মিহুলদা শুকায়বা কৈস্থু লৈতে। থা অনি অহুমগী মনুংদা থোকউ হায়বা লৈতে।"

ফিভমদি হন্দক্রা খর শোক্লমাল্লে—ডাক্তর কৌরুহুনা খনরে। ডাক্তরনা হায়—

"চিংননিঙাই করিস্থ লৈতে য়ুমদা-ইস্কালদা চৎপা কৈস্থু কায়রোই।

করমস্থ ইস্কালদা ফিভমসিদা পুথোকউগদগে ? মশানা য়ান্না থাজ-বগা লোয়ননা শ্রীধাম অসিদা শিজরগে হায়না শতাব্দি মগুং অমা হেন্না লৈত্রব—মাগী অনীংবা করম থুগাইরুনি।

থাজবনা লান্নবনি থাজবনা শারবা লমদমসি শাদবনি। ঈংলবা মফমস্থ ঈংদবনি মৈমুক শারবা লৈঙোইগী লম্বীদা মাইল ১৫ না কোনবা গোবর্দ্ধন দণ্ডবৎনা কোয়রিবনি দণ্ডবৎ ১০৮। ১০৮ লক তৌহুনা।

নাবা করহুবা হৌগৎলবা তাং ২২ গী অয়ুক অহুদা মহৌশাগুম অয়ুক হৌগৎলা চৌন-য়া শেং মায় মিৎ তারগা চন্দোন-চরা থিন্দুনা শেগায়রবস্থ তক তরুবা ফিরোন শেত্তুনা মথন্তা ফমলি সঙ্গোইহুদা জপ মালা পায়হুনা। মহোই তামো ঐখোই অনি মনাক্তা চঙহুনা হংলুই—

"ইমাসি ঙসিদি হকচাং করম তৌই—করি চানিংই ?"

"ঙসিদি খর মুঙাই ; চাক চখোম অমত্তং চাগে।"

"ইমাসি হয়েংদি কাং থুম্মী চনবনি, পাবুং ম্লাখ্বাগী চহিগী দিন তাই উৎসব কংকনি—"মহোই তামোনা হায়রুই।

'কৈ কৈ। কনানো পাবুং ম্লাখ্বা হায়বদি ?

"পাবুং সনাতোম্বা ম্লাখ্বা পুরেনগী"

"কনানোনে সনাতোম্বা হায়ববু ?"

"ম্লাখ্বা পুরেন বড় সেনাপতী

"নঙগী মুপাদো।' ঐনা পাংশিল্লি।

"ইহে কাওবু কাওরুরে ফজনা কংলুকো।"

অওইবনি অকাঙবনা লাকশিল্লবা মাগী পুন্সি সন্ধ্যা মতমসিদা—খঙন-চাম্লরম্বা মরী মতং মরূপ-মপাঙ কয়াগী মমিং-মথা মশক-মশা লোহনা কাওশিল্লকলে। হাএরুরগা নৌংশিংলুরগা অতুক "খঙই খঙই" হায়রকপা নাংশিংলকপা অদু মঙাহ হৌজিক্তা ইথঙ খঙনা রারী রাতাই শারম্বা মচা ময়া ঐখোয়ফাঙ—থংনবা মিকুপ্তা হংলকই—"কনানো নহাকপু !" মশা শোম্বরকপগা লোয়্নন লোয়্ননা অকাঙবনা খুদুম চন্দুনা মচা-মঙ মরূপ মপাং লোইনা কাওশিল্লক্লে হকপাম্লরম্বা মরা মপুয়োইবা লৈখিদ্রবা বড় সেনাপতী ফাওবা কাউরক্লে। ফারম্বা ঈশৈ লাইশোল তত্তনা শক্লম্বা সন্ধ্যা আরতীগী ঈশৈ—নোরোত্তমগী লালসা গীতগোবিন্দগী ঈশৈ ময়েক মাঙলকলে শকখিদ্রে-কনাগুম্বনা মনাক্তা ভংলু শকলুরগা মাসু ঙংলকপা শকলকপা নত্তনা। করিগুম্বা কান্দা ওন্ন-তৈনবা রাম্ন ভাওলরুবা নত্তে অদুবু অভ্যাসকী শক্তিনা—চন্দন থিনবা তপ মালা পায়দুনা শ্রীহরিগী মিংলেন—মাগী মমিং মুমিং খুদীংগী ফপ তৌবা মতুমত্তদি কাওক্রি কাওরোই থল্লি কাউ-হনবীমু নিজরি খুরুমজরী।

মথং মথং কাওশিল্লকলে চাগনি থকনি, কাওরে অরাম খোয়রাংবা লৈত্রে অঙৈং অশা পূম্নমক লোংনা কাওত্রে। খাগৎচরী হে রাধে! নহাক্না পূম্নমকসি কাওহন্দুনা, খুইথরকলবা কংশিল্লবা হকচাং পোলাং মুংদা লৈরিবা "ঐ" হায়না নাপন তৌজবা থবায়না নন্তগী নমিং শোন্দুনা নখোয় অনিগী লীলা য়েংজহুনা, য়াওজহনা অরোইবা মতম য়ৌরক্লবসিদা রাগানুগাদা নখোয় অনিগী যুগোল মুর্ত্তি মিং অনিসিনা পেম্না য়েংজহুনা লৈজরি।

হকচাংগী পাঙ্গল ময়েং তারক্লবা লেংবা ওৎপা ওয়্রক্রবা মতমসিদা হে রাধে - হে শ্যাম— নখোয় নত্তুনা চম্না তুনা যেংবিনবা কনা লৈবগে? ঐগী ঐগী তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না চৎচং কায়াং হিকথরকপগী অরা অনানা থক্লবা লংতম শাওত্রবা বয়া অনীংবা অমত্তনা পুহনা শ্রীকুণ্ডগী অকোয়বদা খজিক খজিক লেঙ লেঙ চৎলি। অনীংবা অসিত্তনা হক্লবা হৎ পুংশিং খাওহুনা ব্রজদা লৈরি, খাওলি,—থল্লি "সিদা লৈজরগা সিদা শিজরগা গোলুক হাংবা রাখলনা শেম্বা ধামহুদা লেপ্না য়ৌগনি।"

"হে রাধে হে শ্যাম! পূম্নমকপু ওখিত্রবা কাওত্রবা ফাওবদা— নখোয় অনিগী যুগোল মুর্ত্তি উজবা নখোয় অনিগী কোলোয় কাওদবা অসিত্তা পীনবীয়ু হায়না রাখল হেক খনবা ওম্বা মতমদগী নীংজরকপনি!" হায়রকই করিগুম্বদা—"মুডাইরে, মুডাইরে ঐমুক লাইবক ফববু কৈদা লৈরমগদগে? অরোইবা মিকুপ কাও অসিগুম্বা রাগানুগাগী মুডাইরবা মঙলান্দা লৈজহুনা নখোয় অনিগী নখোঙ থম্বালতবু য়েংজহুনা অরোইবা মিকুপতো লেজাখগে।"

রাধাকুণ্ড
জুন ১৯৯৩ ইং

# ৬

# তঙাইফদবগী তোকঙা

"রাধে রাধে ওস্থোক্না ঈংখ্রেদা !"

রাকচীং থাগী অহৌং অমা ঈংমনখ্রত্লনা বাবাজী কৃষ্ণদাস মিকপ থোক্লম্মী। সিত্তানাংগী অংখড়োন ফক অমগী মথক্তা তূম্লম্বনি। নহাক্তস্লু "রাধেশ্যাম" লাউরুবগী কম্বল ...। ফংলকখিবনি মাগী হান্না লেজবা শিরাকম্বাদুগা ফন-যান্নাবাংই নীংলুস কৈক্তুপ্ত — অদুবু ঈংমনখ্রমাল্লে তূম্বা য়ারমদে! কুমাসিদি খ্বাধাবুঙ্ ঙম্না ঈংবগী মথক্তা নীংথমখাগী অঙৈংবা মুংশিং শিংপনা তঙৈং-অশা দিগ্রী শুন্যাগী মথা ওইখ্রে। নোং ঙানগদবস্তু ফন য়ম্না রাংলি নোংয়াই মতুং পুংখাই অমা ফাওবা তাত্রি। হৌগৎতুনা খাওমৈ লৈখংলগা মপান্দা থোক্লুই। হজিন্নকপদা মাগী তূম্ফম কাদা চঙলকপদা

"ইস করিনে তোরিবসিদে !
রাধে রাধে ! খাওমৈ লৈখংলমত্রবস্তু ফদোবা।"

মমিৎ-ননা উইশিন্দুনা "রাধে রাধে" শোন্দুনা কৃষ্ণদাস বাবাজী মাগী হিপফম তাম্না চঙলক্লে অদুক ঈংখ্রবা অহিংতুদা মফম ঈখণ্ড খণ্ডহৌদনা মশাহু ফোও ফোও শারক্লে। হমাং অনম্মা মত্তেক অমা কাম্নু ফাওরক্লম্মী—মহাক ফন হোৎনদুনস্নু অমুক তূমথবা য়াল্লে।

"ইস ! করি তৌনি ? হে রাধে ! ঐবু ওহোকপা অকনবা চাংরেং তৌরেদা !"

হিপফমত্থদা থরো থরো ওল্লি অত্থবু ভূমপবা শুকয়া য়ারমদে—মশাহ্থ ফোং ফোং ইনিলনা পুমথন থনাখ্রে ।

খল্লকই হরিদাস বাবাজী কনদে'পি ? মমিত্তা শং শং উরকই—নোংমগী ভওনা নাম লথা অহুম অহুম শোল্লি । মাগী শুকাদা নোংমা লাকখি মনাক্তা- ফজরবা খুজি-নাচি-নাইল্লা লৈতেংবী মুগাগী শাড়ী লেক লেক লাওরবী শং, নাপ্লদা থু'শিরবা ন'চোম থেং, তনৌ তনৌরবী ঈনশংলকলবী—বাবাজীবু শুফ্লাংনবা পারকপী ফজরবী, খোংজি নোপুর কিনি-কিনি,—মপুং খিত্তুং লোংলদা' খুজি নাচিগী শং শং মিংচি নোংথাং লোয়ননা হায়ত্তরকই -

"অমুক্তা উনজগে থুকমজগে হরিদাস বাবাজী !"

বাবাজীনা খুমখি, -"ফম্মু ফম্মু ইবেম্মা : ঐগাক নাম শোনবা অমুক্তা লোইখিগে "

হরিদাস কমকমদগী শুকালেঙ লেগুদে । মিং উইশিন মপি ওরো-রো তা নাম শোন্দুনা লৈ । মুমিং তাবদগী নোংভানবা ফাওবা—ভাই-ভমত্রবী ফজবী চৌগংলকলে হনগদবগী

তাপ্তাসিদা কদাযদগীনো খংহৌদে । জগোয়গী থুখেক্তা লোয়ননা তাল লয চানা শক্তকপা লৈশুম্ম চৈশৈগী শুরনা তুং ইন চঙশিল্লকই লেক থেক নৌগ নৌ, শুক্লংপা শাপক খোয়শুম্মা শৈহেক্তা—মেনকা স্বর্গগী অপসরা, শারবী জগোই লৈনা লৈনা মিক্লৌনক্ষম ওইরবা শাথেক্তা—অকনবা তপ তৌবিবা বিশ্বামিত্রগী মাংদা । মাগী অকনবা তপসাগী শক্তিনা ত্রিশঙ্কু নিংথৌবু চঙনা স্বর্গদা চৎননা থাজংখিবা বিশ্বামিত্রগী অকনবা তপ তৌবদ' থুগাইবা পীরিবা কনানো ? মযাইতৈদা অত্থুম্মা স্বর্গগী অপ্সরা রুপা রত্ন' হতানীনহিংনী লাকখ্রে অত্থবু থুগাইবা হনখিদ

বিশ্বামিত্রগী তপ। হন্দক্তি করিনবো খঙদে—খোয়শাওনরবা বিশ্বামিত্র তপ্পা তপ্পা মিং পাঙলক্লে;—উথি মুনিগী শাপপু কিয়বী নীংথিরবী মেনকা বিশ্বামিত্রগী থৃয়াখাদা লোন্নুক্লা ভক্তিগা লোয়ননা থুরুমহনা লৈরম্বা। ফজরবীহুগী ভক্তিদা বিশ্বামিত্রগী অশাওবা মাঙখ্রে। নীংথির-বীহুগী ফজরবী শাখেক মতুঙ্গী মীৎচিন। বিশ্বামিত্রগী থম্মোইবু কাখ্রে—মপূং চনখ্রে। বিশ্বামিত্র হৌগংলক্লে—মেনকা খদাং পায়—মায়থোং থাঙ্কহনা মুংশিনা যেং-বৃন্দাবন ভচ্ৎ থোরাক্ল বিশ্বামিত্র মুনি মেনকা খুজেং পালোইননা কৃষ্ণদাস বাবাজী বিশ্বামিত্র ওইখ্রবরা? তুম্নিবী মেনকা কোনকেংবী আমগুরীগী মনাক য়োৎখ্রবরা?

থা খর হৌখ্রে। মীরা ঙাম্নগনবা রাধাকুণ্ডদা লৈরিবা মৈতৈ লাইনীংবা লাইনীংবী পাঙ্গা কামদার মদম্ব মুণ্ডক মুণ্ডক ঙাঙনরক্লে মচি মচিদা।

"আমগুরী কোনকেংবী মীয়োনে"

"কনাগীনো?"

"কৃষ্ণদাস বাবাজীগী মচানে।"

"হোয়নে তৌরমগনিনে। বাবাজী অসি মিত্তা-নাত্তা চুমদেনে।

"আমগুরীসিবু কদাইদৈনো?"

"আঃ—শিরোইত্তনে—লুপ্তবীনে। সিদা কুইরে লাইনিংবশিংগী সেবা তৌহনা লেল্লক্লিবা।

"মাই মরীমতা মথ্যা লৈত্রবরা?"

"খুঙদে লৈত্রমাল্লে।"

"হোয়নে, অশুক নাম্বা ওইনা লুপ্পা ওইরমদবু,"

"অদো বাবাজী কৃষ্ণদাসম্ব অমন পঙওই ওইত্রিদা,"

"মাবু চহি করামুক শুরম্মদগে?"

"নিকুমাথোই-নিথোইরোম মত্তায।"

"লম্বোইহনা সি' লৈরকপদি করাম কুইরে।"

"চহি তম্মামাগোইরোম ওইরবি।"

"মাদি কমদোনা অদুক নৌনা লপোইরিব ?"

"খঙদেনে কমদৌরিক্তাংনা ? মানদি হায়দোক্তবনিনা খঙদেদো।"

"ঐখোয়না ত্রাবদি মপান্থ কাম্বাইবা ঈশৈ শকপা অসিনা ঈশৈ শকপদা পুং হৈবিনবা মাং মাং শ্রীথংনদা লৈরদ্রো লপোইরো হায়-চনা পুশিল্লকপনি হায়নে।"

"হোয়নে পুং হৈবদি য়াম্না হৈনে।"

"নত্তে, ছরান-গিচিকা তৌরক্তাংলা ?"

"মচুষ্ট ব্রা থোইনা ক্বোদদা"

"লপোইঙ্গিঙৈ মণিপুরদা মাব কবি তৌরম্বাগ ?

"কয়া মুল্লা থঙদে— মখোয়নম্নু রানী-রাজাই কবা শাদাক্লেদো!"

"ঈশৈ লোৎমাই পুংহৈবগী থক্তি তৌরমগাই."

"ও: নীংশিংলাক্ল— মচানরাই ঐনা কাবক কাবক তাথিবা অমদি লৈ। মানা অা মণিপুরদা লৈরিঙ্গদা মন্না লৈবী ঈশৈ তৌবী অমগা ভাওনবদা নম্বা কাংনা থুজোইনথি হায়—অচৌ ইকারমনথুচনা মণিপুর থাদোক্তুনা লাকখিবনি হায়নে।"

"কনানা হায়রম্বগে ?"

"হের' হন্কী অষ্টমী স্নানগী মতমদা মখোয় থুন্দৈনি হায়চনা মুপা অমা লাকশীদনা মানঃ শুম অমা অমা রারী শাবদা হায়দোক্লম্বনিদা।"

"অং কবি কবি হায়রম্বা ? মতমচুদ: বাবাজীসিবু মুপী নহা থিবে হায়রা ?"

"মুপী হায়নচুনা লুহোংনবা মুনিং লেপ্পবা কান্দনেনে মাপী থোদোক্তু থোকখিবদো !"

"ওঃ মহা ওইরম্মীজাংলিনা।"

"অচু। চৌজিক মা কমদৌজাই।"

"খঙদেদা—অতে লপোইব কাওলুপকী মমাঙদা ইকাইনিঙাই ওইরনে।"

"অঙাংসি পোক্লদি সন্তু কীদি ওই-তাইদে৷
"হুপী অসিস্ত থা-থা নত্তে—"
"মানা বাবাজী সিদা হৌরিসি কুইরবনি।"

অস্তুম্না মুগুক মুগুক ঙাঙনরকপসি বাবাজী কৃষ্ণদাসকী নাকোং য়োরে। অদুবু কনানস্ত মঙোন্দা থৃদোম্বীমক খিন্দুনা অপানবা হায়রক-পমক্কি তৌদ্রি। অঙইবমক নোকফেং নোকফেং তৌবী আমগুরাগী মশক উরুবদা রাখলগী ঈনোং য়েনগী ঈহৌ ফা-থবা ঙমখিদ্রে। ঙসিদা নত্তে কলিগী মেনকা অসিনা রাখল চোংহল্লকপা কন কুইরে।

মুমিং অদু আখড়া অদুগী মী পুম্বা রাধাবিনোদকীদা উৎসব চংখি। মম্নাইদা তৌনখিবা করিশুম্বা কেনা কমথকপী মাবুদি নিমন্ত্রন তৌরকখিদে। মা মথন্তা পুক্তা চুংক্তা লোইরদুনা প্রাসাদি খরদং ফংলগা বোম্না মচেং অমদা কম্লদুনা সনাতন সঙ্গী ঈশৈ থর য়েংদুনা ঔরাইদুনা লৈরিঙৈ কান্নি। চাক য়াই হাইফেং কারকুনা উইরি উইরি তৌরি। মেম্নাগী য়েংতক তৌবা চুংশাদুদা মশা অদু উইদুনা ফেং ফেং হাইরবদগী মনাক্তা কি অমা ভিংথোকুনা চিপথরম্মী, ঙাইহাক উরো-রোন তৌরম্মী। মতম অদুদা ঈখঙ থঙহৌদনা কদাইদগীনো চক্তি ভরা হেন্না উখিদ্রবী য়াইমবী খোইরম য়োমোন তৌনা মমাঙদা চঙশিল্লকই। মহাক মণি-পুরদনি—মঙহুদা; অমুকস্ত মহাক চৌন্সিকমক্তী রাধাকুণ্ডগী আখড়া-হুমক্তদনি, মহাক অহৈবী স্নানগী লাকপনি। কদাইদগীনো অমুক কুইথ্রবগী তুংশিদা। মানা চিপ্লিবদো অমুক্তা কমুংদনি অমুক্তা লৈবাক্তনি। লাক্লিবদো অমুক্তা য়াইম্বীনি। মিতুপমগী তুংদা আমগুরীনি ভৌবা রাসি লৈব কজবী য়াইমবী শুম্বাং-শাথেক পুন্নমক্তী তুংনফমনি। মুনা থীরবী আমগুবী হকচাং কায়াং থীক-থা মিহৌনকমনি। ভঙাইকদে মাইদমক মাঙবা য়াইনা। মমিং শিংলকপদা নোংফেং তৌবী আমগুবী মংগী মফম মরাং শঙত্রবা মফি-মরোল শেমজিল্লম্মী। কয়ম্না কনাস্ত লৈত্রবা তাঙ্গশিদা মহাক লাক্লম্বিবা মীনা কৌখি লাকখিবা লৈবরা? চৈজিং-ঈরাং তৌখিত্রা?

মুমিৎ অহুদগী অচিকপা থিবা চৌথি। মথন্তা লৈহৌরবা তাঙ্কা থক নাম্থোকহনখিদে। ঈশৈদগী কংলকপা নিরুবদগী কংলকপা উৎসব মুংশোবকী দক্ষিনা অচিকপদা খুৎশিন্নখি আমগুরী খুৎকা। নোংমতা থম্মুদে করম তৌখি দামোদর পুরীদা—মুপী অমগী মমায়দা য়েংলুবগী-দমক প্রভুনা মাবু হন্থোকখিবা, থল্লু থল্লুরগা থনকম থণ্ডদে মাগী লৈথা তারকপগী মরম। প্রভুমক্তা শীনবরা, মাবু চাং য়েংলিবরা ? হা কৃষ্ণ। নহাক্কী থৌশিল্লা ? ভগাই ফদবরা ? হে রাধে! ঐবু নঙগী ধামদা লৈহল্লরোই- লৈবদা মতৌক চাদে মহাপাপীনি তাম্থোক্লগে থনবীরবরা ? পাপ চেন্নবা ঐনা করি থণ্ডগনি। পুন্নমক নথোয় অনীনা ভগ্নীবনি শীনবীবনি।

মক্কম মতম লৈতবা মচোংপাক নাইদবা রাখলগী ঈহৌ—য়েনগী ঈনোং হেক হেক লাকপা মতমদা থল্লকখি "ঐ দামোদর নত্তে—ঐ হরিদাস নত্তে, ঐ পাপী কৃষ্ণদাসনি লৈথা তারবা। অহুগা থীগ্রবা শকসিনা করম্না মেনকা ওইগ্রিবা ? করম্বা মতমদা ঐনা বিশ্বামিত্র ওইরুরিবা ? অওইবমক ভগাই ফদবরা ? পাপ লৌথোক্রিবরা ?" মরক মরক্তা রাখলনা উংখি বাবাক্কী।

অশুক কুইনা লৈথা তারক্লবদস্ত্র করিগুম্বা অকায়বা অমত্তা মীমাঙ্গদা মশক নাইনা থোবকখিদ্রি "তৌক্তিক্তি কমদৌনি ?" রাকচাংগী মুংদাং অহুগী তুংশিদদি করিনো ওইরক্লিবসে ? কলিগী মেনকা সোরা-য়েনগী অগোজ শাবী নত্তে, রাধাকুণ্ড বিশ্বামিত্রগী আশ্রমসু নত্তে। বিশ্বামিত্রগুম মেনকা শকুন্তলাবু থাদোকলম্লগা লাইনীংঙ্গা চৎথিনবা মক্কম লৈত্তে। কলিগী মেনকাসু শকুন্তলাবু হন্থোকলম্লগা রাধাকুণ্ড থাদোক্লুনা স্বর্গ চৎনবা লম্বী থণ্ডদে—চৎসু চৎনীংদে।

"করি তৌবা তাই ?
"করি তৌবা তাই ?"
"মতম লৈরিক্তে থলহৌদবা য়াদে।"

হায়রবা থেমজবা লক্ষ্মীগী বর, অমদি অহৌনি কুমার ধনন্তরীগী লাইয়েং গোলুক্কা অন্নাংপা লৈবরা? থা মশীং য়ামশিনখিদ্রিঙৈ লৈজবা সনা-লুপা লিক-কোন পৈশা খোমজিল্লে মমান্নবা মরাম্বা পুম্বদগী শেল নিরে পূরে, লোন্না লৌরে; শেঙ্গাওচু হাইফং চোল্লে। কৃষ্ণদাস বাবাজী নোংমা চংখি মথুরাদা তীর্থ ভ্রমন। মথংগী অয়ুক ছুটি লৌ অথ-ড়াদগী চংখি আমগুরী বস তোংহনা। মনা মনীন নাইদে কনাসু খোইনা খঙনহৌদে, থেংনরুরে মথুরাদা ক্লিনিক অমদা বাবাজী কৃষ্ণদাসকা।

অঙকপনি লক্ষ্মীগী বর তৌঙমদবা লৈতবা শেনগী মগুন—লক্ষ্মীনা পানবা মহারানী ওইবা কলি অসিদ। কলিগী মেনকাগী পোকক্ত্রিবী মচানুপী শকুন্তল পৈশাগী দলাইদা স্বর্গ তন্না চংখ্রে মারিচগী আশ্রম য়োগ্রে। পৃথিবীগী জিবনা মশক উব ফংহৌত্রে। আমগুরী মতম থর ক্লিনিক্তা লৈখি বাবাজী কৃষ্ণদাস রাধাকুণ্ডগী থঙন-চান্নবগী শেলনা মখাং কোয়খি।

থা অমা লৈরগা আমগুরী হল্লক্লে। সিতানাথগী অথড়াদা হান্নগুম মাগী মথৌ তৌরহনা অদুম লৈরবে বাবাজী কৃষ্ণদাস তির্থ কোয়রবা লোইহনা রাধা কুণ্ডদ হল্লক্লে অদুগা হান্নগুম সংকীর্ত্তনগী পুং য়ৈরি। মতুংদা কন ঙাঙনহন্সু নমাঙদ। কনাসু কৈগু হায়রবা ঙমদে।

মীরা ঙাঙনবশিংনা কন-ঙাঙনহনসু মিৎনা উবা প্রমান অমা কাওবা লৈখিদে অদুম তেকঙ ওইহনা তোকখি। থর লৈরগদি অদুম পম্নখিত্রে।

শিলং জুলাই ১৯৯৩ ইং

# ৭

## খবরদা ফোগুলকন্নুকো

ওক্টোবর থাগী অগুনবা অয়ুক অমদা মী চৌরবা চীংখোঙ অদুদা মথুং তুংবুররবা পাথঙ অদু মখোয় অরেংনা জিপ অমদগী চিংথররগা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা তুথররক্রবা পাথঙ অদুনা লাওখি—থুম্নরোই খন্দুনা ঐগী ইথক্তা হায়জিনবা ওইদবা কয়া খবরদা ফোঙলকন্নুকো ...... .... ।

"ঐহাক হৌজিক্তা হকচাং অসিদা লৈরক্ত্রনিকো! মুংশিদকো তাহুনা লৈরিবা হকচাং অসে! মুঙাংবানদকো হকচাং অসিদা লৈরিঙৈদা ঐসি চানীংবত্তা চা য়েংনীংবত্তা য়েং। মসিবু অগুম্বক হন্দোক্লগা চংলগত্রা? ঐনা চংকদবা লমাসন কদাইদা?"

অস্মুম্না খন্দুনা মহাক লেপ্পুনা লৈরি হকচাংহুগী মনাক্তা। মখোয়না মাবু উবা নত্তে, মাগুনা মখোয়বু উবনি। মহাক পল্লেপকম খগুত্রি—"এঃ কররিনো মখোয়না তৌরিবা অসিনা?

মুমিং অদু খৃঃ ১৯৯২ গী ওক্টোবর থাগী তাং ১১ নোংমাইজিং মেরা পুনিমাগী অহিং পুং ১১ রোম তাবদনি। মখোয় তরেংনি ফিমু শেংলি লোইনা মমায় থুমৌ। তুম্লিঙৈদা মাবু ফাহুনা পুরকপনি। মিং কাল্লী ফাল্লী মিকপ থোরকপদা মহাক জীপ গাড়ী অমগী মথক্তা

থুং তুংবুম্না পূন্দুনা কোক্তা পিস্তোলনা নমহুনা লৈরম্মী। মহাক করম্না তিপতা লৈরম্বা থহৌদ্রে মাংপতা ভগোই য়েংবা কম্মখনি। কা মতপ অনা চারুবদগী কোক ভাওহুনা ফক্তা হিপথখিকনি। কনানা মাবু মাগুপতগী পুথোরকখিবা মা করিমতা নীংশিংবা ভমদে। মিং পাঙথোরকপদা মখোয়বু উহুনা মানা হংখি ;—

"নখোই কনা কনানো ? করিগীনো ঐবু পুল্লিবা ? কদাইদনো ঐবু পুরিবা ?

কনাস্থু খুম্লক্তে, বা মচেং অমত্তা ভাঙলক্তে। অহিংচুম্না গাড়ী থোরক্লগা অয়ুক, অনম অঙান শিন্নবা মতমসিদা চৌংয়া অসিদা পুশিল্লক্লগা পিস্তোলনা নম্লিবা মফমদা কাপ্পুনা মাবু হাংলম্মনি। হিংবা য়াম্না পামলিবা শিনিং-ত্রিবা থরাইহুনা মাবু হাংপগী মরম তশেংনা খঙত্রহুনা করি তৌসিগে থনবদস্থু থনকম থোক্রহুনা চময়রহুনা লেপ্লী য়েংলি।

"ওম্বোক্লা উশিংত্রেদা মখোঙনবু কাওরিনে।"

থর অমনা মাগী ফুরিংথাও হুমহুনা য়েংলি- অমনা খুদাংদা শিরিবা ঘরী, ভকশমদা শিরিবা সনাগী মরীছু মিত্তারী।

মখোয় কনা কনানে অমদি মখোয়না মাদু হাংলিবসিগী মরম করিগীনো হায়বসি খঙনীংহুনা মানা শিত্রিতৈদা পেংনা পেংনা কয়া হংখি—

"নখোয় কনা কনানো ?"

কনাস্থ খুমলক্তে। অমুকস্থু হংই—

"নখোয় কনা কনানো ?"

হন্দকস্থু খুম্লক্তে।

মখোয় মশেল বারীস্থু শাদে। মশক থঙবা মরম থঙবা লুদৌরি।

মতম ফনা-কুইনা তুমিন তুমিন লৈনৈ। গাড়ীদি চংলি লেপ্তে। মহাক তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্মদে।

"কদাইদনো ঐবু পুরিবা ?"
অয়ুকস্থ হংই— অহুস্থ ং'গ্নক্কে
মাগী মখোঙ মখুং পুল্লি। মখোয় তরেৎনা কোয়শিল্লি পিস্তল পায়বা অমনা মাগী কোক্তা মক হান্নবা পিস্তলদু নমহুনা থম্মী। চেনকম লৈতে।

মখোয়গী মতৌসিদা মা হিংবগী আশা উদে। মানা তম্মুবা হৈরুবা মশা কঞ্জনবগী উপাইশিংদু অমা ফাওবা শীজিন্ননবা তান্না, গুকফং ফংলমদে। মানা হন্না হন্না হংখি—
"করিগীনো নখোযনা ঐবু ফাহুনা পুরিবা"
কনাস্থ করিস্থ খুম্নক্কে। চেক-মোক লাওদে। গাড়ীতনি চেল্লিবা গদং গদং। মহাক কিবা হেনগৎলকই।

খল্লম্মী কথম তৌরগা নাম্পোকপা য়াগদগে ? উপাই লৈতে। খনবমথৈ খল্লুরগা মানা হন্না হন্না
মখোল তনীক তনীক হায়দিঃ—
"ঐবু ফাবগী মরম করিনো ?
মরম অমফাও লৈতনা কারগী ফারিবনো ? মরাল অমফাও লৈতবা মীবু ফা-পুনবা লাইনা য়ারোইক্কো মীনস্থ য়ারোই। ঐগী ইন্নাল করিস্থ লৈতে ঐবু থাদোকপীয়ু।
ঐ কনাগীস্থ ফত্তবা, মাঙনবা তৌখিদে
ইমাগী মচা মুপা ইথস্তুনি—ইমা য়াম্মা বারম্নানি
ঐগী ইচন লৈফম খঙলম্নরোই
ঐ য়াওদনা ইমাগা ইচনগা করম হিংগনি
ঐনা নখোয়দা হায়জরি—
ঐবু থাদোকপীয়ু।
ঐবু ফাবগী মরম লৈরগা মরমদু তাকপীয়ু ঐগুম্না নখোয়স্থ ইপা ইমা ইচিন ইনাও ইচে-ইচন লৈরিবা ওাক্কনি—ঐগী দবাসে নখোইদা

তারবদি নখোয় রাংরাইত্রা ? ঐনা হায়জবসে মুম্না থবনীবু।
ইরান শুক্লৈকৈথবা ঐবু করিগী অস্নুম্না তৌথিরিবনো ?
ঐবু থাদোকপীয়ু।"

মানা অশুগ্ন কপ্লীং কপ্লীং হৌনা য়াম্না থাওবসিদা শাওনীংলবম্না করিনো নঙ্গ্রগা ইমা-ইপা ইচে-ইচনগী রা পল্লুবহুদা থব মুংশিথিরবম্না থওদে— মংখোয়গীলক্তগী মকোক্লা করিনো অহুনা শাওনা ভংলহুনা হায়রকই—

"রা য়াম্না ভাংপ্রে তুমিন লৈয়ু চিংখিবা, ভানিংদে। মরাল লৈবা মীতবু কাবনি মরাল লৈবা মীতনা দণ্ড ফংবনি। অচুম-অরান লেপ্প-লোইশঙনা য়েংলবনি নত্ত মরাল লৈরবনি থঙ্ঙু। মন্নুং চৈরাপকী য়াথংনি। নত্তবু দণ্ড পীবা।"

মানা অমুক হংখি—

"রাপাগী রা ভাবিদনা করম্না লেপ্লীবা চৈরাপকী য়াথংনো ?"

"হায়বীয়ু ঐগী ইরাল করিনো ? মকম মরাং থওদবা মরালগীদমক কমাদৌনা ঐবু ফারিবনো ? কনানা করি হায়জিনবীহুনা ইরাল লৈজদবা ঐবু ফাবিরিবনো ? ঐদি চম্না য়ুমদা লৈজবনি, লাইরিক তমহুনা লৈজবনি। চানিংঙাই থক্লংঙাই লৈতহুনা মরক মরক্তা চেকশুবা য়াওরুরগা ইমা ইচন ঐখোয় হিংজবনি। ঐনা কনাগী ফত্তনবা তৌখিদ্রি। কনাগী কত্তবা হায়খিদে হায়বীয়ু ঐগী করি ইরালনো ?"

কনাস্থু কৱিস্থ থুম্নক্কে।

অমুক মথা তানা হায়খি—

"রাপা শুনা শাক্তি লৌহুনা তৌরিবা লোইশঙগী বিচার ফাওবা চুম-লবদা, করম্না রাপাগী রা ভাবিদনা অমনা হায়জিন্নগা হেক্তা ভারিবা রাইবু করম্না চুমদোরিনো ? ঐনা থওবা য়ারবদি হায়বীয়ু করিগী ফারিবনো ?

মতমদুদা মংখোয়ক্তগী অমনা থুম্নকই—"নত্ত ঐখোয়গী হেক্কনি ?

"নখোয় কনা কম্মানো অমত্তম্ মশক থঙদে। ঐগী য়েক্লবা লৈতে—ঐগী য়েক্লবা লৈতে- নখোয়গী য়েক্লবা করম্না ওইরিবা ?

নখোয়গা খৰে চৈনখিবা করিম্ লৈতে। নখোয়গী মুঙাইজনবা মাঙন-তাক্লবা তৌখিবা কৈম্ লৈতে। চৌভিক ফাওবা মী অমত্তগা থংনখিবা মুঙাইনখিদবা করিমত্তা লৈতে। করম্না নশক থঙদবা নখোয়গী য়েক্লবা ওইগদৌরিবা ?"

খনবীয়ু—মশিক ওয়না ঐবু কাবিরিবরা ?"

"ওয়দে। নঙ লৈবাকী য়েক্লবনি।"

মহাক লেংবা ওংপা য়ারক্তে

মখম্তা খল্লখী:—

"ঐহাক্না করম্ন লৈবাকী য়েক্লবা ওইগদৌরবা! ঐ লালহৌবম্ নত্তে লৈবাক কায়ননবা ঐগুম্বা কৈম্ লৈত্তবা অমনা করি তৌবা ঙমগনি। লৈবাক্তা ঈরাং হৌরিবা—শেন্থ্ম খুৎলাই-মুংলাই লাকইবা সংস্থান অমত্তদম্ ঐ য়াওদে ইপাঙ্গ্লা থর গু-নোমছুনা হমাংমন্না চানবা তাঙবা ঐবু লৈবাকী য়েক্লবা ওইবা তারবা অছু ওইরবদি কনানা লৈবাকী মরূপ ওইরিবা? করম্না লৈবাকী সেবা তৌরিবা।"

ফোংনা হায়রমই—"ঐগী ইরাল লৈত্তবনি। ঐবু হাৎলগা নখোয়গী করিম্ তাংজরোই—ঐগী ইমাতনি নখোয়না কপহনগদবা।"

অমনা ঙংলছুনা ময়া ক্রক ক্রক চৌক্লা হায়রকই—

"নহাক পুলিসকী হয়রোই স্পাই নত্তে হায়গে গায়রিবরা ?"

তুমিন্না খনখি—

"ঐগা লাইরিক তম্মিরবা অমা পুলিস এস আই অমগী মচানি। ঐগা থবক শুমিন্নরম্বা অনি মণিপুর রাইফলসকী জবান ওইরে, অমনা পুলিস কনষ্টেবল ওইরে।

সিন্না ঐবু স্পাই হয়রোয় হায়রিবা! পুলিস এস আইগী মচা কানজদা করিগুম্বদা উনবা নত্তা—অতৈ ইমায়রবশিংদি শুকই উনখিরে

মশা মশাগী থবক চিন্নরে। চত্তি অমগী মহুৎদা মখোংদা করিদা উনবা নত্তনা অমুক্কা ফাওবা খেংনখিরে — করম্না ঐনা পুলিসকী হয়রোয় — কনাগী স্পাই ওইগদৌরিবা —কনাগী পাও কনাদা করম্না পুলিসতা করি পাও তম্নগদৌরিবা ঐদি খঙবা শঙকঙম ঙমজদে। তম্নবা মীশকম্ম লৈত্তে পুলিস কনাম্ম খঙনদে; স্পাই তৌফমম্ম খঙদে করম্না ওইগদৌরিবা কনাগী স্পাই, অসিখক্তং হায়বা ঙমখি — "মীশক ওন্নবা ওইরমগনিকো ঐদি ইবাল লৈক্তদবনি।" ঐবু থাদোকপীয়ু।

ঙাইহাক তুমিন তুমিন চৎলবা তুংদা অমনা অমুক হায়রকখিঃ—

"নঙবু অতুক য়াম্না সাধু ওইরবরনে? নঙবু লম্বোইবরা? হে সাধু চেঙজঙবা নঙবু নহান চৈরাওচৌং কাবদা মশানা য়াদবা নুপী চিংবা য়াওদে হায়গে হায়রিবরা? লাচোন চৌংফম্বা নুপীগী ইজ্জৎ লুট তৌবদা য়াওদে ককা হায়রিবরো?"

অমুক খনখি—

"ঐহাক জ্ঞান তাদে হায়বীরিবত্থু করিনো। ঐগী ইচন লৈশাবী ফারক্লবনি। অতুংদা রাখন শম্লুবা ফাং তু চুংই। খোঙেন খোল্লা হায়খিঃ— ঐনা রাশক্লুনা হায়গ্লরিবসিনি। ঐ হৌজিক ফাওবা নুপী চেনবা চিংবা অমত্তা য়াংদ্রে। লাজোন চৌংফক শুকচৎ চৎলুদ্রি—চৈরাওবা নুমিত্তা চৌং কাকদে হায়বীরিবশিংদু ঐ শুকনৎ নত্তে। অত্তোম্না মী ওইরমগনি। ঐত্তোন্দা ওন্নতৈনন হায়জিনবীগনু।"

"ছিস! নঙবু কোনশো!

ঐখোয়গী মিংদা ঐখোয শাহ্নুনা অশাবা নোংমৈ পায়রগা নঙনা পৈশা কয়া থায়খ্রে কনা কনাদগী পৈশা কয়া লৌখ্রে কয়া য়াম্না খোমখ্রে ঐখোয় খঙদবোহ নাংবরা? পৈশাশিংদু কদায়দা লৈ অশাবা নোংমৈদু কদাইদা থনম্মী?"

মহাক থাঙ্গৈশেংনা কপ্লীংলক্লে—মংদা ফাওবা মঙদবা থবকপু মানা তৌই হায়রকপসিদা- করিদি তৌনি কৈশাকী মফমদ য়াও মচানা? অহুবু মানা পুমখি -

"হায়বিরবিছু য়াম্না লাক্লে। ঐনা কনা শাক্নী—অশাবা নোংমৈ কদাইদৈ লৌরুনি- কনাদৈ পৈশা করম্না খায়রগান কৈদৌনবা খায়রকনি। খাঙেলশেংনা হায়বিরিবা পূম্বছু পূমণন ওন্নরে। নখোয় কনানো অমত্তশু খঙদবা নখোয়গী মিংদ পৈশা খায়বা ওইখোক্কবনি। ঐ নত্তবা নখোয়বু খঙবা অতোপ্পনা তৌরম্বা য়াত মায়ৈ হায়রছুনা ঐবু ফাবিবা ওইরবদি ঐবু থাদোকপীরো—ইমা য়াম্না কপ্পনি।"

মিনিট অমা অনি তুমিন্না চৎলবা তুংদা অমনা ঙংলছুনা হায়রকখিঃ—

"নঙনা হায়রগা ঐখোয়না থাজগদ্রা? নঙগী নরালদি অসিদমু নত্তে। নঙদি সমাজগী য়েক্লবনি সমাজগী মী কয়া মাঙহনবদা নঙ শরুক চাওনা যাওরবনি নঙ নমা-নচা মু য়োনবদু ঐখোয় খঙদবোই নীংবরা? কবুই থুম কযাদগী নঙনা য়ু লৌরুরগা নসানা খোলা লীংখত্তুনা য়োনবা সমাজগী মাঙনবা তৌবা মীনি নঙ অত্তুদমু নত্তে নঙসে করম্বা মথলগী মীনো হায়বা! সমাজগী চারোন শুরোন ফাওবা কয়া য়াম্না মাঙন-তাক্লবা তৌগ্রবা মীনো হায়বা ঐখোয় মুম্না খঙলবনি। নঙবু হেরোইন কিংদিংলেনগী চোর ওইদে হায়গে হায়রিবরা? নহাক্ক হেরোইন য়োন্দুনা নহারোল কয়াম মাঙহনখ্রে—সমাজগী চারোন-শুরোন কয়া ফাও মাঙন-তাক্লবা তৌখ্রে হায়বা ঐখোয় খঙদবোই নীংবরা? নহাক লৈবাক্কী য়েক্লবনি, সমাজগী য়েক্লবনি। নঙোন্দা ব্রানীং কয়ারক পীখ্রবনি—নঙনা উশিত্তছুনা ঐখোয়গী ব্রানীং থোঙহনদবা অত্তুগী মতীক চাবা দণ্ড ফংগদবনি নঙ।"

হন্দাক্কি মহাক কপ্নাংবগী মহুত্তা পূমণক ঙকখ্রে— অওইবনি—চায়গে হায়না খনথ্রবা কৈশালগী মফমদা য়াও মচাগী য়াকৎ করি কায়রিবা? অত্তুমকপু মানা হায়খি—

"ঐ খঙদে কনানো হেরোইন কিংডিংলেন। ইমানা হেক পোকপদগী মমিং ওসি তারিবসিঙাই। কদাইদগী শেন্না করম্না ঐনা অত্তুগুম্বা

কারবার য়াওগদৌরিবনো ? কলেজদা লাইব্রিক অমনিবা ঐনা কয়বা মতমদা কদাইদা ঐনা কয়য়া মহুব তৌরগদৌরিবা ! কয়য়া দুগী খোলা লৌংদৌরিবা। ঐহাক য়ু মশক খঙদে হেরোইন মশক খঙজদে অমুক্তস্থ উজত্রি। ঐনা হায়জরি অমুক্তা খনবিয়ু মীশক ওয়রবরা ? ঐহাক য়াশকুনা হায়জরি করিগুম্বা য়ার্নীং চাবা লাবা থবক তৌখিবা লৈতে—কনাদগীস্থ য়ার্নীং ককা কংখিবা লৈতে। তশেংনা ঐ খঙদবনি। অমুক্তা মুয়া খনবীয়ু মীশক ওয়রবরা ?

মাগী য়া তাখিন্দ্রে ওংনা শংনা হায়রকই—

"কয়য়া মীশক ওয়গনি—নওগী ওইদবা য়া তানীংদে নওগী দগুদি মসিনফাও মতৌক চাদে ' হায়রগা নোংমৈনা "থেং থেং" কাপশিল্লকখি।

মাবু হাংনবা নোংমৈ কাপ্পক্লবা মহাক শোয়রদনা শিরে খঙলব-হুদা মাস্ত্র অয়োইবা ওইনা খোন খোকলীবা মথৈ লেপ্তনা হায়খি—

"ঐহাক সমাজগী কত্তনবা অমত্তা তৌত্রি, অভাং ওইরিবা অফবা তানখংচয়কলিবনি, ঐদি গাঁজা কানি য়ু হেরোইন অমত্তা মশক খঙজত্রি। সমাজনা য়াদবা চংনবী কায়বা অমা ফাওবা তৌত্রি, ঐ স্পাষ্ট নত্তে শেন থায়দে—অশাবা শাদবা নোংমৈ পায়দে। হেরোইন য়োন্দে য়ু য়োন্দে। নখোয়না ঐগী ইথক্তা শীরিবা নত্রগা শীরকপা য়াবা মরাল অমত্তা ঐ তৌখিবা লৈতে। ঐদি লান্দবমি মরাল লৈত্তবানি। ঐনা শিথ্রগা খুৎকপরোই হায়দুনা ওইদবা মখাদ করা শীজিন্নকনুকো থবরদা কোঙলকনুকো ওইদবা .. ......"

শিলোং

জুলাই ১৯৯৩ ইং

## ৮

# মুচুকুণ্ড লানবীবা

আলর্বাট আইন্সটাইন্না নোংমা লণ্ডনগী ষ্ট্রিট অমদা চংলিঙৈদা লৈশাবী মচা অমনা মঙোন্দা হংলম্মীঃ

"মিঃ আইন্সটাইন নঙগী "থিওরী অব রিলেটিভিটি" হায়বসিবু করিনো ?"

লৈশাবী অচুম্বা নত্তে মঙোন্দা হংখিবা-হন্নবী অমম্ম হংখি— অতৈ পাথঙ লৈশাবী কয়া- মী অত্তে কয়ানম্ম হংখি।

মানা ইথুম থুমজ্রবদা লৈশাবী অচুনা, মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা য়াম্না কম্না তকশিল্লম্মী। তঙাই ফজ্রহুনা আইন্সটাইন্না লৈশাবী অহুদা হায়খি—

"নঙনা খঙনীংলবদি ঐখোয় রেষ্টোরা অমদা কোফি থকলুখিসি।"

মখোয় অনিমক রেষ্টোরাদা চঙহুনা কফি থকপা চংলম্মী। কোফি শোয়ম্নিঙৈদা লৈশাবী অচুনা মাগী মড়োদা য়াম্না তোয়না য়েংই। অহুগা বিয়ারর অহু কৌহুনা থুনা শেম্নরুবা হায়রম্মী। আইন্সটাইনমা হংখিঃ—

"নঙবু ঙরাং "সেদলর রেলস থিয়েটরদা"দা তৌবা ওপেরা দি-ক্লাইং ডটচমেন য়েংলুবরা ?

"য়েংলুই।"

"করম তৌই, মুঙাইখরা ওপেরাহু ?"

"য়াম্না মুঙাই—পুং অমা হৌখিবা থঙহৌদে পুংথায় ফাদবোই নীংই।"

"কনাগা য়েংঙিরৈ।"

"ঐগী ফিয়ানসিগা ’

"য়েগনরগী ঈশৈংদুদি কমদোউ।"

"লোইনা কৌ—ঐনা পামজবদুনা ওইরমাগে।"

অসি হায়রগা মাগী ঘড়ীদুদা অমুক য়েংই অদুগা হায়রকই:—

"ওয়োক্লা কুইখ্রদা! কোফি অমত্তং শেম্বদা অশুক কুইনা চঙলিসিবু করিগীনো ?'

"নঙনা ঘড়ী তোয়না য়েংলিসিবু কদাই চস্তোরিগে?"

'পুং ১০ দা টৈমস মপান্দা ঐগী ফিয়ানসিগা উনসি হায়নখি—পুং ৯-৩০ তাশিল্লকলে: কোফি অনিথক্তা শেম্বদা পুং অমা হেল্লা চঙলিসিবু করম্বা য়েষ্টোরানো?"

মতমদুদা বিয়াররদুনা কোফি কপ অনিথক পুশিল্লকলম্মী। কোক থক্লা থক্লা লৈশাবীদুনা হংখি—

"ডাক্টর: হায়বীরে। নঙগী থিওরী অব রিলেটিভিটি করিনো? কোফি থকপা লোইজ্রিকাও আইন্সটাইন্ বা তাংদে হেক লোইবগা মানা থুমখি—

"ঐদি ওসাইনা হায়গ্রেনা....."

"করিনো ডাক্টর—ঐ ভাব তাজ্রে।"

"নঙনা নঙগী ফিয়ানসিগা দি ক্লাইং ডটচমেন য়েংবদা পুং অমা হৌখিববু পুংখায় অমত্তা ওইরবোই নীংইদ্রনা

"হোয়।"

"অদুগা ঐখোয়না ওসাই রেষ্টোরা চঙলকপদু পুং ৯-২০ দনি। হৌজিক পুং ৯ ৩০ চপচানা তারে। নঙগা ঐগা কোফি থকমিন্নবগী কোফি লোনবা অদুগা থকপা লোইবসি মিনিট ১০ কায়রনি। মসি নত্তোন্দা পুং অমা হেনবোক্লই থক্লিম্লনা।

"হোয় থক্লি?"

"অসিনি থিওরী অব রিলেটিভিটি।"

লৈশাবী অহু ফাক ফাক নোংকথি অহুগা কোক্ফি থকপা লোই-রহুনা মখোয় অনি রেষ্টোরাদগী থোকমিন্নথি।

বিষ্ণু পুরানগী মতুং ইন্না ঘটিকা ৩ না মুহুর্ত অমনি। মুহুর্ত ৩০ না অহিং অমা নুংথিল অমা চায়ব'দ নোংমনি; নুমিৎ ৩০ নিনা থা অমনি, থা ৬ না অয়ন অমনি। অয়ন অনিনা নত্রগা থা ১২ না নত্রগা নুমিৎ ৩৬০ না মীগী চহি অমনি। লাইগীদি মীগী অয়ন অনিনা অহিং অমা নুংথিল অমা চায়বদি দক্ষিনায়নন লাইগী অহিংনি অহুগা উত্তরায়ন্না লাইগী নুংথিলনি। অহুনা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা ভীষ্মনা দক্ষি-নায়ন্দা শিবা পান্দে হায়হুনা তেনগী কমুংদা হিপ্তুনা উত্তরায়ন ভাইথি। অয়ন অনিনা চায়বদি মীগী চহী অমনা লাইগী নোংমনি। মরম অহুনা মীগী চহি ৩৬০ না লাইগী চহি অমনি। করিগুম্বা পৃথিবীগী মীনা লাইরৈবাক্তা লৈরবদি মাগু লাইগী চহীদা অহুম পুনসি। মসি ইক্ষাকু শাগৈগী নিংথৌ মন্ধাতাগী মচা'নুপা মুচুকুন্দ নিংথৌগী হাক্তা থোকথি। লাইরৈবাক্তা চহি খর লৈরুরগা পৃথিবীদা হল্লকপদা মতু মচাতা নত্তনা মরৈবাক ফাওবা লৈরমত্রে—মীয়োন যুগ কয়া হৌথিরম্বা থেনথি। থিওরী অব রিলেটিভিটিগী মশক অমনি।

গোলকী পোত্তাকপা জয়-বিজয়গী শাপগী ইবুঙোগা ইবেম্মগা চহি ১০০ কায়নবা তাথি মথুরাদগী অক্রুর লাকুনা রাম কৃষ্ণ মচীন মনাওবু গোকুলদগী পুথিবা নুমিৎ অহুদগী শ্রীমতী রাধাগা কায়নবা অহুম চৌপ্রে। লম্বাদা পত্তুনা লৈরগী শ্রীমতী বাধানচিংবী গোপীশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—

"ঐ কুইরক্লোই গোপীশা! কংস নিংথৌ মাম ইবুঙোগী ধর্ম যজ্ঞ য়াওরকথিগে রাখে।" অহুবু শ্রীমতীনা থত্তথি শ্রীকৃষ্ণ বৃন্দাবনদা অমুক হল্লক্রোই।

মথুরা য়ৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা মল্লশালা চঙদুনা পুক্কা তৌরিবা মহা-দেবনা পীরিবা লৌরুংদু থুগেকখি। মথংগী নুমিত্তা রঙ্গমঞ্চদা লাকপদা কংস নিংথৌগী য়াথংনা কল্ল-চাওর কুবলয় শামুনা শ্রীকৃষ্ণগী লম্বী থংখি। শ্রীকৃষ্ণনা কুবলয় শামুবু হাত্তুনাময়া অদু শংলগা পায়দুনা য়াম্বগা লোয়ননা রঙ্গমঞ্চদা চঙলকখি। মচৌন মনাও অনিবু হাৎনবা কংসনা থাজিল্লকপা মল পুম্নমকপু মখোয় অনিনা লোইনা হাত্তোকখি। কংস নিংথৌনা থুংলাই পায়বা লাম্মীপা লোয়ননা হোৎচিল্লকবদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই মশিংলগা লোয়ননা কংস নিংথৌবু হাৎখি কংসগী মনাও নুপা বিপানবু বলরামনা হাৎখি। কংস নিংথৌ হাৎলবা তুংদা উগ্রসেন নিংথৌ, বসুদেব দেবকী কৈথুমশঙদগী থাদোকখি শ্রীকৃষ্ণনা ভোজরাজ উগ্রসেনবু মথুরাগী নিংথৌ অমুক ওইহনখি।

লুখ্রা ওইরবী কংসগী মহারানী অনি অস্তি অমসুং প্রাপ্তি—মগধ নিংথৌরেন জরাসন্ধগী মচা নুপীনি। মপুরোইবা কংস নিংথৌ হাৎলবা তুংদা মখোই অনিগী হন্থরবা কিভমদু উত্নবদা অমদি মপুরোইবা হাৎ-থিবগী লমন থুখাইনা হাৎলররবদা নিংথৌরেন জরাসন্ধনা মমাক নুপা কংস হাৎপগী লমন থুমবগীদমক পৃথিবীদা যদু শাগৈ থররোই চায়না রাজকখি। মহাক্কী চাওরবা লাম্মী ভোজোল- শগোল শাম্ব মথ মলাই য়াংনা অক্কো-ছিন্নী তরাক্কমলোই পুদুনা মথুরাদা লাম্দাখি।

মায়কৈ মরিমক্তা কোৎশিনদ্রে মথুরা সহর। মশীং য়ামঙ্গবা যাদব লাম্মী পুদুনা রাম কৃষ্ণ অনিনা সমুদ্রগুপ্ত পাক-চাওরবা মগধগী লাম্মী মাযরোং যাখি। পাক-চাওরবা জরাসন্ধগী লাম্মী উবদা কিরবা মথুরা প্রজাশিং করম থোক্লগবা থরখি। পৃথিবীগী অরম্বা কোকচমাগে হায়দুনা মালেমদা থোক্তাররীবা শ্রীকৃষ্ণনা জরাসন্ধগী পাক চাওরবা লাম্মীসে তুরা হাংলগে থনখি: মঙমদুদা অমাও অতা মৈতেনবা থুংলাইনা থরা য়াওরবা চলাই অনি পুশিল্লকখি। শ্রীকৃষ্ণনা মযামুং নকরাকপা হায়খি—

"দাউজী, নহাক্তি যদু শাগেবু কনবীবা অকনবনি নঙগী দলাই অসিদা তোংখৎপীরো যেক্লবা তুম্মা হাংলসি "

শ্রীকৃষ্ণনা দারুক্কা থৌরিবা দলাই গরুরধ্বজদা তোংখত্তুনা লানফম য়ায়দা চত্তশিনখি। শ্রীকৃষ্ণগী পাঞ্চজন্য মোইবুং খোঙ্লেল তাবদা অহুক য়াম্লবা মগধ নিংথৌগী লান্মী পুম্বা থম্মোইদা মিপাইবা পোকখি।

অঙাং ওইরিবা মশুম্ম থোক্লবা রামকৃষ্ণ উদদা জরাসন্ধগী পুক্নীংদা খিত্তং মুংশিবস্ম পোকখি মহাক্না হায়খিঃ

"ঐগুম্না মগধগী নিংথৌরেন্না বরিম্ম কৈত্রবা অঙাং অনিসিগা লান তৌবা ইকায়নিঙায়নি। শাগে গুরুজন হাংপ—নমাগা পোকমিন্নবা মাম হাংপা মী মরক্তা তোন্নবা কৃষ্ণ। ক্ষেত্রী মচাম্ম নত্তবা গোপ মচা নংগা লান তৌবা কাওবা ইকায়নিঙাইনি। অদুবু নঙবু হাংলগা শাগে হাংপগী পাপুগী নঙবু কনবীগে। অদুগা মাগা লোইননা লানথংদা চেক্লক্লিবা হে বলরাম: খংহে নঙম্ম ঙাইহাক্তা ঙাম্নে ঐগী থৌরবা লেন্না নঙক কত্তুনা স্বর্গদা থাবিগে।"

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিঃ "তাও মহারাজ জরাসন্ধ! অথৌবা মীদি ঙাওবগী মতক্তা মপাঙ্গল মথৌনা উৎপনি নঙনা বা য়াম্না ঙাঙলিবসে নহাক শিগদবা খিত্তা ঙায়রবনি শিগদৌরবা মীগী মন্না তাবা করিম্ম কান্নদে "

মতমসিদা জরাসন্ধগী লাম্মীনা শ্রীকৃষ্ণবু পুমকোম্ন কোয়খ্রে অদুগা অতংপা লৈত্তনা তেন কাপশিন্নক্লে, যোছুক মুংগুক তা লংশিন্নক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সারঙ্গ লৌরুং পাযখত্তুনা মশীং থীঙমত্রবা তেন য়েক্লবা ওম্না কাপখি শ্রীকৃষ্ণগী তেন অমত্তম্ম য়েক্লববু পান্দনা হাত্তনা তোক্লমদে। জরাসন্ধগী লাম্মী—মগোল শাম্ম রথ দলাই থোঙমী কয়া কক কত্তুনা থাদখি। শ্রীকৃষ্ণগী লৌরুংদগী কাপথোরকপা অরেম্না লৈত্রবা তেম্না চাত্তুনা জরাসন্ধগী লাম্মী পুম্বা প্রোপ প্রোপ কেন্নপী। লানফম অদুদা ইনা লৌপাং ওইনা চেনখি; ঐগী ইচেল অদুদা

কক্লবা শগোল শামুগী মকোক মীগী মণ্ডক মখোং মথুং থুজু থুংলাই দলাই গত্তেকপা কয়া ভাণ্ডথরী; বলরামা গদা পায়হুনা হাংলকপা লাম্মী শগোল শামু দলাই খোঙমী কয়াগী ঈনা শ্রীকৃষ্ণনা চেলহনখিবা ঈগী ঈচেল অহু পাংখোকহনখি।

জরাসন্ধগী চাওরবা লাম্মী—অক্ষৌহিনী তরাহুমদোই লোইনা হাংখ্রে। জরাসন্ধ মশামকন্তু বলরামা ফাহুনা মখোং-মথুং পুন্দুনা থমখি অহুবু শ্রীকৃষ্ণনা মাবুদি থাদোকপীখি লান ওয়বা শ্রীকৃষ্ণ-বলরাম মথুরা কোন্নুংদা হল্লিনখি। মথুরা কোন্নুং লান ওয়গী মুত্তাইবনা মথুম মরাং হৌহুনা হরাও কুম্মেনবা পূমনিন নিনখি।

মায়থোরবা নীংবা কায়রবা মগধ নিংথৌরেন জরাসন্ধ ইকাইমনপ্রহুনা নিংথৌ থুবম ফাওবা থাদোক্লগা লাই নীংথ্রগে থল্লম্মী। অহুবু মাগী মরূপ মপাং কয়াবা থেমহুনা অমুক হল্লা কৃষ্ণগী মথক্তা লমন থুমবা হায়খি। মাগী মখাদা লৈবা নিংথৌ কয়ানস্মু মপূক্লীং থৌগৎপগা লোয়ননা লমন থুমবা ভকশিনখি। জরাসন্ধ মরৈবাক্তা হনখ্রে অহুগা অমুক হল্লা মথুরাদা লান্দানবা শেম-শাখ। মতৌ অসুম্মা হল্লা হল্লা তরাতরেৎলক হল্লা মথুরাদা লান্দাখি। লান্দারকপা থুদোংদা লাম্মী অক্ষৌহিনী তরাহুমদোইগা লোয়ননা থুজু থুংলাই পূম্নমক অত্তনা শ্রীকৃষ্ণনা লোইনা মাঙহনখি। জরাসন্ধ নিংথৌবুম্মু হল্লা হল্লা ফাখি অমস্তুং হল্লা হল্লা থাদোকপীখি।

অসুম্মা লান্দাবা অমদা পোমন্ত চাংগী লানফমদা নীংথৌ কয়াগা লোয়ননা শান্নিনা মায়থোবা ফংথ্রবা জরাসন্ধগী মফমদা শৌভপতি শাবনা হায়খি—

"মহারাজ! শ্রীকৃষ্ণবু মায়খিবা পীহুনা জয় ভৌনা ওয়গনবদি কালযবন মপল্লনি।

মতম অমদা যদু শাগৈগী গুরু গার্গ্য মুনিবু মশেন-মুপানা যাদব-শিংগী মযাওদা নপুংসক্কি হায়না লণ্ডনখি। মতুদা যাদব নিংথৌশিংনা নোকখি। শাওরবা গার্গ্য মুনিনা যদু শাগৈনা অকিবা পোকপা মচা মুপা অমা পোক্নবা অকনবা তপস্যা তৌখি। চহি তরামাথোই চুপ্পা য়োংকী মকুপ চাদুনা মহাদেব নাংখি পেনবীরবা মহাদেবনা মানা নিজবা বর অদু পীখি মচা পোক্তবা যবন নিংথৌনা, মাবু য়াম্না ইকাই খুম্না মযুমদা পুদুনা লেহনখি। মকম অদুদা মচা পাম্নবা যবন নিংথৌগী তুপীগা লেমিন্নবদগী মাগী থোক্লকুম মুরবা মচা মুপা কালযবন পোকখি।

মপাঙ্গল মথৌনাদা, মপা লেত্রবা কালযবননা নাপনপা লোয়ননা মাগা লাম্বা পাবা য়াবা পৃথিবীগী অকনবা নিংথৌ কনা কনা লৈবগে হংবদা নারদ মুনিনা যাদবনিংথৌশিংগী মতৌক মশুন থাবদগী কালযবননা মথোয়গী মংক্তা লান্দানবা তোংনরিবনি। মহর্ষি গার্গ্যবু মথুরাদা পোক-পশিংনা হাংপ য়াদব অদুগুম্না কালযবনবু মথোয়না হাংপা য়াদে। কৃষ্ণ মথুরাদা পোকপনি। মরম অদুনা কালযবনতনা মাংদু মায়থীবা পীদুনা হাংবা। তমগনি অদুনা যবন নিংথৌগী কোম্নুংদা হুত থাবিয়ু।"

মতম অদুদা নিংথৌরেন জরাসন্ধনা সৌভপতি শাল্ব নিংথৌদা—

"অদু ওইরবাদ মহারাজ নশাংক চত্তুনা যবন নিংথৌদুদা নিংথৌ ঐখোয়গী মতেং পাংবিনবা হায়বীরু। যবন নিংথৌনা মথুরাদা চত্তুনা কৃষ্ণবু জয় তৌবরবাদি ঐখোয় য়াম্না মুত্তাইজগনি হায়বীরু।"

অশোমদা যবন নিংথৌ কালযবনসু নায়দগী মরা তাবদগা যবন লাম্না শগোল শামু দলাং থোঙমা কোটি অমা হেম্না পৈথত্তুনা মথুরাদা লান্দানবা লেম শারি। মতম অসিদা নোংমা মাপ্পী মন্ত্রিশিংগা লোয়ননা রাজ সভা ময়াম্নদা ফমদুনা রারী রাত্তাই শারিঙৈ মতমদা মুংশিরবা লৈনম অমা তপ্পা শিংপা মুংশিংনা পুরকখি—থ্বাই পুম্বনা হংনখি কনি

ওইরিদগে সিযু। মতমদুদা সভাদুদা ফম্নীবা পুখনা কম্নিনো অসিবু হায়দুনা হৌগত্তুনা য়েংনখি। যবননিংথৌ কালযবননা য়েংথোকখিবদা মথাম্নোমদগী মুমিংকী মতৌগুম্না লংলবা সনাগী চক্রনা লৈত্তেংবা হিম্না মনিমুক্তা থাম্নবা ফিরান থেংপা পুক্লীংগী মতৌংম্না য়াঙলবা শগোলনা থৌবা, য়েক্লবগী মফমদা অকিবা পোকহনবা মরূপ মপাংগী মফমদা মুম্নাইবা পোকহনবা দলাই অমা পাইরক্তুনা মনাক নকশিল্লক্লম্মী মদুদা সৌভপত্তি শাবনা ফমদুনা লৈবদু উখি। উবমক্তদা যবন নিংথৌ কালযবননা সিংহাসন্দগী হৌগত্তুনা অর্ঘ্য থুত্তা পায়দুনা দলাই অদুনা লৈবাক্তা তারকপা ওাইদুনা মাঙলোমদা চণ্ডশিল্লম্মী। শাব নিংথৌসু দলাইদগী কুমথদুনা মথোঙনা মাগী মরূপ নিংথৌবু উবদা মোমোন নোক্লা সভাম্না চণ্ডশিল্লক্লম্মী। যবন নিংথৌগী থুত্ত অর্ঘ্য উক্লবদা শৌভপত্তি শাবনা হায়খি—

"হে নিংথো অথোইবা নঙনা ঐত্তোন্দা অর্ঘ্য কৎপা হৌনদে। মরমদি এাদ হুত্তান—নিংথৌ মহামগী মমাঙদা নিংথৌরেন জরাসন্ধনা ঐবু হুত্ত ওহনা হাপ্তুনা নঙগী ননাক্তা থারকপনি অদুনা হুত্ত ওইরবা ঐত্তোন্দা অর্ঘ্য কৎপা হৌনদে।

কাল যবন নিংথৌনা থুমখিঃ—

"হে পুকচেল চাওরবা! মগধ নিংথৌনা মিংথৌশিংগী কাম্ননবগীদমক নঙবু হুত্ত ওইনা থারকপনি হায়বা ঐহাক থজদবা নত্তে। অদুবু নহাক নিংথৌ পুম্নমক্কী হুতনি অদুনা মত্তোন্দা অর্ঘ্য কত্তুনা পুজা তৌনবা শেম শারিবনি মরমদি নঙবু পুজা তৌরগা নিংথৌ পুম্নমকপু পুজা তৌরা অমদি ইকাই থুম্নবা উৎপা শক্লীবনি। হৌজিক ঐগী সিংহাসন্দা ঐগা লোয়নবা ফম্বীয়ু।

কালযবননা শাব নিংথৌগী মথুং পায়দুনা মাগী সিংহাসন্দা ফম্বিম্নখি অমসুং মুঙাই য়াইফবগী অমনা অমগী পাও হংনেম্নবা তুংদা কালযবন্না হায়খি—

"লাইশিংনা ইন্দ্রগী মতেং লৌতুনা নিঙায়দনা লৈবগুম ঐখোয় পুম্বম্ মগধ নংগোংবেনগী মতেং লৌতুনা অংগায়-অঙাম য়াওদনা লৈরি। মরক অসিদা করম্বা অরুবা থবক লৈরতুনা নহাক নশামকপু চুক্ত ওইনা মফমসিদা থারক্লিবনো।"

শাম্ব নিংথৌনা খুমখ:

"ভাবীয়ু, যবন নিংথৌ মগধ নিংথৌনা হায়রকই--কংস নিংথৌ হাৎপ্রবা তুংদা কৃষ্ণনা জগত অসিদা লৈরিবা মী কয়াবু পোৎখাবা কৎচল্লে। মীনা পাক জয় ভোবা শুমন্ত্রবা কৃষ্ণবু লাকশিল্লবা ঐনা হোৎনরুই কল্লবা নিংগা কয়াগা লোয়ননা ঐখোয়না গোমন্ত চীংথক্তা লৈপ্রবা বলরাম কৃষ্ণ মচৌন মনাওবু ফাননা গোমন্ত চীংবু কোয়শিল্লম্মী। মবৈদা চেদী নিংথৌনা হায়বা মতুং ইন্না য়াংলবা চীং অদু মায়কৈ মরিমক্তগী মে থারম্মী ঐখোয় শগোল শামু দলাই খোঙমী লাম্মী অক্ষৌহিনী জরানিংথৌইনা চীংজু কোয়শিন্দুনা লানগী দমক ভাইরিবনি। মখোয় মচীন-মনাও অনিনা য়াংলবা চাক্লীবা চীংদোন্দগী লাম্মী মরক্তা চোংথরক্তুনা বলরামনা লাঙ্গোলনা কোত্তুনা থ'য়্রতুনা চরাম্নরবা নোংশানা শক্তি মচা ফাত্তুনা হাৎপগুম লাম্মী মশাং নাইদনা হাৎখি। কৃষ্ণনু মাগী চক্রনা শগোল শামু দলাই খোঙম লাম্মী মশাং কক্তুনা হাৎখি। মিকুপ্তা ঐগী চাওরবা লাম্মী অক্ষৌহিনী জরানিংথৌই অদু লোইনা হাৎখি। বলরামগা ঐগা গদাগী লান তৌরম্মী। অদুবু ব্রহ্মানা বলরামবু খাম্নখ হায়খি -"জরাসন্ধদি নঙনা হাৎকদবা নত্তে মাবু হাৎননবা অতোপ্পা উপায় ঐনা শীল্লি।" অদুনা নিংথৌ পুম্নমক্কী কাম্নবা যবন নিংথৌ কালযবননা কৃষ্ণবু হাৎকদবনি- মরমদি গার্গ্য মুনিগী মচা মহাদেবগী বরনা পোকখিবা যাদবশিংনা হাৎপা য়াদবা যবন নিংথৌনি।

অহুনা নওতনা মথুরাদা চৎলগা কৃষ্ণবু হাৎলগা মথুরা লৈবাক চাইথায়-হুনা নিংথৌ পুন্নমক্তী কাল্লনবা তৌ হায়রু হায়হুনা ঐবু জরাসন্ধ মহা-রাজনা থারকপনি। হৌজিক নওনা পাত্র মন্ত্রিগা তানয়গা অন্নম তৌবা হৌনৈ হায়বত্থ তৌবিয়ু।"

শাম্ব নিংথৌগী রা তাবমক্তদা পেল্লবা কালযবন্না হায়খি—

"ঐস্থু হায়না মথুরাদা লান্দাননবা শেমশারম্নিবনি। নিংথৌ পুন্নমক্তা কৃষ্ণগা লান তৌনবা হাইবীরকপা হয়রাওনা য়াজরি। ঐহাক পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি। মী, লাই, ছিংচাব কনা অমত্তনা মায়থিবা পীবা ওমত্রবা কৃষ্ণবু ঐনা মায়থিবা পীহুনা মাওহনগনি। ওসিমক অকবা মুমিৎনি ঐহাক কৃষ্ণবু জয় তৌনবা মিকুপ অসিমক্তদা লানগী যাত্রা তৌরবনি। অসি হায়হুনা শৌভপতি শাম্ববু মতীক চানা সেবা-মুংবা তৌরবা তুংদা বিদায় তৌখ্রে। পুং শেল য়েহুনা ব্রাহ্মনা স্বস্তি বাচন তৌরগা সনা-লুপা কয়ামক্তম ব্রাহ্মনশিংদা দান তৌরগা চাওরবা লাম্মী তেঙ্গোল পুহুনা যবন নিংথৌ কালযবন মথুরা মায়কৈ পাংখরে।

অসোমদা জরাসন্ধস্থু মথুরাদা অমুক হন্না লান্দানবা শেম-শাখ্রে। হন্দক্তি অচৌবা তেঙ্গোল অক্ষৌহিনী কুনহুমদোই পুহুনা থোওশাম্নক্লে। মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণস্থু মগধ নিংথৌ জরাসন্ধনা হন্না হন্না লান্দরকপা অসিদা তত্তনা মায়থীবা পীখ্রবস্থু যাদবশিংগী য়ামত্রবা লাম্মী লানক্তম থুদীংদা মশীং হন্থরকপা অমদি জরাসন্ধবু যাদবশিংনা হাৎপা ওমদবা অহুগা জরাসন্ধগী লাম্মীদি হাৎখ্রবস্থু হন্থবা লৈতবা অহুদা মথুরাগী বাংমদা জরা-সন্ধনা তোয়না য়োবা ওমদবা মকম অমদা যাদবশিং লৈননবা রাখল তৌহুনা হায়না দ্বারকাপুরী লানবন্ শেম্বা হৌখ্রবনি। থোইদোক্লা হন্দক্তি কালযবনস্থু য়াওনা মায়কৈ অমদা চওশিল্লকপা অতোপ্পা মায়কৈ অমদনা জরাসন্ধনা লান্দারকপা মায়কৈ অনিনক্তা থেংনবা তারম্মী। রামকৃষ্ণ অনিনা কালযবনগা লান শান্নিজবা জরাসন্ধনা মায়কৈ

অমারোমদা চণ্ডশিন্নকুনা যাদব পুম্বা লোইনা হাংখিবা য়াই চায়রবসি খণ্ডবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেবা যাদব পুম্বা উগ্রসেন নিংথৌ—বসুদেব-নচিংবগা লোয়নননা চায়না দ্বারকাদা লোইনা লৈহনখ্রে অমসুং বলরামবু সকর অমুগী মপু হাপখ্রে ।

শ্রীকৃষ্ণসু নারদ মুনিগী মকমদগী কালযবনগী য়া তারদুনা দ্বার-কাদগী মথুরাদা হল্লক্লনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী । মতম অসিদা মপালল মথৌনা লৈরবা কালযবন্না মশাং লাকচঁমজবা ম্লেচ্ছ জাতি—শক তুখর, দরদ, ভজন্, পারদ, খশ, পহ্লবনচিংবা চাংগী লান্মী কয়াগা লোয়নননা মশাং থীঙমজবা শগোল শামু দলাই থোংমী লান্মী গাথা অমদি উট কয়াগী অক্লম্বনা পৃশি, থক থক নীকহল্লুনা মথুরাপুরী সহর য়ৌরকখি । মথুরা সহর কোয়শিনখ্রে ।

শ্রীকৃষ্ণনা চাওরবা চক্রু অমদা ভেজালীমুক মুরবা অচৌবা লীন অমা হাপচিল্লগা মথুম চেংনা থুমজিল্লগা চুপ্ত অমবু থাদুনা মথু কালযবন্দা পীদুনুই অমসুং "কৃষ্ণদি নঙগী নকমদা অমুবা লীনি" হায়রম্মুই । কালযবন্না যাদবশিংসে মাবু কিরে হায়বসি খঙদুনা চক্রু অদুদা ময়া থৌওবা ককচেং কন্নামরুম হাপচিল্লগা লীন অদু চীকখায়দুনা হান্তোক্লে অমসুং হাল্লওরা মথুম চেংনা থুমজিল্লগা কৃষ্ণগী মনাক্তা পাল্লকখি ।

শ্রীকৃষ্ণনা কালযবনবু কিহল্লবা মাগী উপাইদু কাল্লক্লে হায়বা উল্লবা অমদি কালযবনদি মথুরাদ পোকপশিংনা হাংপা য়াদে হায়বসি খঙদুনা থুমু-থুৎলাই করিমত্তা পায়দনা মথুরা সহরদগী থোরকুনা লাম্নী ময়ায় অমুগী মরক্তা কালযবনগী মাঙ মক্তদা চংখি । কালযবন্না কৃষ্ণবু অমুক্তসু উখিল্লি । অদুনা সনা ফিগে থোনবা কৌস্তুভ মনিনা ওকশল্লদা লৈত্তেংবা থবাক্তা ভৃগু পাদ চিহ্ন লৈবা মিংসল্লা থম্বাল লৈনা মানবা অঙক ফজবা শকলম অদু উরকদা মহোশা নারদ মুনিনা হায়খিবা অদুমক্তি হাল্লবা খঙদুনা মহাক অদু বাসুদেব কৃষ্ণনি হায়না লেপখি ।

অদুবু অঙকপদি মহাক্না মহাকী লাম্না ময়রুং খুংলাইদা অমত্তা পায়দনা দলাইস্তু ভোংদনা মখোঙনা চংলিবা অদুনি। কালযবন্ কৃষ্ণগা লান তৌবা লাকপনি অদুবু খুংলাই পায়দবা মাদদি মহাক খুংলাই শিজিন্নবগী নিয়ম নৈতে। অদুনা থুংকা থুংকা হকাথেংনদুনা লান তৌনগে খন্দুনা কৃষ্ণবু ফাগে হায়দুনা চেংনরম্মী। কৃষ্ণদি কালযবন্দা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা অদুম চংখংখরে। কালযবনস্তু মাবু ফাননবা মতুং ইন্না তান্নরম্মী। অদুবু মানা ফং-বন্না য়াঙনা চন্দুনস্তু কৃষ্ণবু ফংবদি শুকঙম ঙম্লমদে। কালযবন নৈজবা পাজনা কৃষ্ণগী তুংদা চেনখংলক্লম্মী—খন্নম্মী মহাক মনাক যান্না নকশিল্লকলে শোয়দনা মাবু ফারনি অদুবু ফংবদি শুকঙম ঙম্লমদে। অঙুন্না কঙন লঙন পুবকপনা চীংগী চীংচেপ্তো নৈবা শুরুং অমা হৌরক্লে—কৃষ্ণ শুরুংদুদা মন্নংদা চঙথোকখ্রে।

কালযবন্না চৈ-থাংবা তৌরক্লম্মী—

"হায় কৃষ্ণ! নহাক অসি যত্ত শাগৈদা পোক্লবা যান্না কনথোরবা অমনি হায়না ঐনা তাখি মতুংগা লৌতিক নঙনা পাঙত্রবা অমগুম্না লান তৌবা কিরদুনা ঐগী মাঙদা চেল্লি মঙনা তৌবিবাসিদি নঙগী শাগৈগী মর্য্যাদা ঙাকবা অমস্তুং নশাগী মিংচংকী মতৌক চাদবা থবক্নী অসি হায়না হায়না কালযবন কন্না চেনশিল্লকখি অদুবু কৃষ্ণবু ফংবদি মঙমখিদ্রে।

কালযবন শুরুং অদুগী মন্নুংদ কৃষ্ণবু চৈন্ন-চৈরদুনা মুংশা পাবেং খবেং হোন্না চঙশিল্লম্মী অদুবু মহাক্ন কৃষ্ণবুদি উরমদে মহাক্না হেক চঙলকপা মক্তদা ইহান হান্না উগিবদি শুরুং অদুদা মী অমা ইশি-শিনা মুঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা অদুনি। কৃষ্ণগ থুং-চৌক্লব পান্নবা কালযবন্না কৃষ্ণবু উত্রবদা মপাঙ্গল কনবা মপৌন নৈবগীদমক নাপলন ময়াই কারদুন কৃষ্ণনা মাগা থেংনবা কিরদুনা লৈয়থোকখ্রে অদুগা তুমশিন্নদুনা নৈরে খন্নম্মী অমস্তুং অশাও-বগা লোয়ননা তুম্লিবা মীদু কৃষ্ণনি খন্দুনা মখোঙনা কন্না কাওখি। মী অদুদি মতম কুইনগী মমাঙদগী তুমদুনা লৈরম্লিবনি। কালযবননা মখোঙনা

কয়া কাওরুবচুদা মী অহু মিকপ থোক্লম্মী অমসুং অকোয়বদা মায়কৈ পুন্নমক্তা কোয়রেং য়েংলম্মী। মচাক্না মনাক্তা কালযবন্না লেপ্তুনা লৈরম্বহ উখি। মতম চাদনা চৌদোক্লবদা ভূম্নমলিবা মী অহু য়াম্না শাওখি অমসুং মাগী অশাওবা মিৎয়েংনা য়েংলকপমক্তদা মমিগুনী মৈরী অমা কাপথোক্লুনা কালযবনবু চাকথেক্লুনা উৎ ওইনা তাখি।

কালযবনবু মমিৎনা য়েংবদ' উৎ ওইনা তুমহনখিবা অসুং মসুংদা ভূমহুনা লৈরম্বা মুপাহু ইক্ষ্বাকু বংশগী নিংথৌরেন মন্ধাতাগী মচা মুচুকুণ্ড নিংথৌনি। মহাক পুকচেল চাওবা বেদগী নিয়ম কায়দনা চৎপা মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা নিংথৌনি মমাঙ্গদ লাই-হিংচাবগী লান্দা হিংচাবশিংনা লাকচবিরব ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা মখোয়গী মতেং পাংবীয়ু হায়জরুরবদা মুচুকুণ্ড নিংথৌন হৰাও হরাও য়াহুনা ময়ুম-মকৈ মরৈবাক পুম্নমক থাদোক্লমহুনা লাইরৈবাক' হিংচাবশিংগা লান থেংনখি অমসুং হিংচাবা কয়া মশাৎ নাইদনা হাংখি অগুম্বা গুকপোং পোখাদনা চহি কয়ামরুম ভূমদ হিপুনা লাইশিংগী মীচংদা লান থেংনহুনা হিংচাবশিংবু মায়থিবা পীখি ভূমদ-হিপুনা চহি কয়ামরুম লান তৌরবগী য়ারবা মুচুকুণ্ড নিংথৌনা লান লোইরবনিনা ময়ুমদা হল্লগা পোথাজরুরগে হায়রম্মী। মতম অহুদা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিক্না মুচুকুণ্ডগী লান অহুদা পেক্লহুনা হ'য়খি-

"ঐখোয়গী চাক্লরবা নিংথৌ নহাক্না লাইশিংগীদমক্তা ময়ুম-মকৈ নরৈবাক নশাগী মিংচৎ পুম্না লোইনা থাদোক্লুনা চহি অশুক কুইনা লান থেংনবীহুনা হিংচাবশিংবু মায়থিবা পীবিরে। লাই ঐখোয়গী অরাবা কোকপীরে। নহাক্কী চাওথৎলবা য়েরুবনা চঙবা ওমদবা নরৈবাক লৈরম্মী; নঙনা নরৈবাক থাদোক্লরে নরল-নথুম থৌওইব্রে; নশাগী অপাম্বা থাদোক্লুনা লাইশিংগীদমক্তা লান থেংনবীরবি! নঙনা মতম কুইনা নরৈবাক নয়ুম মুপী অঙাং নচা-মচু পুম্বা হল্লোক্লগা লাইশিংগী-দমক্তা হিংচাবশিংগা লান থেংনবিরুরিবা নঙগী মচু-নচা নরৈবাক কাওবা

মতমগী মতুং ইরা লোইবা মুৎখ্রে। মতম্বা কনাবুম্ব তাইবীদে। চৌজিক নমুমদা হৌবম্ব কনামতম্ব লৈরম্লোই নঙবু মশক খঙবা মী কাওবা অমত্তা লৈত্রে। মতম হায়রবসিমুক শক্তি লৈবা অমা লৈত্রবনি মাদি খ্বাইদে অখোইবা ইশ্বরকী শক্তমনি।"

"হায়বীরু ঐগী দুংশিজরবা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিকেয়—ঐনা স্বর্গদা চিংচাবশিংগা লান তৌত্নুনা লৈরকপিবসি চহি তরামুক্কী তায়রি। করম্বা চহি তরা অসিগী মনুংদা ঐগী লৈবাক, ইমুং মনুং, ইচু-ইচা, পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক লোইনা শিথিত্নুনা উনবা ঙংলোইদৌরিবনো? করম্বা ঐবু মশক খঙবা অমা কাওবা লৈরমলোইদৌরিবনো?

"ঐগী চাম্নরবা নিংথৌ মুচুকুণ্ড মর্ত্তগী মীগী চহি অমনা লাইগী নোংমনি অহুনা লাইগী চহি অমগা মীগী চহি চহুম হুন্দ্গা মান্নে। নহাক্না লাইগী চহিদা চহি তরা লাইরৈবাকসিদা লৈবিরকলে অহুনা মর্ত্তদদি চহি লিশিং অহুম চাঙরক হৌত্রে। অহুনা যুগ কয়া লানখ্রে—মীগী পুন্সিদি মর্ত্তদা চহি ১০০ তনি। মর্ত্তদদি সত্য ত্রেতা যুগ লোই-শিন্নকুনা দ্বাপর যুগ হৌরকদৌরে। নহাক্না লাই ঐখোয়গীমমক রাবি-রকপগীমমক ঐখোয় পেত্রে করি বর পাম্বীবগে নিবিরো পীজরগে।"

নিংথৌ মুচুকুণ্ড চহি কয়া তুম্নক্রে মহাক লাম্না তৌত্নুনা লাক্রে। অহুনা মহাক য়াম্না চোকথরম্মী। অহুনা লাইশিংনা বর নিরো হায়রকপা মতমদা মুচুকুণ্ডনা মুত্তাইনা তুমথুন হুম্বা তুম্বগী মরমদা থাজম্মী অহুপা হায়খিঃ—

"ঐগী দুর্দশিজরবা কাত্তিকেয়, ঐ চৌজিক য়াম্না তুম্নীংলে। ঐনা বল্লোয়গী মমখাদগী পামজবা বরদি ঐবু মতম চাদনা চৌদোক্নবা মীদো ঐনা হেক য়েংবা চাক্সনা ঙংং ঙাইনা তুম্বা বর অহু পীবিয়ু।"

লাইশিংনো য়ারে "মহু ওইরসনু" হায়না বর পীগ্রে। অহুদগী মপুং কাকা পোথাংবা নিংথৌ মুচুকুণ্ডনা চীংগী লোক্লুং শুরুং অমদা চঙলুনা

তুম্লগে। কার্তিকী বরগী পাজরা মুচুকুন্দকী মিৎয়েং অমদা কালযবন উং ওইনা তুম্লখিবনি।

কালযবন্না উং ওইপ্রবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মুচুকুন্দ নিংথৌগী মমাংদা থোরক্লে অমসুং কুইনা তুমহন্না লৈররবা নিংথৌ অদুদা হায়খি—

"মহারাজ! ঐনা দেবর্ষি নারদগী মফমদগী নহাক মফম অসিদা মতম কুইনা তুমহন্না লৈ হায়বসি তাখি। হৌজিক্তি ঐগী অচোবা থবক অমা মহারাজনা পাঙথোকপীরে। মখল ওইবীয়ু ঐহাক্তি চৎচরগে;"

মুচুকুন্দ নিংথৌনা কেশবপু য়ুম্না য়েংলম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী কনরবা শকফম অদু উবদা— মহাক মতম শাংনা তুম্লুরে, যুগ অনগ্রে হায়বসি খঙলহন্না কেশবতা হায়খি:—

"ইবুংঙো! নহাক চীং অসিগী গুহং মনুং অসিদা করম্না চঙবীরক্লিবনো? নহাকপু কনানো? করিগুম্বা খঙলবদি তাকপীয়ু ঐহাক মফম অসিদা মতম কয়া কুইনা তুম্লুরবগে?"

বাসুদেবনা হায়খি:—"তাবীয়ু মহারাজ! চন্দ্রবংসকী নিংথৌ নহুষকী মচা যযাতিগী যদু, তুর্বসু, দ্রুহ্য, অনু অমসুং পুরু কৌবা মচানুপা মঙা পোকখি। মথোয়গী মরক্তা যদুনা য়াইগী অহলনি। হায়রিবা যদু হায়বা অসিগী শাগোদা ঐহাক বসুদেবগী মচা ওইনা পোকপনি। ঐগী ইমিং বাসুদেব কৌই। ঐনা দেবর্ষি নারদগী মফমদগী নহাক মফম অসিদা ত্রেতা যুগতগী হৌজিক ফাওবা তুম্লি হায়বসি তাখি। হৌজিক্তি কলি যুগ য়োরক্লে। লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রগী বরদগী য়েক্লবা অমথক ঐনা হাৎপা য়াদবা ওইনা লৈ। ঐনা চহি চামা হেল্লা হোৎনহন্নসু মাগী মফমদা করিসু তৌবা ঙম্নোই। নহাক্না ঐগী য়েক্লবা অদুবু উং ওইহন্দুনা হাক্তোকপীগ্রে অমসুং ঐহোন্দা অচোবা মতেং অমা পাংখিগ্রে। হৌজিক ঐহাক নঙগীদমক করি তৌজো হায়বগে?

শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রকপা তারবদা মুচুকুন্দ নিংথৌ হরাওবনা লোইরে। মহাক্না মতম কয়াগী মমাংদা গর্গ মুনিনা হায়খিবা ৱাফম নীংশিংলক্লে। মুনি অদুনা হায়খি—"বৈবস্বতমনুগী চহি তিনিশিং.কুহীপাল

ওবা মতমদা পৃথিৱিসিদা শ্রীকৃষ্ণ পোকনি। মহু হেক নীংশিংলুবদা মমাঙদা লেপ্লীবা শ্রীকৃষ্ণ অহু নরায়ন মশামক্তী হায়রবা খঙখি। মহাক্না থুনমক মখোং থগ্বালদা থুরুমহুনা হায়রখিঃ--

"হে জগত্ত পূম্বগী মবুঙো ! পৃথিৱি অসিদা লৈরিবা জিব পুম্বা নঙগী মায়ানা কুপ্পুনা থমলি। অহুনা কান্নদবা মায়াগী মশক ওইরিবা মুত্তাইবা অহুত্তবু লাইনাং ওইহল্লি হায়বসি এহাক খঙবৈ। অসিগুম্বা মায়াগী থবক্তা লুপখিবনা মখোয়না নহাক্তী নখোঙ থগ্বালবু পূমকাও কাউথোকই। অমদি নঙগী নখোঙ থগ্বালদা চঙজবগী কান্নবহু খঙদবদগী মখোয় হন্না হন্না অন্নাবদা তাদুনা লৈ। অসিগুম্বা অপঙবা মীশিং অসিনা মী ওইনা পোকপসি কয়াদা লাইদক ফগ্রবনো হায়বসি খঙদ-হুনা নহাক্তী নখোঙ থগ্বালবু নীংজবা পামদে সংসারগী ওইবা লম্চুম মুপী নহাক্তবু লাইনীং ওইদুনা লৈ। অহুনা মখোয় পুম্বা অমম্বা লোক্লুংদা তারবনি।

হে ইবুঙো জগত্তপু শেম্বীবা ! ঐস্পু অসিগুম্বা সংসারগী নিয়ম লম্চুম মুপী নহা শাগে-নাত্তে মরূপ-মপাঙনচিংবদ পুক্নীং থিংজিনবা অসিদগী নাম্থোকপা ঙমজদে। ক রগুম্বা কান্নবা অমত্তা তৌদনা মতম মাঙ-হনবা অহুগুম্বা অপঙবা মীশিং অদুগী মরক্তা অমনি ঐস্পু। ঐগী ফিজম্না ঐঙোন্দা হেন্না অরুবা ওইরে। ঐসে নিংথৌগী শাগেদা পোক্লবনা অচম্বা মীদগী হেন্না নাপল চাওবা হেল্লি, ঐনা পৃথিৱি পূম্বগী মপু ওইনীংলুই। ঐনা ঐগী য়ুম, মুপী অঙাং লম্চুমদা হেন্না পামশনবা অমদি পৃথিৱি পূম্বগী মপু ওইনিংবসি ঙমদৈ লৈত্তনা পামথি। অহুনা ঐগী মমল য়াম্লবা পুন্সিগী শরুক কয়া কান্নবা অমা কাও তৌদনা মাঙহনখি। ঐহাক্না শগোল-শামু রথ-দলাই খোঙমী লাম্না মশীং লাকঙমদনা পুহুনা পৃথিৱিসিদা কন্নারক কোয়রুরে অমদি ঐগী হখাদ লৈবা লুচাংবা কয়ানা ইত্তেং পাংবিবা অমসুং ইশাগী নাপলনা ঐগী খঙ্খোহদা লৈরিবা ঐগী অথোইবা মরূপ ওইরবা নঙবু থিদোকপা ঙম্মুরে, ঐনা নঙবু থৌশাক্লরে, লম্চুমত্তবু লাইনীং ওইকরে।

অদুবু ঐখোয়না সংসারগী ওইবা পোৎ লম্পুম শাগে-নাত্তে ইচা-ইও মুপী-অঙাংগী রাখলদা ফনা শুপ্লুনা লৈদুনস্ত মতম হায়রবা নঙমক অসিনা ঐখোযদ পীব মতংদু হেক লোইখিবগা সংসারিক ওইবা রাখল মঙকাওব লোইন থুপচিল্লে। নিংথৌনি হায়দুনা সনা লুপা মনি-মুক্তান লৈতেংলবা দলাই শাম্মু শগোল তোংদুনা চৎলম্বা হকচাং অসিস্ত মতমনবু লোইশ্রবাদ পুক্তুনা পুমদুনা মাঙই, উৎ ওইখি নত্রগা তীন কাঙগী চিঙ্গাক ওইখি।

মতম্মা হিংলিঙ্গেদস্ত শিরগস্ত তোঙান তোঙানবা নওংদা ঐখোয়বু লাকশিন্দুনা থম্মী। নিংথৌ ওইর-ফাও পুক্নীংসি লাঙতক্লবনা থন্দুনা লৈ। অদুনা সংসারগী ওইব রাখলদগী নাম্থোকপা য়াম্মা লুবা ধানি। অদুবু করিগুম্বা মওং অমদা নঙনতবু চানবারবদি নহাক্কী অশেংবা ভক্তশিংগা তিম্নজবগী থুদোংচাবদু ফংহনবী মসিনঃ সংসারিক ওইবা রাখলদগী থাগ্তোক্লবা অহানবা খোঙথাঙনি।

ঐগী মুংশিজরব ইবুঙো! নঙগী অশেংবা ভক্তগা তিম্নজবনা নঙবু ফংনবগী উপাইনি। নহাক্ক সংসারিক ওইবা অমসুং অধ্যাত্মিক ওইবা অনীমক্কী মপুনি। অদুনা অশেংব ভক্তনা নঙবু ফংজবনা মখোয়গী অরোইবা পান্দমনি। অশেংবা ভক্তগা তিম্নজবনা মতম কুইনা লোত্তুনা লৈরুরবা নঙবু মুংশিজবা অদু হেনগৎলকনি। মরম অদুনা অশেংবা ভক্তগা তিম্ন-তোংনজদুনা কৃষ্ণগী মরমদা থঞ্জবনা সংসারগী অকাং অপুন্দগী নাম্থোক্লবা উপাইনি।

মুংশিজরবা ইবুঙো! নহাক্কি থৌজাল হৈবনি। নঙগী অশেংবা ভক্তগা তিম্নজবা পামদ্রব ঐসিবু গর্গ মুনি কোবা নঙগী অশেংবা ভক্তগা থজিক্তং নক্লজরুবা অদুদা নহাক্কা ঐঙোন্দা মপান নাইত্রবা থৌজান উৎপীরে। নঙগী মপান নাইত্রবা থৌজাম্মা ঐগী লৈবাক লম্পুম ইনাক-কৈরাক থুনবা ইতু ইচা পুম্বা লোইনা মাঙখ্রে। নহাক্কা চানবীরমগ্রবদি

ঐহাক মখোয় অসিগী অকা-অপুন্দগী নাহোংকপা ওয়ারোই। নিংথৌ নিংথৌরেন কয়ানা অসিগুম্বা অকা-অপুন্দগী নাহোংক্লবা সন্যাসি ওইদুনা তপ তৌদুনা কয়া বানা হোৎনখ্রবা। অদুবু ঐগীদি মহাকী থৌজাল্লা লখোইবা ওইবা দরকার লৈত্রে, সন্যাসি ওইদুনা তপ তৌরবা দরকার লৈত্রে।

ঐগী মুংশিজরবা ইবুঙো! সংসারগী অকা-অপুন্দগী নাহোংক্লবা নঙগী অশেংবা ভক্তনা তাম্নরিবা নঙগী নখোঙ থম্বালবু পুক্নীং হকচাং য়াওনা মুংশিনা সেবা তৌজদুনা লৈবা অদুতা পীনবীয়ু হায়না ঐনা নিজরী। মহাক্কি পুন্নমক্কগী হেল্লবা অখোইবা ঈশ্বরনি। অরানবা খুভমতা নত্তনা নঙনা পীবা ওমদবা করিস্সু লৈতে। অদুবু কয়ম্বা অপঙবা মীনা মহাকপু পেনখৎলগা সংসারগী অকা-অপুন অমুক নংবা য়াবা অদুগুম্বা অদুবু পীবিয়ু হায়না নিরুপদগে? ঐনা খনবদি জ্ঞান তারিবা কনানস্সু অদুগুম্বা বর হক নিরোই। ঐদি নঙোন্দা থম্বাই-হকচাং পুন্নমক কখোকচরবনি। নঙদি মী পুন্নমকী মশাদা লৈবা পরমাত্মানি। মহাক্কি মশক নাইদবা ব্ৰহ্মনি, অদুগা মশক নাইবা সংসারগী ওইবা পোৎ পুম্নমক্কু মহাক্না ওইহনবনি অদুনা মহাক নশামক্কী। অদুনা মাগকৈ পুম্বদা ছিরম পুম্বদা সংসারগী ওইবা পোৎশক্তা ওইরবস্সু অধ্যাত্মিকী ওইবা য়াথলদ; ওইরবস্সু নত্তনা মীপুম্বগী চঙজকমনি। মরম অদুনা নখোঙ থম্বালদা থম্বায়-হকচাং পুম্ব কচ্চরি। ঐহাক মপোক কয়াদা সংসারগী ওইবা পোৎ পাম্বগী অহুম-খোক্লা বাবা কয়া খেংনজখ্রে। ঐ মখোয় অদো অমুক পামজদ্রে। মরমদি ঐনা মখোয় অসিদগী অপেনবা কংবা শুকক্ষম ওমদে। ঐনা নখোঙ থম্বালদা চঙজরী— মসিগুনা শান্তিগী তুংনকমনি অমসুং মসিগুনা সংসারগী অকা-অপুন্দগী নাহোংকপা ওমগনি।

মুংশিজরবা ইবুঙো! মহাক্কি অখোইবা ঈশ্বরনি অদুনা মহাক্না পুন্নমক খঙবী-উবীম্বিবনি—ঐহাক হৌজিক সংসারগী অকা-অপুন্দগী

মাঙোকচরবনি। ঐতাক সংসার অসি পামত্রে অদুগা অয়ানবা খুডম ফংদুনা নংগী নশাদা থিজবস্ পামজে অদুগা নহাকী মকম থরজগী ওইবা পরমাত্মাগী মরমদস্ থজনীংদে মরমদি নখোঙ থম্বালদা চঙজয়গদা পুক্নীং শান্তি ফংগনি হায়বসি ঐনা লেপ্পা থজে।"

মুচুকুন্দগী য়াসি তারবদা শ্রীকৃষ্ণনা খুমকখি :—

"মুংশিরবা নিংথৌ নঙগী বা তাবদা য়াম্না নুঙাইরে। নহাক পৃথি, মপূম অসিগী নিংথৌরেল ওইরম্লিবনি; অদুবু নহাক সংসারগী ওইবা পোৎশক অমত্তদা অপাম্বা লৈত্রে হায়বসি উবদা ঐ থক্রে। নহাক হৌজিক ঈশ্বরগী মফমদা সেবা তৌজবা য়ারগনি। ঐনা নঙোন্দা অপাম্বা বর নিনবা খুদোংচাবা কয়া পীরবা ফাওবদা নঙনা সংসারগী ওইবা নুঙাই-য়াইফ ওইনবা বর নিয়ু হায়বা য়াদরে। হৌজিক নঙগী রাখল ঐগী মরমদতা থরে অদুনা সংসারগী ওইবা রাখলনা নঙবু ওৎপা ঙমদরে।

সংসারগী ওইবা পোৎশক খুদীংগী অফবা, মিহৌবা অমত্তুং থজদবা হায়বা গুন অহুমথক লৈ। কনাগুম্বা অমা পোৎশক অদুগী মিহৌবা অমত্তুং থজদবা হায়বা মতুংগা লৈমিন্নরবদি অমোৎপা অপাম্বা কয়ানা য়োমশিন্নকই অদুন সংসারগী ওইবা পোৎশকুদা নুঙাইবা ফংনবা ঙোংলৈ। অদুগা মী অদুনা পোৎশক অদুগী অফবা অদুগা লৈমিন্নরবদি মহাক্না মশাবু জপ তপ তৌদুনা শেংদোক্লবা হোৎনৈ অমত্তুং ব্রাহ্মন ওইবা থাক য়ৌরগা ঈশ্বরগী মশাদা ভিন্নীংবগী অপাম্বা পোকই। অদুবু কনাগুম্বা অমনা মশাগী থরায়-হকচাং কথোক্লুনা ঈশ্বরগী মখোঙ থম্বাল সেবা তৌগে থরবদি অদুনা গুন অহুমদো কাওদোকু না লাঙোকপা ঙম্মী। তশেংনা কৃষ্ণবু নীংজরবদি সংসারগী অফা অপুন্দগী লায়না নাঙোকপা ঙম্মী। প্রায়শ্চিত্ত তৌদুনা তপ তৌদুনা সংসারগী অফা-অপুন্দগী নাঙোক্লনবা হোৎনক্লিবা যোগীশিং অয়াম্বা মতমদা সংসারগী অপাম-মিহৌ উরবদা হম্বয়লুনা সংসারগী অফা-অপুন মরক্তা লৈথি।

লৈখি অহৃবু নহাক্তি অশেংবা ভক্তগী থাক য়োরে। মরমদি সংসারগী অফা-অপুন্না নঙবু ফাহুনা থম্বা ঙমদ্রে। অতুনা ঐগী মুংশিকম থোক্লবা মহারাজ! নঙনা ঐতবু নীংননবা থোইদোকপা ষর অহু নঙোন্দা পীরবনি। মরম অতুনা নহাক্না সংসারগী অফা অপন মরক্তুম্ ইম্বায় লায়না মথোযগী লাংন ফাবা ঙমদনা লৈবা অমদি মথোযগীলক্তা চংপা ঙম্নগনি।

হে নিংথৌ! নঙনা ক্ষেত্রী অমা ওইনা শাদানবনচিংবদা ভিব হাংলু-বহুদগী পুক্নীংগী মুঙাইতবা কোরব ভক্তি যোগ তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা ঐবুতবু নীংলবদি অসিগুম্বা থবক কয়াদগী ওইরকপা কত্তবা রাখল পুম্বদগী নাম্বোকনি। নহাক মথংগী মপোক্কদি ব্রহ্ম থঙবা ব্রাহ্মন ওইহুনা নহাক্কী নাথৌদি ঐতগী মরমদ থনবা ঐবু নীংবক্তনা নথৌ ওইগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী পৌক্তাল ফংলবা মুচুকুন্দনা শ্রীকৃষ্ণবু শুকুং মসুংদা তরেৎ-লক হন্না কোয়রগা থুকুম্নবা তুংদা বাসুদেবগী তুং ইন্দুনা শুকুংদগী মপান্দ থোরব্রম্মী। মানা মপান্দা থোরকপা মতমদা উরে মীশিং অসি পীশক পিশক পীক্লগা নেমশিল্লাম্ম, উ-রানচিংবসু অহু মঙাই— পিশক পিশক পীক্লম্নে মথোয পুম্বা মপাঙ্গল শোনবা মথৌন্না য়াৎলবা পিশক পিশক পীক্লবা ঙাক্না ওইরম্বহু উবদা যুগ ওনখ্রে—কলি যুগ ওইরক্লে হায়বসি খঙলি মাগী মরৈবাক ময়ুম মকৈনচিংবা অমত্তা লৈত্রে মীগী ওয়া ওইদ্রা মীরোন কযা চৌখ্রে হায়বসি খঙলহুনা শ্রীকৃষ্ণদগী বিদায় লৌবহুনা বাপল অমদা অমুক চোইথোক্কনা তপ তৌননবা অরাংলোমদা চংখিদুনা হিমালয়গী গন্ধমাদন চিং যৌখি। মফম অহুদা উ-রা যাবচন্দন পাম্বী অমদি লৈশু শাংপা উ কয়া মরুম হৌরবা নর-নারায়ন্না লাই নীংলম্বা মফম বদরিকাশ্রম হায়বহুদা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিহু অরা-ফনা পুম্বা কাউথোক্কুনা শ্রীকৃষ্ণতবু নীংঙ্কহুনা লেনখি। হৌখ্রবা, লৈরিবা, লাক্কলবা পুম্বা চপ মান্নব থনখ্রি মতমগী খোঙচং লেপখি।

# ৯

# লৈনবা মফম

মাংলেমসে শেম্লকপা মতমদা পূমহাও হাওলম্মী হাওমনখ্রে হায়ন্তুনা মালঙ তংইবগু থম্লুংগী শিদবা মপুনা ব্রহ্মাদা য়াথং পীরক-পদগী ব্রাহ্মানা দক্ষপ্রজাপতিদা জিবশিংগী থারা-নালা মচা-মশু শন্দোকউ হায়না হায়খিবদগী মথল মথা অয়াম্বা অহিংবা জিবনা মালেমসে থল্লে—কল্লরে, য়েংবগী পেনব' নাইদ্রে। 'জবশিংগী মরক্তা মীওইবা জাতি লাকপদগী হিংননবগী অমদি লৈনবা মফমগী পোৱম হেক্সংলকখি। মতম অমদা উ-রানৈ নিংথৌ সোমনা নীংথিনা ওাক শেনবদগী পৃথিবীগী লৈ-মাযসে উ-রানা থম্ল কুংনা হৌজিল্লকখি মরম অদুনা উ-রানা কুংনা হৌজিল্লরবদা লৈবা রারবা মীওইবশিংনা সমুদ্র মথায়দা লাইনীংহুনা লৈরুরবা প্রচেতাশিংদা য়াকংলুরে শাওরবা প্রচেতাশিংনা ময়াদগী কামথোরকপা মৈয়িনা উ-রা পুম্বা পুংচাক চাক্লক্না তুমশিল্লক্লবদা সোমনা প্রচেতাশিংদা মানা য়োকচবী উমংগী মচাম্বুপী মরিষাবু থাজহুনা উ-রা পুম্বা তুম্না চাক্লগদবদগী কনখি। অহুব কণ্ডু মুনিনা পোক্লবী প্রচেতা-শিংদা ওংবী মরিষাগী মচা দক্ষনা মীওইবগী মশীং হেনগৎহল্লকপদগী মীগী লৈফম শন্দোরকপদা ভপা ভপা জিব অতৈ মাওশিল্লকখি।

ব্রহ্মানা জিব পুম্বা শেম্বা লোইরবদা মথোয়ময়াম্না মথোয়গী চানবা চিজাক পীবীরে। হৃ, বনা পীবা ওমলক্রে - মবুক লায়বা

জিবশিংনা চানবা থিয়কপদা ব্রহ্মা মশামক ফাওবা চারগে হায়না কোয়তান তায়রক্লবদা ব্রহ্মানা নখোয়গী চিঙ্গাক্তি নখোয় নশেল ওইনরো, নখোয় নশেল চানরো' হায়না হায়দোকখি। মুমিৎ অতুদগী হৌতুনা জিব থরনা নাপীশিংবী মনা মশীং চারগা হিংলি, জিব থরনা শা-ঙা চায় নাপীশিংবী মনা মশীং উ রানা জিবশিংগী অশিবা মশা লৈবাক ওন্নবতু চাতুনা হিংই : অতুগা মীওইবদি নাপী-শাংবী মনা মশিংতা নত্তনা শা-ঙা ফাওবা অমত্তা থাক্তনা চাথংলকখি অতুনা মনা-মশীং নাপী-শাংবী কোক্লকপতা নত্তনা শা-ঙা কয়া মশীং হুম্বা হৌরক্রে অতুগা মীওইবগী মশীংদি মপৈ মপৈ হেনগংলক্লে। অমদি মখোয়গী লৈকম শন্দোরকপদা উ-রা য়াম্বেক্কনা উমং-রামং কোক্লক্রে চীং কয়া তেমথাইখ্রে, লৈকুং কোঙ্গুং পাং তুরেন কয়া যুম্নকলে।

অনিশুবা মতম অসিদা অমরাপুরদগী লাইনীংথৌ শোরারেন ইন্দ্রগী মচানুপা জয়ন্ত অমম্তুং লাইগী গুরু বৃহস্পতিগী মচা গুপা কচ মাংলেম পৃথিবীদা লম কোয়বা লাকখি। মাঙ্গীনা থৌরকপা ইন্দ্রগী দলাই অতু তাকপ অমুম থিরকপদা মুশিং থোক্তিক্লৈ অমুক অওনবা অতুদা অচাওবা শুথ নানবা মকম অমা লৈবা উরতুনা মতুদা তারগা মখোয় অনীবু থমল্লগা মাঙ্গী হনখ্রে। চযোল অমতগী খোঙচংনি। তুরেংনি গুবা মুমিত্তা মাঙ্গীগী দলাই অমুক লাকনি।

"জয়ন্ত ! ঐ:খোয়না তৌজিক কুমথরিবা মকমসি করি লমনো?"

"পৃথিবীগী মন্ত্রক লৈবা অপিকপা স্বর্গ অমনি। এডেনগী লৈকোল— মুঙাইবা পুম্বনা থরবা মকমনি। লাইগী মচাশিংনা লৈবা লাইরবাকনি।

"করামুক কনবা মকমনো?"

"করবীদি হায়নিঙাই লৈতে। নিংপোনশিংনা মসিবু অরাংবদা শাংপা লৈনি হায় উরপা থওপনি।"

"লমশিংগী মখিং করিনো?"

"মমিংদি ময়াম খ্রে মতম মঙ্গম্মী মিং লৈ। য়ুমজোয়বদা থোনবা মিংস্বু লৈ।"

"খঙলবদি মমিংস্বু হায়স্বু অশিদনা।"

"লমসিগী মীনা মমাঙ্গোদা মসিবু—ময়ায় কোয়রেন পোইরৈ নমথক শাৱোন পুং—কৌরম্মী। লমসিগী মমিং হয়িচক্তা—তিন্নকোকতোম অহনবা থুমুংচক্তা—মীয়া পোংথোকলম, লাংবচক্তা-হায়া শেধ্বা কোয়া লোইবা তিন্নকোক লৈকোয়রেন—অহুগা কোয়চক্তা—মুরাপান্নী কৌরম্মী; কাইনথংদা পোইরৈ মৈতৈ মৈত্রবাক কৌথি।

"হৌজিকপু করি কৌরবগে?

"হৌজিক্তি মণিপুর কৌরে। অহুবু মী থরনদি অমুক কংলৈপাক কৌরনি হোংনরি

"য়ুমলোয়বা অতৈ লমগী মীশিংনা করি করি হায়না কৌনরম্মী?"

"ঙৈবা লৈবাকী মী হায়বদি হৌজিকী মিয়ানমারশিংনা লমসিবু কতে কৌই। তেথাঙশিংনা হায়বদি হৌজিকা আসামীশিংনা মেথলী অহুগা কাছারীশিংনা মোপলী কৌরম্মী। পোংশিংনদি কসে কৌই।

"কমদৌনা মণিপুর কৌখিবনো?"

"নুঙ্গোইবীগী মনাক তাইবোং থোংগী মরক্তা মনি কৌবা য়াই অদা লৈ। মনি অহু লৈ হায়বগীদমক লম অসিবু মণিপুর কৌই। য়াই ঐখোয়না থোয়ম্বা অতোপ্পা য়াবোল অমত্তুদি নও কাওরবরা?"

"করিনো?",

"সিদ্দনিদনা মহাদেবনা ঈশিং চিথোক্তুনা লমসি কজনা শেল্লবা তুংগা তুর্গাগা লোয়ননা য়াই ময়াম হয়াওবা. ওত্তাইনা শায়বতুদা আনন্তনা মনি চাইখিবতু মনিনা ইচাই চাইনা তায়ে হায়তুনা লমসিবু মণিপুর কৌখিবতু নও কাওরবরা?

"ও: আনন্তনা মনি চাইখিবা লমতু ওইরে—মতুদি য়াম্না কজবা লমনিনা। মনি ময়ামতুদি হৌজিক্তি কদায় চংখ্রে অমত্তা উদেমা।"

"অতোপ্পা লমদগী লাকপামীনা খুন-খুন্দুনা লোইনা পুনখ্রেননা সিদদি লৈবু লৈরম্মরোই। লৈমুংদা করিদা অমা অনি অদুক চিথদুনা লৈহৌবদু কোয়থি খিবা লাকপা মপান্দগী মীনা পিক থল্লবনি হৌজিক্তি।

"সিদা লৈহৌবা লাই ঐখোইগী ইচা ইগুশিং অদুদি করি তৌদুনা লৈহৌই ?

"এঃ ঐখোয়না শেম্বা তম্বীরম্বা চেঙয়াই থক থক্কুনা পঙথরিবৈদা কৈম্ন তৌহৌত্রবনি। অদুদগী হৌজিক্তি অমুক গোল্ডন ব্রেকলদগী মীরাম্না পুন্নকপা চিনি অরাওবা চাদুনা অমুকা হেন্না পঙথরি। হৌজিক মচিন্না ফাও চাত্রবনি মীরাম্না তম্বীদুনা হৈরবনি—শিংলিবু হেক্তা চাহল্লবনি।"

"অদুদি মখোয় সিদা লৈবা ওয়ল্লরোই।"

"হোয়, ঐখোয়গীদি ইচ-ইগুনিনা ঐখোয়গী লৈফমদা লাক্লবদি ঙভাই ফদেদনা—মখোয়বু কোনশিন্দুনা থম্বা হায়রদুনি।"

ওয়া রারা শার-শারদুনা মখোয় অনি য়ুম অমা লৈরিবা অদোমদা ভপ্পা ভপ্পা চঙশিলম্মী। মতম অদুদা জীপ, কার স্কুটর রিক্সো তোংদুনা মী কয়ামরুম লাক্লগা য়ুম অদুদা চেক চেক চঙলক্লম্মী। মখোয়গী মপোৎ মচে ফিরোন হাপ্পা স্যুটকেশ, তয়ংউপু খাওনচিংবা পুম্বদু অফিস অদুদা পুশিল্লক্কুনা থম্মী অদুবা কলিকতা দিল্লি শিলচর ডিমাপুরনচিংবা লমদা চংননবা পেসেঞ্জরশিং অদু রিপোট হেক হেক তৌরৈ। মখোয়গী লগেজ পুম্বা পুলিসনা কাক ফাক্কনা য়েংলবা তুংদা অরুম অয়াং ওল্লগা পুশিনখ্রে অদুগা টিকেট পায়রিবা পেসেঞ্জর অদুদা বোডিং কার্দ অমগা পোৎচৈ মালচাংগী চেনীং অমমমগা পীরকখি। মখোয় থুদিংমক সেক্যুরিটি চেক তৌত্রিবৈদা লাউঞ্জদা থারিবা চৌকিশিংদুদা ফমদুনা।বমান থুংলবা ওাইদুনা লৈরম্মী। পেসেঞ্জরশিং থিন্দোরকপা, ওকপা লাকপশিং পুন্নমক অদুনা লাউঞ্জ অদু থুরক হাঙলমদে—মীপ্পী মীমক্তা ওায়রম্মী চিংনচায়ন রারম্মী।

মতম অসিদা মখোয় অনিস্থ লাউঞ্জ মনুংদা হেক চঙশিল্লকখি। ইম্ফাল ভুলিহল এয়ার পোর্টকী সেক্যুরিটি চেক তৌরিবা খোঙশংবশিংনা কয়া থৌশাঙ্ক্রিইৗদা মখোয় অনিমক অথিংবা লৈতনা লাউঞ্জ মনুং য়ৌখি। মীয়াম কুমনখিবনা চঙকমদগী কান্টিন য়ৌবহ্ন কনা শাংনা চঙই। মখোয় অনি এসপ্রেসো কফি অমমম থক্লহুন যমথরম্মী য়েংখোকখিবদা মীয়ামহু উবদা জয়ন্তনা হায়খি—

"ইস মীসিদি কনা য়াম্মীনা। "

"মীসিবু হশি শিন্রবা জাংলা ? পঙপোঙ্গা পোক্লবা জাংলা ?"

"হৌজিক্কি মেডিকেল সাইন্স কন-নীংথিনা চাওখংলবনিদা—অহুনা অনাবা অচৌবনা মী পঙশি শিহনবা ঙমদ্রে- শিদ্রে অহুগা পোকপদি কন-হোংনহুনস্থ থিংবা ঙমদ্রে- অহুনা মীশীংদি ভড়ৌদা হেঙ্গংলবনি—হায়হুনা মনাক্তগী পেসেঙর অমনা হেক খুম্লকখি। মহাক ইউ এন ওগী পোপুলেসন কন্ট্রোল অফিসারনি।"

"অহুবু পোক্তনবা বার্থ কন্ট্রোলগী প্রোগ্রাম কয়ামুক পায়খংলি হায়বদায়নে।"

"হোয় পায়খংলিবনি মেকানিকেল কেমিকেলনচিংবা উপাইদগী হেন্দোক্তনা সর্জিকেল মেথোদ—বেসেক্টোমী, এবোর্সননচিংবা কয়া তৌরিবনি। অহুবু মসিনা ওইকম থোকপা ইফেক্ট অহু ইয়ৌ য়ৌদে পোকশিল্লকপনা হেজিল্লকই।"

"নোংম নোংমদা পৃথিবিসিদা মীদি কয়াম পোকই।"

"পোকপগী চাংদ হৌজিক হৌজিক সেকেণ্ড অমমমদা অঙাং অহুম অহুম পোকই। অহুনা নোংমদা অঙাং লাখ অনিমখাই পোকই।"

"অহুনদি চহি অমদা মীশিংদি কয়া হেঙ্গংলি।"

"চহি অমদদি কোটি মপালদি শোয়দনা হেনগংলি।"

"অহুনদি চহি থর লৈরবদি পৃথিবিসি মীগী মীমক্তা ওায়হুনা লৈকম চল্লোইদৌরিনে।"

"হায়বদি ইশি শিন্নবনিবা– অমাংখগুদা হল ময়াম অমগী মথক্তা অমনা কাখৎ, লৈকম থিরদুনা মরেং মরেং চত্নুনা লৈবগুম্মা মীয়ু মরোল মরোল লোয়দুনা লৈকম লেগুকম থিবা তাইদনা।"

"মতমদুদা মখোগুনা চৎনবা মকম লৈত্রবা মথুং হাইকম কাগ্ধা লৈরক্রুবদি মখোগু মথুং পাল্লিবসি কৈন্নু কান্নমরোইদো।"

"হোয় মতম থরগী তুংদদি মমাইদা পাল্লম্বা মীগী মমৈ শিজিন্নদবগী মাগুথিবা অদুম্না মখোগু মথুংম্নু শিবু শিজিন্নরক্রুবদি অদুম মাগুথিবা তাবনি।"

"অদুদি মীশিংসি মবুক্কা শিত্নুনা চৎকত্রা নত্রগা মসলগী শক্তিনা চোং চোংদুনা চৎকত্রা?"

"হেরা মদুইদি কৈন্নু ৱাক্নু। মীদি থোপ য়াম্না লৈবনি—ৱাখলগী পাঙ্গল ৱাত্তবনি—অদুগা হোংলক্লিবা কিন্তম মতুং ইন্না মশা ইৎচবা গুম্বনিদা।"

"হোয়দা অদুবুদি Mesozoic যুগতা লৈরম্বা চাওর-চাওরবা শা দাইনোসর, ইগুয়ানোদন, ব্রোণ্টোসরস, মামোথনচিংবা কয়া ওল্লকলিবা যুগ অদুদা চান-শিন্দুনা লৈবা গুমদবদগী লোইনঃ মাংখ্রে লৈথিত্রে। অদুগা মাংখৈবশিংদি ওল্লকলিরা যুগকী কিন্তম অদুদা চান-শিন্দুনা হেন্না হেন্না চাওখৎলকখি মশাং হেনগৎলকখি—অদুনা মখোয়না শা তা উচেক লীন তীন কাগু পুম্নমকী লৈকম চাকম কাংবা মুন্দুনা লৈশিনলক্লবা হৌজিক পৃথিবীগী কোদিন কোয়া মীনা লৈজবা মমল লৈত্রে। মখোয়দি হোংলিবা মওং থুদোং মশা ইংগা গুম্না হৈনবা ওন্নোকপা। তসই অদুনা মাগুথিবগী মহুত্তা, হেন্না হেন্না মশাং হেন্নখলক্লিবা অসিনি। মরম অদুনা শিথিবা মুৎথিবদি লায়রদনা মশাং য়ামখৎলক্লুনা লৈকম লৈরকলোইদৌরিসিনি।

"হোয় হিংনবগী লানকমদা পৃথিবীদা মীনা অচৎ-চত্ত জিব অতৈবুদি মায়থীবা পীরেদনা।"

"অদো অগুক য়াম্বা মীশিং অসিদি কম্ব চাদুনা হিংলনি।"

"ইবুধৌ ব্রহ্মাদা জিবশিং অসিদা মচিঞ্জাক পীবীরো হায়জবা কান্দা নখোয় মশেম চানরো হায়খিবহুদি।

"অহুদনিনে ঐনা লুংশা থীরিবা!"

"করম্না।"

"অচৎপা জিব থরনা চত্তবা জিব উ-রা মনা-মশীং নাপী-শীংবী চায়। থর অমনা শাহিং ঙাহিং চায় – চত্তবা জিবশিংনা লৈবাক ওন্নবা অচৎপা জিবশিং চায়। অহুগা মীওইবদি অচৎপা চত্তবা জীব মনা মশীং শা ঙা লোইনা চাই। মীনা চাদবা পোৎ লৈতে।"

"অহুননিদনা পৃথিবীগী উমং রামং তুমশিন্নক্লিবা সিত্তা নত্তনা জিব মথল থরদি পৃথিবীদগী পূংমুং মুংখ্রিবসে।"

"মানে অহুননে মীগী মশীংদি অসুম হেক্কংলক্লিবসে।"

"মীশিংসিনা মশীং অসুম হেক্কংলক-অতৈনা মখোয়না চাখোকখিহুনা অসুম তুমশিনখি – মীওাক্তা ঙায়রক্লবদি কমদোবা!

"কনানা থঙনি মতমহুদদি চানীংঙাই লৈরক্লবদি মখোয় মশেল চানরকপস্থু।"

"হোয় অহুবুদি সত্য ত্রেতা দ্বাপুর যুগতস্থু মী চাবা মী হিংচাবশিং লৈরমলিবহুদি।"

"অহুবু মী হিংচাবা মশেলদি চানরবদে অহুগা মী অতৈনস্থু মখোয়গা লান তৌহুনা হাংকরগী।"

"অহুম ওইনমক চানীঙাই লৈরক্লবদি ঙঙাই কত্রবদি মখোয় মশেলস্থু চানরবা য়াই।"

"অহুগা প্রচেতাশিংগা সোমগা য়ানখিবা থুগাইহুনা মীওইবশিংনা চত্তবা জিব উরা নাপী শীংবী মনা মশীং লোইনা মাঙহনবা য়াবস্থু নত্তেদা।"

"অতৈদি লায়রী মীওইবনা মহৌশাগী ফিতম থুগাইহুনা চত্তবা জিব পূম্বা :লাইনা মাঙাংঅগ্রবদি তজোন মনিলহু জোইনা লোইখোকখিহুনা

লুমিংকী অল্ট্রাভায়োলেট মঙালনা মীওইবা পুম্বা লোইনা চাকথেক্ত্রবা মথল মথলগী লাইনানা নাহুনা মখোয় পুম্বা লোইনা শিরনি। অদু ওইরবদি প্ৰথিবি অসি ভিব লৈতবা ওইরনি।"

"মহাপ্রলয় নগুনা তাইবংশেম্বা মপুনা মচুমক্তি থোকহল্লোইদা।

"অদুবু মীনা অশুম্বক মশাং হেক্লংলক্লবদি মদু থোক্লোই হায়বা য়ারোইরে।"

"অদুবুদি শাহিং চাবঃ মী ভিংচাবনা মশাং য়াম্না হেক্লংলক্ত্রবা প্ৰথিবিসি লুমথরকপা তুদাংদা বৈকুণ্ঠগী শ্রী নারায়ণনা প্ৰথিবিদা হেক হেক কুমথহুনা ভিংচায়াইতম কয়া কয় মাঙহন্দুনা প্ৰথিবিগী অরুম্বা হেক হেক লোথোকপদু কাওরবরা?"

"ঐখোয়না নহানমুক লাক্লম্বদুবু চহি কয়ামুক শুপ্রবগে?"

"চহি তরা থরদি ভেল্লবরা?"

"চহি থভিক্তসিগী মমুংদা মীশাং অম্মুক য়াম্না হেনগংলবকো?"

"মতমচুদা মালেমসে থুম্বাক লানসিংগম উথ্রবনি। ঐখোয়না চংলুবদু অচৌবা লাঙাও অদু য়েংবা চংলুবনি—লাঙাও অদুদা বৈকুণ্ঠগী হরিনা মালেমদা কুমহুনা লানফম অমত্তদা মকোক ওইবা লমহেনবা লখা কুম্ত্রামরী হেন্না হাংখিবনি। অতোপ্পা লানফম কয়াদা মী কোটি কোটি মাঙহনখিবনি অদুদৈম্ব হেল্লোক্ত্রনা মানা অবতার তৌরবা শাপে অদুদা পোকপা মাগী মচামগু লমহেল্লক্লবা কোটি য়াংখৈ ভরুকমক কাওবা লোইনা চাত্তোকলল্লগা বৈকুণ্ঠদা হনখিবনি মানা। লৈরদা সহস্রং চুকাও সমুদ্র ঈমুংদা লুপশিলচল্লম্বনি। মালেমসে থুম্বাক লানসিরে হায়না থনখ্রবনি।

"মতমচুদা পানবা নিংথৌরেন্দুবু—'

"হে—দেবজানীগী—আ—মগু অমবা পালহৌবনি।"

"দেবজানী হায়বদি—"

"গুরু শুক্রাচার্য্যগী য়াম্না চাওথোক্লবী শাওগনবী মচানুপী সজীবনী

মম্নগী হাক্তকা ঐঙোন্দা শাপ তৌখিবদো কাওরবরা ?"

মতম অসিদা এয়ারপোর্ট অফিসতগী লাওথোরকখি—"কলিকতা দিল্লি গৌহাটি চংকদবা পেসেঞ্জর পূম্ব' এয়ারক্রাপ্ট তাদা চংশীরো।"

অদুদগী পেসেঞ্জর থিন্দোরকপা, হুংলবা, ঙক্লবা পূম্বা লোইনা চংখিদুনা মিনিট খরগী মতুংদা লাউঞ্জ অদু পুমহাও হাওলম্মী মখোয় অনিস্থু অহাওবা য়ুম অদুদগী তপ্না তপ্না মপান থোরকলম্মী।

মতম অদুমক্তদা মাতলীগী দলাই থাররে! মাতলী কুমথরক্লুনা মখোয় অনিগী মনাক্তা লাকখি মখোয় অনিনা হংখি।

"করিনো মাতলী, পৃংখাই কাও ফাদ্রি অমুক থুন অস্তুক হল্লকলিবদি?

"লাইনীংথৌগী অদুবা য়াথংনি থুনমক লাইরৈবাক্তা হন্দবা য়াত্রে।"

"করি তৌরবগে ?"

"লাইরৈবাক্তু মীচেম্না পীক থলহৌরে কৌজেং পাইরকপদুগাই—মদুগী খল্লবা দেবসভা কমহৌরি। অদুগীনি। থর থীস্থরবদি ঐখোয়গী য়ুম ইংখোল লৈফম অমত্তা লৈরমদনা য়াই।"

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৯৩ ইং

# ১০

# মৈতৈগী ঈজ্জৎ

ইজ্জৎপু শেম্না লৈবা কংখরা ? পৃথিবীগী মনুংদা মৈতৈ জাতিমুক ঈজ্জৎ লৈববু মখল কদায়দা লৈরম্লগদগে ? মৈতৈশিংগী মরক্তা চায়নরিবনি—মশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্নবা মশাগী মঙন ঙাকপদা লাইরেম্না লম্ফুৎ কাহনা শিরিবনি। মশাগী ঈজ্জৎকীদমক্তা মৈতৈদি থবায় পোম্বা ওইরবস্ন হন্নট্রিবনি। থম্বগী মপা পুরেলবা ঈজ্জৎ ঙাক্নবগীদমক মতম চাদনা পুন্সি কেমথিবনি থরায়না পোম্বা ওইথিবনি। মৈতৈ জাতি ঈজ্জৎকীদমক হিংলিবনি। মৈতৈবু মৈতৈনা শৌগৎনজ্রবদি জাতি অতৈগী মমাঙদা মশাগী ঈজ্জৎ ঙাকচবা ঙমলোই অহনা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা অমগা অমগা শৌগৎনহনা মীপান তাংদনা হিংলম্বনা মশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্না হিংবা ঙম্লম্মী।

চহী কুহ্রা হেম্না চাকরী তৌরবা মতুংদা খৃঃ ১৯৯১ ইংগী ওক্তোবর থাদা থবক্তগী পোথারে সগোলসেম ইবোতোম্বী। কেরানী মচা অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। চুম্না থবক্তা খোয়জংনা তৌরকপনা তপ্না তপ্না প্রোমোসন মথং মথং ফংজহনা মরৈদা জোইন্ট সেক্রেটারী ওইনা থা খরা থবক পুক্লগা থবক্তগী রিটায়ার তৌরকপনি। পেনসন ফংলবা মতুং চহি অনি হৌখ্রে পেনসন ফংবগী পুন্সি মরেন খজিক্তং হৈনরক্নে। অহানবা থবক্তগী হেক পোথাবা মতম অহুদা চাবা থকপা মতম খংঙন ওনবা অমদি হুতিগী তৌরম্বা শিনফম খংলেপ হেক লেপ-থিবদা পুমহাও হাওঙম ওকম নোমফম খঙলমদে। মতম খরদি পুং

ঈরু মায়থজরে, ফিরোন কাস্থু শুবদা মাগী জুপীগী মতেং পাংবা ঙম্লে। কৈথেন ইথেল কাদুনা এহাং মনা মশীংকক্কা লৈবস্থ অহুম মঙম্মে। মাস্থু থবক ময়ামসি তৌবা ঙম্লকপদা ঙকচে। ছাত্র ওইরিবৈদা এন সিসি য়াওরকই অহুনা Dignity of labuor ফজনা খঙই। মরম অহুনা মেমুম্লেল লেবরদা থবক শুবদা কারিস্থ হঙ্গোইবা ইকাইবা লৈতে হৈনরমদবগী ধাতনি অহুবু মানা ফন তৌহুনস্থ হৈত্রবা থবক থরদি মীওাম্দা শেলতিংনা নেকপা তারম্মী।

খঙহৌদনা বোংমা মাগী য়ুমগী থোঙজাও অমগী থোঙনা অহু নাম্বোক্না তারকসম্মী অহু শিন্দোকপা মরকার ওইরে। মিস্ত্রি অমা থিহুনা শেমহনবা তাই কনা কৌরুনি? খঙবীং নীংশিঙলকখি—মাগী মরুপ উওবা খুন্দোংবম অমু। মথংগী অমুক্তা হাইদোক্না উওবা অমু উনরুই হায়রুই। মখোয় অনি তায়া তায়া কৌনৈ।

"তায়া অমু! ঐগী য়ুমগী থোঙজাও থোঙনা অমা কিম্বরকলে অমুক্তা শিন্দোকপীয়ু অচনবা থোঙনাস্থ লৈরবনি।

"হোয় তায়া! ঐ হংচিং অয়ুক লাকচগে।

ইবোতোম্বীগী মরুপ খুন্দোংবম অমু উওবনি মথুং নাস্লি চেংলি। মানা চনবা কা'থোল উপু পোত মপুং চেংলি ফৈজ হায়না মনিপুর থুংনা মখিং চংলি। অঙাং ওইরিবৈ য়াওশং শানবা রা হুরানবা চাকচা হৈজাননবা মপু পঙহন্দনা লোয়া কোবি শেকপা চু থেকপা হুবা য়ায়া হৈবনি; মপুনা তাররকলবস্থ মাবু থক কাবা ঙমদবনি। হেক হেক কাবদি ইবোতোম্বী মহাকনি। অহুম ওইনমক জপান লানগী মমাঙদা য়ুম খুদীংমক ঈংথোল কোক্তনবা মনাময়ীং থানবনিনা অঙাংশিংনা থর থেকখিবা হুখিবা অহু কৈস্থ থোয়থা লিনথা থানরমদে।

অমু মুক্তাস্থ ফজনা লৈবনি। য়ুমলোন কৈরোম্বা লৈকায়গী য়াওশং কোয়বা কাংবু কাঙবু মরক মরক্তা শীংনহুনা মুকা শাবৈ লম্বা লম্বা থোরহুনা। মাগী লাম্বা অমন্তনা মাবু থাখিদে মানা মথোয় লৈকায়গী

মহুৎ শিন্না মুক্না শান্নবা থোকই—লাম্বা থিংদে। তকথংনবী কাওবদা মানা লোইনা থাদুনা কাবঙম্বা চহিদদি মহাক মুক্না যাত্রা ওইখিবনি। অদুবু লাইরবা হমুং, মমা লুপ্রানা য়োকপা ওইবনা ক্লাস সেভেন ফাওবা তম্লবা তুংদা লাইরিক মথা তমথবা ওমখিদে। পীক্লবা মনাও-মচনশিং থাকপদা মমাঙ্গী মতেং পাংনবা থবক শুদুনা পৈশা তানবা তাখি। অফাওবা ওঝা অত্তোম অমুবাগী কারখানাদা ঊন্শুবা তমদুনা থবকশুবা য়াওখি, পৈশা তানখি। মদুদগী মখোয় অনি খর খর থাপ্তোক্লখি। অদুবু য়াওশং থাবল চোংবা, চাকচা হৈজানবা মতমদদি হেক হেক পুল্লি। মতমদুদা মাদি মশানা শেন থোকচরে, ঠিকাদার মহুং ইন্দুনা চীংদ সরকারগী অমাং চাংগী কুন্তাশিংগী কুনাকে শাবা চাওরদুনা শেল জোম জোম থরাং তোরা উবুগে। অদুনা অকোয়বা লৈশাবাগী মমাডদা ছাত্র ওইরিবা মচোম্বগী হেন্না অমুনা কালেজ্জা তোবা, মহাক্না কন্নকখিদবা নত্তে মবুক্তা থনখি মহাকসু মশানা শেন থোকচরবা মতমদা অমুনা করিস্ন মচোম্বগী কালেজ্জা হেলহনলোই

মুমিং নিনি হুন্না হাইরে অমু লাক্রে। হায়নবা মুমিত্তু থবক অতৈ চথোক্তবমখৈ ওইবনি অদুবু অমুদি অতুন লাকখিদ্রে। ইবোতোম্বী হাইফেং খোমদো শাট্টাংখাল অতবু তান চাদহুনা তৌরমাংল্লে থল্লি। চয়োলমুকী তুংদা অমুক চত্তুনা উন্নরুহ-

করি তৌরে ভায়া! লাকপীত্রবদে?

"ভায়া, থবক থাদোকপা য়াদবা অমা লৈরদুনা তৌবনি। মশেম নিংথৌকাবা মুমিংকী অচুক্তা শোয়দনা লাকচরগে।"

"শোয়রোইকো"

"শোয়রোই।"

"অদু ঐ অমুক কৌবা লাকখিত্রা?

"হেরা ওম্বোক ওম্বোকপা! করিগী অমুক কৌবা লাকদগে ভয়া!

ঐ শোয়দনা লাকচগে অমুক পুং মাপললোম তাবা কান্দা।"

"ফরে ফরে ভায়া' শোয়বাগ্নকো, হায়রম্লগা ইবোতোম্বী হনখ্রে।

মুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ইবোতোম্বীগী মতু লৈমা অদু মকোক ওাওবা হৌই হায়দুনা চাক ঈশিং অমত্তা থোংলমখ্রে। হন্দক মরক থা অমা অনিসি মশা ওমদে হমুংগী থবক মতেং পাংবানবা মী অমত্তা থিবিয়ু হায়বনি মরক মংঙ। মচা মুখেত্তু তাক্তুনা হেক হেক মতেং পাংবীরবনি অদুবু মাস্তু নুপা মনুমগী মুন অমা পুরিবানবা পত্তনা লাকপা ওম্নমদে। মখোয়গী লৈকায়দা লৈবা শোনহা লেপাকলেদা ইবোতোম্বীনা হায়খি:—

"লেপাকলে মনশ্বসে হন্দক মরক মশা হওম ওমদে—মতম থরদংদি ইমুং মনুংগী থবক থং থং মতেং পাংবীয়ু থাগী ওইনা তৌরবস্তু য়াই কয়ানুক্লো হায়য়ু

"ফানি তাংবুতে! এ লাকচগে কারগী পৈশানো?"

নোংমদুদং লাক্লম্মা চাক-ঈশিং থোংদুনা চাখি—মতৈ মনাওবুস্তু পীজ-পীংক্লম্লগা কেন্নক রাহরম তোইনা তোবরম্মা

মানা হায়খি: হংংদ চম্মু লাকউকো?

"ফনি তাংবুতে

অদুবু মথংগী মুমিত্তদি লাকপাদ্রে ময়ুমদা হংলুবদস্তু অমুক চখোক-খিবদগী হল্লক্রে হায়রকই। মতমদুদা মচাপুপী লাক্তুনা নোংমদুমগী থবক—থনাদি লোইশাল্লা লেনস্তু মশা ওমদব খর ফবে। অদুবু লৈবাক্লৈদি শুক্লাক লাকখ্রে

ইবোতোম্বা অমতং অমু মখোয় অনিগী থুগ্লোম্লবদা লৈবী থোকচোম নিঙোল লৈবাক্লে ইনথংলকপা মতমদা ফজবী অমনি হায়না মমিং চংলম্মী। থাবল চোংবা লিক্লোন শান্নবদা লৈকায় অদুগী লৈশাবী মরক্তা মচীন তোঙবা লুচিংবী ওইরকখি। মশক ফজৈ মতৌ লৈ মমা মপা ইনাক থুগ্নি।

লাকনি হায়রকই অহুবু লাক্তি শুব্রাক লাক্কে। মথংগী সুমিত্তা উনরুগে চৎলম্মী। লম্বীদা চাওবা থেংনৈ—চাওবনা হংই—

"কদাইদনো।"

"অমুখোইদনি "

"করি থবক্কী ওইবিরবনো ?

"ঐগী খোঙজাওগী খোঙনা অমত্তা শিনবীয়ু হায়বনি অহু লাক্লে, কৈদৌরগে হংলুগে ?

"মাবু মীগী হৃমদা চত্নুনা থবক শুদ হায়বদাইনে—বাজারদা ময়াং মিস্ত্রি পীক'ম্না লৈবনি—অমা ভৌহনবা'বা য়াম্রা ? মথোয়দি ফজনা নাম্না ভৌবনি, খুৎসুমনম্নু য়াম্না তাবনি "

"মাবু অহু হায়ব্রনে - মৈতৈ হশা লৈনা লৈনা মৈতৈ ইশা নত্তববু করম্না থবক শুংনগদাগে ? খংশুমন খিক্ত' ফংগদবহু মৈতৈ ইশান। ফংজবা ফৎত্রনে ঐগী য়ুমগী পোঙকাসি মানা পাংবীরম্মীবনিদা।

"হেরা পেনসন ফংদ্রিঙৈগী ব্রানা অমনিদা।"

খঙদে খঙদে মী অতৈদি য়াম্না ভৌনরবনি ময়াং মিস্ত্রি অমা হেক নেকউচো

"অহু নভবু কাওবত্রা হায়ব—ঐখোয়না মোইরাংখোম স্কুলদা তম্লিঙৈদা ওঝা হৈরোহনা চায়খিবদো—সাহেবশিংদি পেনসিল অমা লৈবা ফাওবা Made in Fngland দাবা অহুত্তা লৈ অতৈ অহোংবা অফবা অমত্তা লৈদে "

"তাদো ঐংগাহ মৈৎবু সাহেবনা ?

"সাহেবশিং নাক অহুবু ইকোনংগী অমসুং আইডেন্টিটিমী মতাংদদি মখোয়দগী তাক্কনিংবাই য়াম্না লৈ হায়বা।"

"খঙদদ', থবক শুনীংদনা তাত্তনবা মৈতৈশিংদি থর লৈরবদি থবক শুফম লৈরোই। মখোয়না শুগদনা থবকপুম্ব' মীয়াম্না মুন্দুনা শুব্রনি। থবকপু শুত্রবদি শেলসু খোল্লরোই ! করি চাহুনা তিংগনি !

"অত্তম অত্তম নুমহুনা চাবা হাহনিদনা "

"অদুবু কয়া কুইনা ভোবা য়াগদগে ?"

"ঐখোয় মৈতৈ হায়বা ঙাংসিবু মুৎলোইদ্রা হায়বা ?"

"হোয়দা—দোলাই ভোংবগীদমক রাইকুপ পুবীনা র'বা হৌনদেদা, লেওঙো লেওঙো !"

ইবোতোম্বী মবুক্তদি থনখি অদুবু ঐনা পেন্সন ফংদ্রিঙৈদদি ঐখোই য়ুমদা থোঙ-মুং য়'ম্না শেম্বীরম্লীদা।

তুমিং অদুদসু ঊনবা ফংদ্রে। লাক্লরোইদমাক্লে হায়দুনা মৈতৈ মিস্ত্রি অমা অমা অনিদা হায়রুবসু অমুদোনা লাক্লে হায়রগা শুক্লাক লাক্লে। মৈতৈ মিস্ত্রি দিনোতদি ভশেংনা হায়রকই মাদি মীগী য়ুমদা থবক শুদে। চৌক্তিক ফাবা ইবোতোম্বীগী থোঙনাহু শিনদ্রি। ইবোতোম্বী মরম্লাই গংশা হৈরবগী থবক থরদং হৈহৌদবসি মবুক্তা নুংনাংই। থনখে থল্লরগা তোদবা যাদবনিনা ময়াং মিস্ত্রি অমগুং খিকসিরা হায়দুনা বাজারদা চাইগ্লুই। কানিয়া মরুপ অমগীদা চঙলুবদা অমুগা দিনোগা থবক শুদুনা য়ুমগী থোঙনচিংবা শেমদুনা লৈরম্মী। চা কপ অমা থক্লগা কানিয়া মকপতগী বিদায়রগা ময়ুমলোমদা হল্লকই। লম্বীদা দিবেন্দ্র চাওকিপ পেংনদুন মখোযগী য়ুমদসু চঙলুই। মখোয়গী য়ুমদা লেবাক্লে চেৎ থল্লুনা লৈরম্ব তেক ঊকারে।

তুমিং অদুগী তুমিদাং রাইকমদা অমু দিনো রারী শার শারদুনা বাজারদগী ময়ুমলোমদা হনমিল্লরকখি। লম্বীদা হাজিরা পৈশারানী শুরুবদগী হল্লকপা তোম্বা অদুগা চাওকিপ খোয়দগী খেংরকপী লৈবাক্লে থেংনদুনা মখোয মবিমক হনমিল্লরকখি। রারী অসুম শানবদা অমুনা হায়খি—

"দিনো ভসাই ইবোতোম্বী লাক্লরবহু উবাহৌত্রা ?

"উহৌই ! নহান মানা মাগী থোঙনা অমা থর শীলোকপীয় হায়। অদুদা ঐদি মীগী য়ুমদা থবক শুদ হায়খিবনি"

"নখোন্দস্ু হায়রম্লবরা ? ঐঙোন্দা হায়বদি কুইরবনি। অদু মাগী য়ুমদা ঐনা করম থবক শুদৌরিবনো ? মা মৈতৈনি, ফর-কস্রবস্ু ঐখোয় অনিদি লাইরিক তম্মীন্নরকইনি। চৌমিন কামিন্নরকপনি। মানা মরাইবক ফহুনা বি এ তমহুনা ওফিসার ওইজখিবনি। করম্না ঐনা মাগী য়ুমদা চত্তুনা থবক শুরুদগে ? ঈজ্জৎ হায়বা অমস্ু লৈবনি।"

"হোয়নে ঐখোয়বু ঈজ্জৎ লৈত্তবা মীরা ? চরা নামত্তা চারস্ু চাকথুমদা মিরাং থুরস্ু, ফিরোয় শোরাং নাহুৎ-নারেংদা—মস্টি. এম এল এ. অফিসার ঠিকাদার লাম্বা তৌহুনা পোৎয় লুপা ১০০ দগী তাদনা য়েংলিবনি।

"ঐখোয়স্ু সিনেমা টিকেট লৈবদা, ইঙ্গ্লাংনাপী মনাম্শীং ঙা চাক থুম থাও হন্নাই চেংনাই লৈবদা অচোইবা লৈত্তত্তা হায়বদা অনা সিকি লুপা ফাওবা হন্লক্তস্ু য়ারে তোকথোকই।"

"ঐখোয়স্ু ফিজোন অমত্তা শেংচরস্ু মত্ত চুমিং থৃদীং ফক তক শুহুনা ইস্ত্রি মমি তাবমখে শেংলিনি শোরাং সিরোয সংকীর্ত্তন্দা ইশৈ শকপা শক্কবা পালা থদীং মোইবুং শোংবা মাঙপ মপুকাও খাইগা চপমান্নবা অত্তৈদগী তাদনা লুপা মঙা মঙাত্তা ওইরস্ু থারিনি।"

দিনো বা মখা তারকই—

"হোয়নে ঐখোযবু মীগী য়ুমদা করম থবক শুরনি। ঐখোয়বু ঈজ্জৎ লৈত্তবা মীরা ? নত্রাদে লৈবাক্রে ?"

"হোয তাদ ! ঐবুস্ু তা-ইবোতোম্বীনা মখোয়গী য়ুমদা থবক ইনথাং থর নোম্বীয় হাযবনি। অদু মখোয লৈমা অসিগী মমাঙদা ঐনা করম মীগী য়ুমদা থবক শুরগদগেদো। ঐস্ু ঈজ্জৎ অমদি ঙাকচরিবনি।"

মত্তমহুদা তোম্বনা মখোয় অহুমদা হায়খি—

"তা অমু, তা দিনো, নখোই অনিস্ন কানিয়াগী য়ুমদা থোঃ পান্নুবনি—ইচে নৈবাক্লে নণস্ন হাওকিপ খোইদা চেঙথম্ন্‌রিনি। কানি-য়াগী য়ুম হাওকিপকী য়ুমসিবু মীগী য়ুম নত্রো ?'

মচু তাবদা মখোয় অহুম্মক চপ মান্নানা থুম্নকখিঃ—

"হে অচুগী ওইরে। মৈতৈ ইশাদবু ইকাইবনি। হাও ময়াংবুদি কৈদোনা ইকাইজরুনেগে ? মখোইগী য়ুমবু মীগী য়ুম্না ?

ওক্টোবর ১৯৯৩ ইং

## ১১

# সেম্মিনর

নিউদিল্লিগী ইণ্ডিয়া ইণ্টর-নেসনেল সেণ্টরদা ইং ১৯৯৩ গী আগষ্ট তাং ৪ দা সেমিনার অমা তৌখি ভারতকী মফম পুম্বদগী লাকপা দেলিগেৎতা নত্তনা মীরৈবাক্কী দেলিগেৎ কয়ামুকম্সু য়াওখি—মখোয় অযাম্বা অফাওবা স্কোলার ডাক্তনি। সেমিনারগী বিষয় অমুক্কী সেসন্দা ভারত সংবিধানগী নিপানশুবা সেহুন অমসুং মুংখিনগী সেসন্দা—"পৃথিবীদা মীওইবা কান্তলুপকী মরাইবকনি। পুম্না ভারতকী দেলিগেৎ ১৫০ অমসুং মীরৈবাক্কী দেলিগেৎ, ৫০ পুম্না স্কোলার ২০০ নি ওসি তিল্লিবা। সভা অসিদা সেণ্টর অসিগী প্রসিডেণ্ট প্রোফেসার পালনা সভাপতিসু ওইনা কম্পিয়ারসু ওইগনি অমসুং অথোইবা অতিথি ডাক্তর যোসিনা কি-নোট এড্রেস তৌগনি পেপর পাবিগদবনা অমুক্কী সেসন্দা ডাক্তর পাটনাইক অমসুং মুংখিনগী সেসন্দনা প্রোফেসর রাওনি।

ঐহাক মণিপুরদগী দেলিগেৎ ওইনা সেমিনার অসি য়াওরুই। পুং তরা তাবদা রেজিষ্ট্রেসন লোইরগা নরুবদা লৈরিবা স্নেক্স হৈগুগী চা কপ অমা থক্লগা কনফরেন্স হোনদা চংলে। পুং ১০—৩০ মিঃ তাবদা ফংসন হৌরে। ইণ্ডিয়া ইণ্টরনেসনেল সেণ্টরগী সেক্রেটারী প্রোফেসার কিষনা চেয়ারমেন অমসুং অথোইবা অতিথিবু দাইজদা কৌথংলগা লৈপরেং হত্তুনা ফমফমদা ফমহল্লগা দেলিগেৎ ময়াম্বু তরাম্না ওকপগী তাবন

অমা পীরে। অদুগা থৌরম অদু চেয়ারমেন্দা শিন্নরম্লগা প্রেসিদিং রেকোর্ড তৌনবা মাগী ফমফমদা ফমল্লে।

চেয়ারমেন প্রোফেসার পালনা ডাক্তর যোসিবু কি-নোট এড্রেস তৌননবা কৌথোরক্লে। ডাক্তর যোসিনা মাগী ভাষন্দা হায়খি—"খৃঃ১৯৪৭ কী আগষ্ট থাগী তাং ১৫ গী নোংয়াইদা বৃটিসনা ভারত থাদোকখ্রবা অমসুং ভারত ওাকপগী থবক ভারত মচাশিংগী মখুত্তা শিন্নরম্বা মতমদা ভারতবর্ষবু ইণ্ডিয়া অমসুং পাকিস্তান কৌহনা অনি থোক্লা থায়দোক্লগা থনম্মী। ইণ্ডিয়ান ইউনিয়ন অসিসু বৃটিশ ইণ্ডিয়াগী গবর্নর অমসুং চিফকমিসনরগী প্রদেশ মাপন অমসুং ইণ্ডিয়ান ইণ্ডিয়া নিংথৌ পানবা নোটিভ ষ্টেট ৫৫০ রোমগনা শারম্মী। নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংনা ইণ্ডিয়ান ইউনিয়ন নত্রগা পাকিস্থানদা যাওনীংবা লৈবাক্তা যাওবা য়ারম্মী। ষ্টেট খরনা পাকিস্তান্দা য়াওগ্রে অদুগা অতৈ নিংথৌপানবা লৈবাক পুম্বনা সরদার পেটেলগী লমজিং মখাদা ভারত্তা য়াওশিনহন্দুনা খৃঃ ১৯৫০ ইংগী জানুয়ারী তাং ২৬দা চংনবা হৌবা সংবিধানগী মতুং ইন্না ভারত্তা ষ্টেট ১৪ অমসুং ইউ-নিয়ন টেরিটোরী ৬ থক লৈখি। ভারত রিপব্লিক ওইরে। অদুগা সংবি-ধানগী ৮ শুব সেড্যুলদা লোল তরামারিথক য়াওখি লোন তরামরীশিংগী মনুংদা সংস্কৃত অমসুং উর্দু লোন নত্তনা ১২ অমদি ষ্টেট তরামরী অমসুং টেরিটোরী ২ গী লোলবা লোন্নি। ষ্টেট ৪ অমসুং টেরিটোরী ২ দা হিন্দি লোন্না অফিসিয়েল লেংগোইজ ওই। ষ্টেট অমা অমসুং টেরি-টোরী অমমমদা বাঙ্গালী অমসুং তামিল লোন্না ওই। ষ্টেটকী লোন ওইদবা উর্দু লোন হিন্দি ওাংনবা ষ্টেট খরদা অদুম ওাগুনৈ। অদুগা সেড্যুলদা য়াওবা সংস্কৃত লোন্দি ভারতকী ষ্টেট অমত্তদা লোন্নবা লোন নত্তে। টেরিটোরী অহুমগী লোন্দি সেড্যুলদা য়াওদে। ভারত সংবি-ধানগী ধারা ৩৪৩ দগী ৩৫১ ফাওবগী মতুংইন্না হিন্দি লোন্না ভারতকী রাষ্ট্রভাষা ওইরবনা হিন্দি লোনবু চাওখৎহন্নবা ৮ শুবা সেড্যুলদা য়াও-রিবা লোনশিংগী—মীহুৎ য়াওবা কমিসন অমা শেমদুনা হিন্দি লোনবু

সরকারগী ওইবা থবক্তা ভেন্না হেন্না শিজিন্নবগী রা থংবিনবা অমদি বিচার লোইশঙশিংদা শিজিন্নগদবা লোনগী মতাংদা রা থংবিনবা রারেপ লৌগনি অমসুং মচু পার্লিয়ামেন্টকী কমিটি অমনা খন্নরগা লেপ্পবা অদু প্রেসিডেন্টতা রা থংবিগনি অমসুং মচুগী মতুংইন্না প্রেসিডেন্টনা তৌফম থোকপা য়াথং তৌবিনবনি।

ইণ্ডিয়ান ইউনিয়নদা য়াওরিবা ষ্টেটশিংগী মরম্নাই অফিসিয়েল লেংগোইজদা ষ্টেট ষ্টেট অদুগী মরু ওইবা লোন্না ওইবনা রাষ্ট্রভাষানা ষ্টেট অদুগী লোন ওইদে মরম অসিনা সেডুলদা য়াওরিবা লোনশিং অসি ষ্টেট অমদা নত্রগা অমদা অফিসিয়েল ওইনা লোম্নবা লোম্নি। লম-লমগী লোন চাওথংনবা ভারত সরকারনা লৌবা থৌদাংদা সেডুলদা য়াওরিবা লোন্দা হেন্না খুদোংচাবা পীবনা অতৈ ষ্টেট নত্রগা টেরিটোরীদা অফি-সিয়েল ওইরিবা লোন অমদি অ.ত লোন কয়াসু ৮ শুবা সেডুলদা য়াওহন্নবা ভারতকী মফম খরদা অন্দোলোন তৌরকখি। অদুবু খৃঃ১৯৬৭তা ষ্টেটসু লৈতবা সিন্ধি লোন ৮ শুবা সেডুলদা য়াওখি অদুগা খৃঃ ১৯৯২ দা চহি ৪০ হেন্না অন্দোলন তৌরবা তুংদা মণিপুরী, নেপালী অমসুং, কোঙ্কানী লোন ৮ শুব সেডুলদা য়াওহনখি। হৌজিক লৈহৌরিবা ষ্টেট কয়াগী অমদি অতৈ সাহিত্যগী লমদা চাওথংলবা লোন কয়া ৮ শুবা সেডুলদা য়াওহন্নবা দাবি তৌরক্লি। ঙসিগী সেমিনর অসিদা স্কোলার-শিংনা ৮ শুবা সেডুলগী মরমদা মুন্না খন্ন-নৈনরগা হেন্না খঙলবশিংগী মোং অদু ভারত সরকারদা খঙহনবীগনি।

কিঃ নোট এড্রেস লোইরবা তুংদা প্রোফেসার পালনা সেমিনারগী পেপর পাবিনবা ডাক্তর পাটনাইকপু কৌথোরকখি। ডাক্তর পাট-নাইকঃ—"ইকাই খুম্নজরিবা অথোইবা অতিঠি, সভাপতি অমদি সেমিনার অসিদা য়াংশরিবা অহৈ অশিং দেলিগেৎ পুম্নমক!

ভারতবর্ষ হায়রবা দেশ অসি লিরবা দেশনি। পুরাণদা জম্বুদ্বিপ হায়না খঙনবা লমদম অদুগী মমুংদা লৈবা বর্ষ অমনি। থাইবা

মরাইদগী হৌনা ভারতবর্ষ - তাং কয়ামরুম অমদি তোঙান তোঙানবা লোন লোনবা মী কাণ্ডলুপ কয়ামরুম লৈবা লৈবাক্কী। ইতিহাসকী খোঙচৎ মতুং ইন্না অলৌবা মী কাণ্ডলুপ কয়ামরুমস্মু লৈবাক অসিদা লাক্কুনা খুন্দা লৈতাখ। হৌজিক তৌজিক ভারতবর্ষ অসিদা দাইলেক্ট থারবদি তোঙান তোঙানবা লোন্নরিব লোন ৮০০ হেন্না লৈ। অতুম অতুম ওইনমক ভারত পুম্বা খুঙনবা ঙাঙনবা লোন বেদগী মতমদগী অতুম লৈরকই। বেদ পুরানগী মতমদা দেব ভাষা সংস্কৃত লোন্না লিংখা ফ্রাক্কানি বৃটিশকী মখাদা লৈরিবদা ইংরেজী লোন, ভারতনা মনীং হুম্ববদা হিন্দিনা রাষ্ট্রভাষা ওইরি। অতুবু ষ্টেট ষ্টেটতা লম লম অতুগী লোন্না ষ্টেটকী লোন ওইনা শিজিন্নরি। ভারতকী সংবিধান শেম্বা মতমদা সংবিধানগী ৮ শুবা সেডুলদা লোন তরামরী য়াওখি। করম্বা মওংদা লোনশিং অতু চাপথিবনো হায়বগী চপচাবা মরম খঙদে। মীশীং য়াম্বনা ঙাঙবা, ষ্টেট ষ্টেটকী অফিসিয়েল লোন ওইবা, সাহিত্য মপুং ফানা চাওখৎপনা মচাং ওইতুনা সেডুলদা য়াওহনবগী মরম ওইরবদি মচাং অহন্মক শুনা ওইদবা সংস্কৃত হায়বদি সাহিত্যদা ইনাক খুল্লবস্মু ষ্টেট অমত্তগী লোন ওইদবা মী অমত্তনা ঙাঙনরবা লোন ৮ শুবা সেডুলদা য়াওরি। অতুগা ঙাংদি ঙাঙনরিবা সাহিত্যস্মু লৈরবা ষ্টেটকী লোন্দি ওইরবা উর্দু লোন য়াওরি। অতুম্নদি ওইরগা মশাগী সাহিত্যস্মু ইনাক খুল্লবা ষ্টেটকী লোনস্মু ওইরিবা ঙাঙনরিব লোন কয়াদি য়াওদ্রি। মরম অসিনা সেডুলসিদা য়াওবগী মরম চপ চাবা পীবা ঙমদে। অতুবু সেডুলদা য়াওরবা লোন্না য়াওদবা লোন্দগী খুদোংচাবা কয়ামরুম হেন্না ফংই। অসিগুম্বা পুদোংচাবসি ফংনবা সেডুলদা য়াওদ্রিবা লোন অতৈনা সেডুলদা চলংম্নবা অন্দোলন চত্থরকই। অতানবা অন্দোলনগী প্রেসরদা সংবিধান শেমদোক্কুনা খৃঃ ১৯৬৭ তা সিন্ধি লোল সেডুলদা য়াওহনখ্রে। মসিস্মু করম্বা খলদা ওল্লগা য়াওহল্লিন্নো হায়বা খঙবা ঙমদে। অতুনা মশাগী সাহিত্য ইনাক খুল্লবা ষ্টেটকী লোনস্মু ওইরবা লোন অতৈনা

সেডুল অসিদা য়াওননবা দাবি কনখৎলকই। অমরোমদা সেডুল অসিদা য়াওবনা খদোংচাবা। তল্লা ফংবত্তা নত্তুনা মশাগী মর্য্যাদা লৈরবনি হায়না লৌনরকপদগী লোন অতৈস্মু সেডুল অসিদা য়াওনবা অকনবা দাবী তৌরকই। য়াম্না কন্না দাবী থাঙ্গৎলকপা অন্দোলন তৌরকপদি মনিপুরী লোন্নী। চহি নিফু হেন্না অন্দোলন তৌদুনা অকনবা দাবী তৌরবা তুংদা খৃঃ ১৯৯২ দা মনিপুরী, নেপালী অমসুং কোঙ্কানী লোন ৮ শুবা সেডুলদা সংবিধান শেমদোকুনা য়াওখ্রে। হৌজিক লৈহৌরিবা ষ্টেটকী লোন ওইরবা কয়া, অমদি অতৈ লোন কয়াস্মু সেডুল অসিদা য়াওননবা অকনবা দাবী তৌনরক্লী অসুং মসিনা মমৈদদি ভারতকী ইন্টিগ্রেসন কাযরকপা য়াবগী মরম ওইবা য়াই মযেক্কীদি ৮ শুবা সেডুলদা যাওরিবা লোনশিং অসদা পীরিবা খুদোংচাবা পুম্বসি ভারতকী লোন খুদীংমক্তা পীফম থোকই। মদুনা ডিমোক্রেসিগী চপ চাবা নিয়ম ঙাকপা ওইগনি। ডিমোক্রেটিক কন্ত্রি অমদা মী অমগা অমগা ষ্টেট অমগা অমগা রাজ-নিতিগী মিংয়েংদা চপমান্নবা য়েংবা তাবনিনা অর্থনিতিগী মিংয়েংদস্মু থেন্নবা য়েংফম থোক্তে অদুনা সেডুলদা য়াওবা য়াওদবা লোন হায়দুনা খায়-দোকপসি হৌজিক মরম চাদ্রে মতমগী চুনদ্রে হায়না লৌবা য়াই। মরম অসিনা নিপানশুব সেডুল অসি দরকার লৈত্রে অদুনা মসি মুৎ-থংপনা হায়বদি সেডুল অসি লৈহন্নবনা ভারতকী অপুনবা ঙাকপদা মতেং পাংগনি অমদি ডিমোক্রেসিগী মিংয়েংদা চপমান্নবা য়েংবা হায়বস্মু ওইগনি। অদুনা মীচণ্ড মীথায নাইদবা সমাজ থম্নবা অমদি ভারতকী অপুনবা অদু কাযদনবা তোঙান তোঙানবা লোন লোনবা কাংলুপ কয়ানা মশাগী আইডেন্টিটি ঙাক্নবা হোংনবদা ৮ শুবা সেডুলদা য়াওবা হায়বসিনা প্রেসটিজ ইস্যু ওইহল্লুনা য়াওবা ফংদবা কাওবুনা মচেং মচেং কায়শিন্নুনা ভারত অসি মচেং মচেং তাবদগী কন্ননবা ৮ শুবা সেডুলসি থমদবনা করে।

সেমিনার পেপর পাবা লোইরে। থর-নৈনবা হৌরে। সভা-পতিনা শিনবা মতুং ইন্না থর নৈনবদা পাটিসিপেন্ট ওৌপদবশিংগী মিং পিখংনবদা মণিপুরদগী ঐছাক নাপালেও অমদি মিজোরামদগী প্রোফেসার সৈজা অমদি ডাঃ লাংজনীং, গারো হিলসতগী প্রোফেসার মরাক, খাসিগী ডাঃ লিংদো। অদুগা নেপালীগী মিস্তৎ ওইনা প্রোফেসার গুরুং লোয়নবা মরাঠী, হিন্দি উর্দু, সিন্ধি টামিল কোঙ্কানীনচিংবগী মিহুৎকী মিং পীখনেখি।

ঐগী মতাং লাকপা মতমদা ঐনা হায়খিঃ "ডিমোক্রেসী চৎপা লৈবাক অমদা মী অমগা মী অমগা রাইট চপ মান্নে—মান্নকম থোকই। অদুবু ভারতবর্ষদদি মত শুরুওই ওইদে কনিসটিট্যাসন ফাদরশিংনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা ল্যম অমসু মীশিংবু চপ মান্ননা য়েংদে, তোঙান তোঙান লৌই চপ মান্নবা রাইট পীদে - মতুগী প্রমাণদি ভারত সংবিধানদা যাওরিবা সেডুল কয়ামরুম অসিনি। মরু ওইনা অহানবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা অমসুং নিপানশুবা সেডুলশিং অসিনি।

অহানবা সেডুলদা হৌজিক য়াওরিবা ষ্টেট ২৫ অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরী ৭ অসিনা ভারতকী সাসন মখল অনিগোন্না তৌরি, ইউনিয়ন টেরিটোরীদা লৈবা নাগরিকশিংনা ষ্টেটকী নাগরিকশিংনা ফংবা রাইট অদু ফংদে হায়বা উংলি। অহানবদা ষ্টেট ১৮ অমসুং টেরিটোরী ৬ থক লৈরম্বনি। মতুদা যাওবা মণিপুর -পার্ট সি ষ্টেট ওইরম্বদগী ইউনিয়ন টেরিটোরী ওইনা হন্দ্রনখিবা ভারত সংবিধান চংনরবা মতুং চহি ২২ হেন্না অন্দোলন তৌদুনা দাবী তান্নলা তুংদা খৃঃ ১৯৭২ দা মপূং ফাবা ষ্টেট ওইখি। অগুম্না ৫ শুবা অমসুং ৬ শুবা সেডুলদা সেডুল এরিয়া অমসুং ট্রাইবেল এরিয়া থায়দোকুনা তোঙানবা সাসনগী পথাপ থম্লী। সেডুলদা য়াওবা কাস্ত অমসুং ট্রাইবসিংগী জোব রিজার্বেসন থমদুনা মথোয়বু ভারতকী নাগরিক অতৈপা মান্নবা মিংয়েলদা য়েংজি। অদুম্না ৮ শুবা সেডুলদা য়াওবা লোন তরামন্নাতবু থোইদোক্না খুদোংচাবা পীরম্লি। চহি ৪০

হেন্না অন্দোলন চংথরবা তুংদা খৃঃ ১৯৯২ তদা মণিপুরী, কোঙ্কানী অমসুং নেপালী ৮ শুবা সেডুলদা য়াওবতা গাইরি। হৌজিক ৮ শুবা সেডুলসিদা য়াওদবা লোন ভারততা মশীং খিঙমদনা লৈরি।

অতুনা মান্নদবা মিংয়েং, মান্নদবা ত্রিংমেন্টনা থল্লবা অমদি সাসনগী হিরমদ-কাও ডিমোক্রেসিগী স্পিরিট চপ চানা ইন্দ্রিবা ভারততা ৮ শুবা সেডুল লৌথোকপতনা করম্না মান্নবা সমাজ, মান্নবা ত্রিংমেন্ট, মান্নবা সাসন, ডিমোক্রেসি পুরকদৌরিবনো ? ৮ শুবা সেডুলতনা করম্না নেসনেল ইন্টিগ্রেসনদা অকায়বা পীরিবনো থনফম থোক্কবা রানি। ৮ শুবা সেডুল মুথংলগা ভারতকী ইন্টিগ্রিটি লেঙদনা লৈরগনি হায়বগী অরেপ্পা প্রমান লৈরবরা ? চহী নিফু হেন্না খুদোংচাবা লৌখ্রবা লোন তরামরীনি। হন্দক্কা চহি নিফু হেন্না অন্দোলন তৌজরগা মণিপুরী, কোঙ্কানী, নেপালী সেডুলসিদা য়াওজবতা ঙাম্নরিঙৈ অসিদা, খুদোংচাবা থর কংবা য়াবতু ৎংহল্লগনুসি ৮ শুবা সেডুল অসি মুথংলসি হায়বা প্রস্তাব অসি লোন অহুম অসিবু ৎংশিবিদবা থৌওইবিদগী খুদমনি।

মরম অসিনা ভারতকী নাগরিক খুদীংমকপু চপ চাবা ডিমো-ক্রেসিগী মতাও কংহনগে চপচাবা মান্নবা মিংয়েংদা থমগে হায়রবদি মথক্তা পনখ্রিবা সেডুলশিং অহানবা, মন্না শুবা, তরুকশুবনচিংবা অসিমু মুৎথংলগা সেডুল কাম্ত সেডুল ত্রাইবনচিংবা থম্বা সেডুল পুম্বা, কাম্ত ত্রাইব রিজর্ভেসনচিংবা মুৎথত্তুনা মান্নবা ত্রিংমেন্ট কংহল্লবা তুংদা ৮ শুবা সেডুলসু মুথংকম থোকই। পুন্নমক লেঙদনা লৈরগা ৮ শুবা সেডুলতমক মুথংপসি য়াকম থোক্কে অমসুং মতুনা পাম্নিবা আর্টিকেল অতু শুক-ফং কংলোই।

হৌজিক নেসনেল সাহিত্য একাদেমীনা ভারতকী লোন পুম্নগী মনুংদা লোন ২২ থক সাহিত্য অমসুং মশাগী মতীক মগুণ লৈরবা

লোয়ি হায়না শক খঙলি। মসিগী মতুংদা লোন ১৮ তনি হৌজিক সেড্যুল-সিদা য়াওরিবা অহুনা সাহিত্য একাদেমীনা শকখঙলবা লোনশিংবু সেড্যুলসিদা য়াওহনবা অচুগা অতৈ লোনস্থু চাওখৎলক্তুনা সাহিত্য একা-দেমীনা শকখংলবা তুংদা ৮ গুবা সেড্যুলদা য়াওহনবনা সেড্যুল অসি মুৎ-থংপদগী হেন্না ফগনি অমসুং অতৈ লোনস্থু চাওখংনবা খুদোংচাবা পুম্না পীবনা হেন্না ফগনি নাংই।"

ঐহাকী বারম্ব অসি খাই পুম্বনা য়ানচুনা বারেপ অসি লোখি। প্রেসিডেন্টনা বারোই ভাঙলবা তুংদা শিল্পিবশিংগী মীহুৎনা মন্নাদু থাগৎ ন্নাহৈ পীরবা তুংদা অয়ুকী সেমিনার লোইশিনখি।

নবেম্বর ১৯৯৩ ইং

# ১২

# নুমিৎ তাবা

নুমিং তাবা মখল য়াম্মী ।

মখল মখা মচু কয়ানা ভিন্নবী শক্রোন কয়া লৌরিবী মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম যেংউবদা মিংক্ষম হোংবা য়াদে । মহৌশা লাইরেম্বীগী মিংক্ষম হোংবা য়াদবা ফজবা শক্তমশিংগী মরক্তা নুমিৎ তাবা অসিসু অমনি । নুমিৎ তাবগী ফজবা শক্তম মী কয়ানা থৌওইনা নুমিৎ থূদীংগী য়েংহনা মবুক্লীংদা পেঞ্জবা ফংজরি । নুমিৎ থোকপা অমসুং তাবা মক্ষম মক্ষমগী মতুং ইন্না শক্তম তোঙান তোঙান্নি, ফজবসু থেন্নে । অহুবু ফজবা হায়বহুমদি অহুম মরে—মহুমক্তনি মী কয়ানা নুমিৎ তাবগী দৃশ্য তন্তনা য়েংনরিবা !

ভারতবর্ষগী মফমদা নুমিৎ তাবগী ফজবা য়েংক্ষমশিংগী মরক্তা রাজ-স্থান্দা লৈবা "মাউণ্ট আবুগী সনসেট পোইন্ট" মমিং চৎলি । খৃঃ ১৯৬০ ইং ঐহাক্না এন সিসি অফিসার ওইরিঙৈগী রানি । চহি অসিদা মণি-পুরগী এন সিসি কেডেট নিপান ( নুপীমচা মরী নুপা মচা মরী ) অমসুং এন সিসি লেডি অফিসার অমগা লোয়নননা মাউণ্ট, আবুদা "সমর কেম্প" য়াওবা চৎখি । থা অমগী কেম্পনি । মে থাগী তাং ১৫দা ইম্ফালদগী বসতা ডিমাপুর, ডিমাপুরদগী ত্রেন্না মাউণ্ট আবু রোড অমসুং মহুদগী বসনা মাউণ্ট আবু তম্না চৎখি । লক্ষ্ণৌ অমসুং আগ্রাদা

লুংখিল অমমমম পন্দুনা লক্ষ্ণৌদা মী লৈবিক্রবা নবাবকী কোনুং অমদি বড়া অমসুং ছোটা ইমামবাড়া অদুগা আগ্রাদা পৃথি, কাওরবা তাজ-মহল অমসুং আগ্রা কোর্ট য়েংলকখি। ট্রেন্দা লেডি অফিসার অদুগা ঐগনা ফাষ্ট ক্লাসতা অদুগা কেডেটশিংনা সেকেণ্ডক্লাসতা লাকখি লেডি অফিসারদুগা ঐখোয় অনিতা বোগী অমদা তোংখিবদুদা কেডেটশিং অদুনা করি ওাওনখি তা-হৌব্রা ?

মাউন্ট আবুদা মুপা অমসুং মুপীগী কেম্প তোঙান তোঙাল্লি অফিসার অনি অনি টেণ্ট অমমমদা লৈ। ঐগী টেণ্টতা লৈমিন্নবা অফিসার—"টেণ্টমেট" শ্রীকুমার পঞ্জাবকী অম্বালাদগীনি। তান চারুদুনা ঐখোই অনিমক রাখল মান্নবা টেম্পারামেণ্ট চানবা অফিসার ওইরম্মী। ঐখোই অনিগী মান্নবা কয়াগী মরক্তা এক্সকর্সন অমসুং প্রকৃতিগী দৃশ্য য়েংবনি। অদুনা আবু অমসুং মনাক্তা লৈবা য়াবা কয়া য়েংবা ঙম্মনা চৎমিন্নৈ।

অহানবা লুমিত্তো কেম্পতা ওওতানা লেনবা হোৎনবদা হৌব্রে। মথংগী লুমিত্তা কেম্পতগী পওথাপ থাগুন. লৈবা "নখি লেক" য়েংবা কুমার ইবানি চৎমিন্নৈ. য়াংলবা চীংদোন্দা লৈরম্বা, ফজবা লুরবা ঈশিংনা থল্লবা পাৎ—"নখি লেক"—মহৌশানা ফজরবা মফমদু খুৎশেম্না অমুক হেন্না ফজহনবতা নত্তনা লুওাইরবা পোথাফম ওদ্দোক্রে। মপান অকোয়বা নুংনা চল্লি কুমথফম শিড়ি নুংনা চল্লি—নৌনা হোনবা হি কয়া তাওরি—মতুদা ফিরোন কে-না মৌনা শেৎলবা পাথং লৈশাবী জুরা জুরা তোংবা হি, পাথঙ ওাক্তা নত্রগা লৈশা ওাক্তা নত্রগা ইমুং মনুং তোংবা হি কয়া হোন্দুনা শান্নরী। পাংকী অকোয়বা বিজুলী থাওমৈ ওাল্লা থাল্লি পাংকী মপান অদু ফজনা কন্নবা নাপীগী ফরাংজিনি, মরক মরক্তা শাংকায়রবা লৈ পাম্বী পয়েং পয়েং হৌবা লৈকোল্লি— লুমিং তারমদাইদা কোইখোরকপা কয়াগী পোথানকল্লি। ঐখোয় অনি মনাকী কৈথেল অদুদা

মাদ্রাজ হোটেল অমদা দোশা অমমম চায়গা পাং য়েংবা থোরকখি। পাং অদু ফজৈ ঐখোয়সু হি তোংদুনা কোয়নীংই।

ঐনা হংখি—"মিষ্টর কুমার" পাং অসিগী মমিং "নখি লেক" কৌরি-বসি করিগীনো ?

"মতম অমদা হিংচাবশিংনা তাম্বোকপীরবা লাই ময়াম মকম অসিদা লোংলম্মী। মখোইনা হিংচাবশিংনা উদনবা লোংকম কোম অমা মখুজিন্নুনা তৌখি। কোম অদু মতমগী মতুং ইন্না ঈশিংনা থল্লবা পাং ওইখি। খুজিন্না তৌখি হায়দুনা পাং অসিগী মমিং "নখিত্রুদ" ইংরাজিদা "নখি লেক" কৌখি

অহানবা চয়োল লোইবগী থাওজ নুমিত্তা ছুটি ফংদুনা ঐখোয় অনি "ব্রহ্মকুমারী আশ্রম" য়েংলুই। ব্রহ্মকুমারী থর উনদুনা রারী রাতাই শারুই। অতুদগী ঐখোং "অচলগড়" লানবন য়েংলুহ। ময়ায় ওইবা যুগকী লানবন্নি। যেংদ অরা-পুঙাহ য়ান্নখি নুমিং অতুগী নুমিদাং-রাইরমদা "দিলবার" মন্দিরদা ভগবান মহাবীরগী সন্ধ্যারতী য়াওরুই। দিলবারা মন্দির নুংগৈনা শাবা মথল কয়াগী লৈরোং হংলবা লাই-শঙনি। মোগল সম্রাট সাহজহান্না তাজমহলদা মঙত্রিবৈ চহি চাত্রেংকী মমাঙদা পারামার নিংথৌ শংগী মন্ত্রি বিমল শাহ অমসুং তেজপালনা নুংঙৌদা মশুশিব' মঙনি। ফজবগী শীথাবা ওমদে। রাজপুতশিংগী থুংশা হৈবগী অপেংবী খুদম অমনি।

সন্ধ্যারতী লোইরগা মিকুপ থরদং তুমিন্না ধ্যান তৌদুনা ফম্লম্মী। কুমারনা হায়খিঃ "ঐদি লাইশঙ অসিদা ভগবান মহাবীরগী মুর্তি উজবদা পুক্নীং শান্তি ফংই। পুম্নমক কাউথোক্লুনা মিকুপ থরদং পুক্নীং ঈংনা লৈবা কংজবা কয়াদা নুঙাইগ্রবা।"

মথং চয়োল পাঙজদা য়েংলুহ- "রামতেক" "গৌমুখি" অমদি "আগস্ত আশ্রম।" শারবা রাজস্থানগী মরু লমদমদা লৈরিবা উপবন

ওইরিবা অঙ্গৈবা মকম অমদি লাইনীংকম আশ্রম পুক্নীং নৌংনবা ফাগানি অশা কয়াগী হৌরকখ্রে। মথংগী নোংমাইজিং মুমিত্তা ঐখোয় গুরুশিখর কারুই গুরুশিখর চীংদোম হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবগী মনুংদা খ্ব য়ৎগী রাংবা মফমনি গুরুশিখর চীংদোম্দগী মায়কৈ মখা শান্দোকখিবা পাল্লবা দক্ষিনাত্যগী লমদম য়েংবদা পুক্নীং হুই।

কেম্পস্ত লোইশিল্লকাদোরে অতুমশুবা চয়োল লোইবগী নোংমাইজিং মুমিৎকী মুংশিলদা ঐখোয় খোঙনা চৎলম্মী। মতম কুইনা আশা তৌরব্রবা "সনসেট পোইন্ট" হায়না মুমিৎ তাবা য়েংননবা।

চীংগী চীংচেপ্ত ফজনা ফমফম শেম্বা সিন্দা ফমজনা মায় নোংচুপ ওন্নুনা পাল্লবা মাঙলকী লম্বাওদা তপ্প তপ্পা তাথরক্লিবা মশেক মঙাল চম্বক্লবা কোরৌহনবা তাংদনবা মাগী শকুম য়েংলি ঐখোয়না। মুমিৎ অহু অতিয়া নৈচিল থাংলম্মী- অহানবা য়েংথোকখিবদা পাক উরমদে।

"খাজপাই, মুমিৎ কদাইদা? উবরা?"

"আদগীসি উত্রিবরা?"

মাগী খুদোঙ্গী মতোন-লোমদা য়েংখিবদা আ-দা নৈচিল মরক্তা মশেক মঙাল অমত্তা যাওরবা মুমিৎকী মকোয়হু উরম্মী। মুমিৎ অহুদদি মুমিৎ অসি তাগদৌরে খল্লুবদা রাবনরা করিনো- মঙালগী মপেমপে শাংনা শাংনা চেক থাদোকপা ঐনা ইঙ্ফালদা উখিবা-মুমিৎনা নোংচুপ্তা তাপ্রম চীংজোংদা লেপ্পা মতমদা উবা মঙালগী মপে মপেহু উরমদে। কুমারনা হংলকখিঃ-

"মিষ্টর সিংহ। মণিপুরদা মুমিৎ তাবা করম তৌই। ঐখোয়গী অম্বালাদদি অচাওবা নোংচুপকী লৈমায় লৌবুক লম্বাওদা তন্দাইদা অহুম অহুম লূপথখি

"ঐখোয়গী মণিপুরদদি চীংনা কোয়না পনশাবনিনা নোংপোক চীংদগী থোরকই অহুগা নোংচুপ চীংদা তাই। চীংদোন্দা তাইহাক্কং

কমছুনা পোখায়গা—তায়মপাইগী দৃশ্য হাইকেৎ য়েংলমগা চীংগী মক্কমদা হুৎ লৈথখি। অমস্তুং অতিয়া সুম্মায়দা মঙালগী মপৈ মপৈ ওইনা য়াংনা হাইগৎনা থনমছু তপ্পা তং। অঙাংবা নোংজাবী ওনখি অমস্তুং অমম্বনা তপ্পা তপ্পা মছুৎ শিনজিল্লকখি।'

মতমছুদদি ঐহাক মণিপুরগী তমেংলোং চীংদগী জিরি তম্পাক লোমদা মুমিং তাখিবগী দৃশ্য উত্রি। খৃঃ ১৯৬৫ ইংদা ঐনা তমেংলোংগী এস ডিও ওইরবা তুংদা উখি মুমিং তাবগী ফজবা দৃশ্য তমেংলোংদগী উবহু য়োমকুদা শিকার হায়বা লাইরিক্তা য়াওরিবা অথুই লম্বী খেবুচীং হায়ব হারী অহুদা শীংথারিবা দৃশ্যছুনি। ফনফকৈ। ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বাম্বা নোংচুপ ওন্না য়েংবদা পাক্লবা ওাঙশঙ ওাঙলবা মুমিংকী মকোয়না ব্রহ্মপুত্রগী লাইতম্মুংদা তং তপ্পা লুপথখিবা পূক্লীং গুম্ফংপা শক্তমনি মছবু উরুবদা বিশ্বকবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পূক্লীং পুংশুম গুম্ফংখি হায়। অমুক চহি খরগী তুংদা কন্যা কুমারীদা সমুদ্রদগী থোরক্লগা সমুদ্রদা তাখিবা মুমিং তাবগী দৃশ্য উখি পূক্লীং হুখি।

"অছুনদি মুমিং অসি চীংলৈবাক্তা চীংদগী থোরক্লগা চীংদা তাবা, উরৈবাক্তা উরক্তগী থোক্লগা উরক্তা তাবা অছুগা হাঙলবা তম্পাক্তনা তম্পাক্তগী থোরক্লগা তম্পাক্তা তাখিবা ওইবা তাইদনা।

"হোয় অছুমক ওইবা য়াই। অদুবু তমেংলোংদদি চীংদগী থোরক্লগা তম্পাকী অহাঙবা মুম্মাইদা তাখি।"

"মুমিং তাবনা ফজরিসি কদাইদনো?"

"মচু মখল মখলগী ফিজোন শেতুনা শক্রোন মখল মখল পুথোক্লীবী মহৌশা লাইরেম্বীগী শকক্তম তায়মদাই মুমিংকী মশেক্তা য়ৈবদা পূক্লীং মালহৌননা ফজনা নংনা চৌজিক্তা উরিবসিবু ফজদে হায়গেরা?"

"মছুদি মপানগী মিংকী কুম্মৈনি। ঐনা হায়বদি তাথরক্লীবা অমুক হন্না উররোইদবা মতম অছুগী মুমিং উরুরগা ফজবদি লাইরদনা অমুক উররোই থন্নুবদা য়াত্রনে—? সিবু ফজবা কৌবা য়াত্রনে?

"মুংগী ওইবা রাথলগী মায়কৈদগী য়েংলবদি হৌখ্রগনি লোইখ্রগনি অমুক উররোই থম্মুবদা মুঙাইবগী মহুত্তা অরাবা ওইবা য়াই। থোই-দোক্লা মীগী লাইবক্কী মুমিৎ তাখিবা থম্মোয় কায়বা শক্তুম্নি।"

"করম্না ?"

"য়েংউদনা— থবক্তুগী পোত্থারবা পেনসন ফংলবা অফিসার, কাপ-তাইন্নবা সিকাই প্রিভি পর্স ফাওবা ককথৎপীখ্রবা ক্ষমতারবা নিংথৌশিং— থম্মোই কায়রবা শক্তম নত্রা মথোইদো ?

"মোগল সাম্রাজ্য মুমিৎ তাথরে, ব্রিটিস সাম্রাজ্য মুমিৎ তাথরে রোমান সাম্রাজ্য মুৎথরে মথোইগী শক্তমদি কন্দৌবা ?"

"নীংবা কায়নিঙাইনি ?"

"অদুবু মথোইনা লৈরম্বা য়েংশিনবিদ্রবা ভেক কায়বা ফুরা দলান চেকপন কয়া অথাপ অথাপ্পা মযম কয়াদগী লাকুনা নোংমা কাংদনা মী কয়ানা য়েংনরি— সিবু ফজে হায়না য়েংলিবা নত্তরা ?"

"য়েংবগী মরম কয়ামুক লৈরম্ব। য়াই। অদুবু ইংরেজশিংনা রেঙ্গুন্দা বন্দি থমখিবা মোগলগী ইকোন কোনবা নিংথৌরেন্দুনা করিগুম্বা হল্লকুনা লাল কিলাসি য়েংলরবদি মহাক মুঙাইগদ্রা ? মোগলগী মুমিৎ তাখিবসু ফজে হায়গদ্রা ?

"মচুদি মশাগী রাথলগী মতুং ইনগনি।"

"করম্না ?"

"মোগলগী মুমিৎ তাখ্রবা মোগল সাম্রাজ্য লৈত্রবা মতমচুদ-কাও মানা ঐদি মোগল সম্রাটনি হায়না খল্লবা—মীনা মাবু মোগল সম্রাট ওইনা ব্যবহার তৌকম থোকই হায়না খল্লবা—মহাক মীচম অমা ওইরে খনবা ওমদ্রবা—অদু ওইরবদি অরাবনি—য়েংহৈদবা শক্তমনি।

"অহুবু ওয়কলিবা মতমগী য়াওন্দা মতম খণ্ডনা মশা ইংলবা মহাক্কী মকমদদি তৌখ্রবা মিংচংনা তাখ্রবা নুমিংকী ফজবা উহনগনি।" চাইনাগী অকোনবা নিংথৌরেনহুদি মহুমক উখ্রবনি।

"অওইবনি ঐগোম্দা হংলবদি ঐনা হায়গনি নুমিং তাখ্রবা সাম্রাজ্যশিং অসিনা মুত্তাইবা ফজবা উংলি—রাথলগী ফজবা পুরক্লী মহু করিগুম্বা নুমিং তায়মত্রবদি ফজবহু লৈরমদবা য়াই—"

"কররা"

"সাম্রাজ্যশিং অসিগী নুমিং তাখিবগা লোয়ননা তাপ্রে সাম্রাজ্য অহুগী শুহং নিটি মাঙখ্রে মীগী মমল লৈহল্লমদবা পূম্বা। সিবু ফজদয়নে—নুমিংপু তাখ্রবা অহিংবু ওইরবদি অনৌবা নুমিং অমা অমুক উরনি মহুদা অকবতা লৈবগনি ফত্তবা পূম্বা অমুক হল্লক্লরোই থনবা রাথল-সিবু ফজদে হায়গেরা ?

"অওইবনি কবি ছেল্লীনা হায়খি—নিংথমধা লাক্লবদবু উনৌ রানৌ থা—থাপ্পা লৈহৌবা য়াবরা ?"

"হোয়নে লায়রবা মচা! শগোল তোংবা তপ্পো।"

নবেম্বর ১৯৯৩ ইং

১৩

# হংলাই

"কনানো অসিবো—মুংথিলদা লালক্তেন থাজতুনা চৈতুপ পাররুনা চংলিবসিবো ?

"বামন সনামতুমনে—মচানুপা স্কুলদা থিল্লিবনে ।"

বামন সনামতুম জাপান লান মমাঙদা উরিবোক্তা লৈরম্মী। মীনা হায়নৈ এহাক ভুং শারৈ ।

"করিগীনো মানা লালক্তেন পুরিবা চৈতুপ পায়রিসিবো ?

"মৈসি ভুংনা য়ায়া কি হায়। লাইসু চৈদি কিবনি মৈ য়াওরবদি মাগী ভুংতুনা মাবু নমথুনা হাংকে তোই হায় ।"

"অওইবমক মাবু ভুং শারৈ হায়বরনে ?

"ইস মাগী ভুং অসিদি ফগুবা জাংনি। মানা মুমিং খুদীং অমাংশঙদা রাইরম ফজনা তৈথোক্লগা চৈরুকপানা তাজগা লোইননা খুরুম্মী। খুরুম্বা হেক লোইবগা মিকুপ খরগী মমুংদা মাগী লা তাজ অসঙবা অচুগী মথক্তা লুপা ময়েক অমমম মুমিং খুদীংগী থনম্মী হায়।

য়েংউদনা জাপান লান মমাঙ মক্তেক পাই চংলিদৈ মক্তেক অমা থাদরগা পাই অমা হুক্রংলক্লগা মচুদা তম্নকপা ঙমোক কবোক ওথাকপা পাখঙ অমনা চাবা ঙমদবা, পৈশা অনিমক্তেরা খুদীং হেরা শাংবা শরেঙ লৈবা কংলিদৈ কৌ শঙবাইদা মথাই পীরিদৈ, পৈশা অমগী ভাতোন

তোল্লাবা নিঙ্থৌ য়াংথে তৌরিবৈ মতমছুদা পৈশা ৬৪ না শাবা রুপা মরেক অমা হায়বসে য়ামখ্রবা পৈশানি।

"ভাইখো ভাই—ভুং হায়বসিবু করিনো? ভুং শাম্নবা হায়বসিনা কমদৌরি জাংনো?"

"অহল লমম্না হায়নবদি ভুংসি মীশি মীনা মওং চাদনা শিবা মী—শ্রাদ্ধনচিংবা তৌদুনা লাম্ন মশুম পাওখোক্তবা লানবা ওমন্নবা মীরক্তসু লৈবা কংত্রবা লাইরক্তসু চঙবা য়াত্রবা নিরালম্ব ওইদুনা লৈবা অশিবা অদুগী থরাইনি হায়নৈ। মদুবু মত্রগী তত্রগী পাম্বৈনা কাদুনা শিজিন্নরিবা মী অদুবু ভুং শান্নবা মী হায়না শঙনৈ।

অদুগা মীগী থরাইনা ভুং নত্রগা ছিয়াং অথোবা ওইরবা মতমদা লাইগী ফত্তবা মগুন থর কংলদুনা মী ওইরিবৈদগী হেন্না শক্তি লৈ মপাজল কন্নি তৌবা ওমই। অদুগুম্বা মপাজল শক্তি অদু শিজিন্নদুনা ভুং শান্নরিবা মীদুনা মশাগী ওইজ-ওইথক তান্নি। মদুগীদমক ভুং অদুদা মাগী চাকথাক্তি পীবা তাই। মদু পীহৌত্রবদি ভুং শান্নরিবা মীদু অবাবা তাই- করিগুম্বদা মথরাই কাওবা মাঙই হায়নৈ।

অদুগা অসিমসু হায়নৈ ভুং পুন্নিবা মীদুনা শোম্বরক্লবদি মাবু ভুংতুনা নমদুনা হাংলি।"

"অদুনরা সনামচুম্না চৈতুপ- লালঙের পায়দুনা চংলিবদো?"

"মানি মানি, ভুং খঙদে প্রেত খঙদে লাই হিংচাবা খঙদে—মী শা কৈ লোইনবা চৈবু কি মৈবু কি।"

"হোয় চৈবু কিদবা ভিবদি অতাওবনি।

"অদুগা ভুং অদুদি করম করম শিজিবৈ?"

"জাপান লান মমাঙদা ভুং থাজিনবা হায়বা অমা চংনরম্মী। হৌজিকসু করি করিগুম্বা মফমদদি ভুং থাজিনবা হেলোই-লমলৈমা থাজিনবা অপোইবা থাজিমবা হায়বা কয়াসু তৌনরিবনি। মসি ভুং

শান্নবা মাইবনা থন্ন তৌগন্নি। হায়বদি ভুংপু মাগী অপান্বা কণ্ডনবা শিজিন্নৈ।

"ভুংত্তুবু কান্ন তৌহল্লিবনো ?"

"ভুং থা জল্লবা ইমুংত্থু ওং নৈবা, ইমুংত্থুগী মা ঙাওন-কৈন নাহনবা, উপু মন্নুংদগী সনা লুপা লৌথোক্লগা পুন্নকপা মীশিংত্থুবু কিচনবা—ভেংপাক লৈতুমনচিংবা অন্তনা লংশিল্লকপা, মীত্থুনা চাগে তৌরম্বা চাক পুথমগা লোয়-ননা পাইখিবা, অমাংবা চক্ষু লংথন্নকপা তুম্নীবা ফন্নুংগী কাম্বল মৈ হৌত্থুনা চাকলকপা উপক্রম কয়া তৌহনবা মত্থু কননবা য়েংবদা ভুং থাজিল্লিবা মাইব-ত্থুনা য়েংলগা হেক কবা—মত্থুগীদমক অয়েংমন য়াম্না লৌবা অসিনচিংবনি।

অদুগা ভুং থাজিল্লকলিব' মাইবত্থুদগী হেন্না হৈবা মাইবনা থেংন-রুন্নগা ভুংকা লোয়ননা থাজিল্লক্লিবা মাইবত্থু ফাবগী বান্নী কয়া তাখি। সিগুম্বা মতাংদা ভুং থাজিল্লক্লীবা মাইবত্থুগা য়েংলিবা মাইবত্থুগা কাপ্পবা ককা হায়বা মন্ত্র তন্ত্রগী ব' কয়াম্ম লৈ। থাজিল্লকলিবা ভুংত্থু হনবা হায়বম্ম লৈ, করিগুম্বা ভুংত্থু হলহনগ্রবদি থাজিল্লকলিবা মীত্থু মানা হাংলি হায়নৈ—"

"মসিবু থাজবা য়াবা ব্রান্ননে ?"

"ভাই, মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র হায়বসিগু মরৈবনি। মী কয়া ভুং থাজিল-লকপদগী অবাবা নংখিবা ভুং ওক্করুবদগী ঙাওখিবনি হায়বা কয়া ঐথোয় থেংনগ্রে। নওবু মন্নক মন্নক্তা হেল্লোইনা পুগ্রে—লমলৈমনা পুগ্রে—ভুংনা পুগ্রে হায়নবা কয়া তাদন্ননে ?"

"অত্থুবুদি তাবদা নত্তে অমম্ম থেংনরুন্নবনি—মথান্নোমগী তাদ-চাওবগী মচা পুঙোবীত্থু হেলোইনা পুশি হায়ত্থুনা পুং খান মৈত্থুনা মোইবুং খোংত্থুনা কোয়থা থিনরুন্নবনি কংথিত্রবনি। মুশিং হন্নাগী তুংদা শেকমাইদা কৌজেং লৈমগীদা কাতু কান্নন হাইন্নং তুন্নং চত্তুনা লৈরম্বা থেংনরুত্থুনা য়ুমদা পুন্নকখি। হৌজিক কাওবা বা ঙাওত্রি হায়নৈ।"

অহুক্তস্ন নত্তে, থানিস মাইবনা হুইট্রোমদা থাজিনবা ভুংহু টবোহল মাইবনা ফারুবদা নোংঙাম্রিডৈ চেন্নক্ক্‌না থানিন মাইবনা হায়জরৈ হায়হু তাত্রা ? অহুই তুংদগী থানিন মাইবহু অহুম হৌগংখিত্রে হায়নৈ।

ভুং, লমলৈমা, হেলোই, অপোইবসিবু করি মাল্লিদগে ?"

ভুংত্তি অকিবা শকফমনি, য়াংচাউই, মুসিন মুক, মতু জোম জোম লাওই হায় হেলোই অত্তোম্বীদি মশক য়াম্না ফজৈ হায়, লেইম্নমা, হাওরৈমা শমপুবী খোইদি ফজৈ হায়দে ফজদেস্ন হায়দে. অপোইবদি লৈখোইবনি হায়— অহুবু কনাশু ডসেং ডসেংনা উরুবা নত্তেদা—হেক উরম্নগা—উবোই নীংঙম্নগা ম্বাই মাঙখিবা জাৎনি।

"হৌজিক কান্দাদি ভুংসিস্ন মশক য়াম্না ফজরে হায়।"

"হোয়, মন্ত্র যন্ত্র ডম্রনা অশুক চাওখৎলবা পাওদর-মুংদর স্নো ক্রীম অস্নুক য়াম্না থোন্নবা মতমাসদবু মশক ফজদবা হৌনবন্না ? তৌবা ঙম্বা শক্তিস্ন য়াম্না হেন্নম্মনি "

"অদো ভুংকী থবকসিবু শান্নরিব মীহুনা হায়বহুতা তৌবা নত্রা ?" ইনাক্তা ফম্নীবী ইচম্নুপানা হংলকাখ-

"মানে— মহুস্নু থবক মথল অমদগী হেন্না হায়বা য়াদে। অহুগা মাবু হেন্না কনবা অমনা খিংবা নত্রবাদি মহু পাঙথোক্কবা তৌদে।'

"অহুদি ভুংসি হৌজিক কানগীদা হায়নগা রোবোট ডারেনে।"

"হোয় ভুংস্নু রোবোট মথল অমনি। রোবোটপু মৈতৈনা হংলাই কৌই ! হংলাইগী লংহু হেক চিংবদা সলাম তৌই, মখোঙ থাঙংলি মখুৎ থাঙংলি। চিংলু চিংলুবগী মতুং ইন্না মাগী তৌফম খোকপা থবক অমদি তৌই লংচিংলিবা মীহুগী অনীংবা মতুং ইন্না। খেন্নবা হায়ববু হংলাইদি মিংনা উই অদুগা ভুংত্তি উবা ইফং ফংদে।"

"মীওইবাস হৈদি হৈরেকো হৌজিকসে রোবোট শাহুনা শিজিন্ন-রেদো—সাইন্স ফিস্নন্দা মীমক মানবা, মীদোনা রা ঙাঙবা, মী মহুন্না

ফৌন-লোনচং খঙনঃ চংপা ইংলাই কয়াগী য়ায়ী খেংনরমগনি, নত্রা ? হৌজিক মতু প্রাকটিকেলী শাদুনা শীঙ্কিন্নরবনি উরবরসে !"

হৈমা ! "হংলাইসে ব ভাঙইনৈ ।"

"ভাঙই ভাঙই—সাইন্স অশুক চাওখংলবা কম্পুটরগী যুগসিদবু করিগী ভাঙলোই ।"

"য়াম্নী শাবস্থু যাইদনা ।"

"য়াই হিবম খরদি "

"অদুদি মীগা চপ মান্নরেমী ।"

"হোয মীমক ওইরবনি—টার্মিনেটরদা নঙনা উরিবছুনি—অদুদ"...

"অদুদা হায়বদি—"

"হায়বদি- মাগী য়াথল খোপ পুম্নমক মশাগী ওইদে—মী অমনা কন্ট্রোল তৌই মীঙনা হায়রকপা অদু নত্তনা অতৈ খনবা ঙমদে তৌবস্থু লৈতে ।'

"অদুদি মীস্থ অম্মা নত্রা ?"

"করম্মা ?

"ঈশ্বর অমত্তনা ঐখোই মীওইবা পুম্ববু শেম্মী অমস্থং কন্ট্রোল তৌই । ঐখোইনা তৌরিবা তৌদবা খবক পুম্নমক ঈশ্বরদুনা তৌহনবনি হায়না ধর্মগী লাইরিক পুম্বনা হায়রি অমস্থং মদু চুম্মী হায়না য়ানরি । অদু ওইরবদি মীস্থ ঈশ্বরনা শেম্বা হংলাই নত্রা ?

"মদুস্থ চুম্মী— অমরোমদদি ঐখোই পুম্বস্থ ঈশ্বরনা শেম্বা হংলাইনি—রোবোট ঙাক্তনি । অদুবু ঈশ্বরনা শেম্বা মী হংলাইদি য়াথল খনবা ঙমই— মফম মতম অবস্থা মতুং ইন্না য়ারেপ লৌবা ঙোংবা ঙমই । ঈশ্বরনা পীরকপা য়াথং ফাওবা চুম্ব্রা লানত্রা হায়না য়েংই অদুগা ঈশ্বরদা ফাওবা হংই—করিগুম্বদা ঈশ্বরনা পীরকপা য়াথং ইন্দে । য়া পুম্বা খন্নবা য়াই তানবা য়াই ঈশ্বরনা মী শেম্মী মানঃ হায়বা তৌই হায়বসি মীনা হায়রবনি, ধর্মগী লাইরিক মীনা ইরবনি, পম্না হায়রবদা মীনদি হংলাই শেম্বা ঙমই অদুগা হংলাইনদি মী শেম্বা ঙমদে ।

মীনা শেম্বা মীয়ক হেক মানবা হংলাইদি হৌজিক্কী মতমগী মীদগী থাইনগী মতমগী মীনা য়াম্না হেন্না হৈরম্মী। ঐখোয়না থেংনবা মহাভারত রামায়ন্দা য়াওরিবা মায়াগী লান্দা চিংচাবশিংনা হেক হেক পুথোকখিবা মায়াগী লাম্মী অশুকপা থুংলাহ পায়বশিং অদু বিজ্ঞান হৈরবা হিংচাবশিংনা পুথোকপা হংলাই রোবোট ওাক্তনি খুদম ওইনা হায়রবদা রামায়ন্দা রাবনগী মচা ইন্দ্রজিৎনা লানকম ময়ায়দা রাম লক্ষ্মনগী মাঙমক্তদা সিতাগী খোঞ্জেলমক্তা মখোন থোক্ক কপ্পবী মায়া সিতা হাংখি। মহাভারতা শ্রীকৃষ্ণগা হিংচাবগী নিংথৌ শাম্বগা লাম্বেংনবদা শৌভপতি শাম্ব নিংথৌনা মাগী অপাইবী শৌভ বিমানগী "ঐবু কান্না রাও কৃষ্ণ" হায়না কৌরবা মায়াগী বসুদেববু হাত্তুনা লানকমদা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙমক্তদা থাদরকখি—। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা ভীমগী মচা ঘটোৎকচগা কৌরব তেংজোলগী হিংচাবা নিংথৌ আলম্বুসকা থেংনবা লানকমদা মশাং লাকওরবা মায়াগী লাম্মী পুথোক্তুনা থেংনখিবা- শ্রীশ্রী দুর্গাগা লানকম কয়াদা থেংনখিবা হিংচাবা নিংথৌ কয়া—মহিষাসুর, শুম্ভ নিশুম্ভ।

ঘোরাসুর রক্তবীজনচিংবা কয়ানা দুর্গানা হেক হাংপগা মশাগী ঈনা লৈবাক্তা হেক তাবগা মাশুম্ব কয়া লৈবাক্তগী চৌগৎলক্তুনা শ্রীশ্রীদুর্গাগা লাম্বেংনখিবা পুম্নমক হংলাই রোবোট ওাক্তনি। ভারতদা নত্তে—হংলাই রোবোট, পুথোক্লম্বা- গ্রীকী রারী আরংগ'নাউটসতা থেসালীগী নিংথৌমচা জেসন্না কৃষ্ণসাগর মনাক্তা লৈবা কোলচি লৈবাক্তগী গোলদন ফ্লিস লৌবা লাকপা মতমদা কোলচি নিংথৌ য়াংং মতুং ইন্না ময়াদা মৈ চৌরবা ষন লাবশিংদু পাবোং লাক্তুনা লাইমীংথৌ আরেসকী লৌকম খোইদোক্লগা চীংলাইগী ময়া কয়ামরুম হুনবদা খোরকখিবা থুংলাই পাইবা লাম্মী কয়ামরুম অদু হংলাই—রোবোট ওাক্তনি। অদুনা মীনা হৌজিক হৌজিক পুথোক্লৈবা হংলাইদগীদি থাইনগী মীশিংনা শেম্নবা পুথোক্লম্বা হংলাইনা য়াম্না মশুন হেন্নগী মী মক্তুনা পবক চৌরম্মী বা

লান ভাওলম্মী। অদুনদি বিজ্ঞানসি হৌজিকপুদি থায়ননা হেন্নবরা?" হেন্নবা ভাই। "অদুম অদুন ওইনমক থাইনম্ন হৌজিকম্ম্ হংলাই পুন্নমক মখোয়দা শিন্নরকপা থবক অদুদগী শেম্বা তৌবা ওমদে রাখন থনবগী শক্তি লৈতে। থবক অদু কৈ কক্তে মতম চাই চাদে—মকম চাই-চাদে থওদে-ভাওন শানবা থন্নবা অমও যাদে মওোন্দা শিন্নরকপা থবক অদুমত্তং পাওখোকপনা মাগী উদ্দেশ্যনি।

"অদুদি নহান মথা কৈকাইগী ঠিকাদার তোম্বগীদা লাক্লম্বদু হংলাই ওইবা ভাই—লুপা লাখ অনি তাং ৩০ দা পীয়ু হায়রম্মী হায়। ঠিকাদার তোম্বনা হায়জবা অমত্তা মনানা ভাদে হায়—তোম্বনা হায়জবা—বিলস্থ কংজ্রি—ইমুং মচুং মী ১০/:৬ চাম্রি ইচা অনিস্থ মপান্দা লাইরিক তমলি থুম্ভা লুপা লিশিং মঙা তরুক কাওবা পায়রজে—অমুক য়াবদি লৈজদে মুপীগী সনা লুপা লীককোন কাবখোক্নুনা লুপা লিশীং ২০ দং থা অনিগী মচুংদা পীজগে—

"মচু শুকরা য়ারোই—তাং ৩০ কাওবগী মচুংদা লুপা লাখ অনি পীজবদি জুং চারোই। কত্ত-মুংদা খোকপা নশাগী দায়নী।" হায়না নোংমৈ অত্তেনবীচু উংলম্মী হায়।

"মাবু দোনেসনকা কন য়াম্না তৌই হায়বদাইনে।"

"ইত্তংতত্তনা লুপা লিশিং মঙা তরা দান তৌবিবনি। মমাও থাদস্থ লুপা লিশিং তরা পীখিবনি- কাওবু অদুদি হবাও হন্নাও লৌখি—হায়বস্থ অকবা থবকীনি ঐখোয়না লৌজরিবসে হায়না হন্নাও হন্নাও চংখি—ভাওন শানবা য়াই ব্যবহারস্থ য়াম্না কজে হায়- অদুগা নহানগীচুদি রাভাং শাভাংনা লুত্রিখা হায়ন ভান্ন অমত্তা য়াদ হায়।"

তোখা মকোক্লা মখুৎ হাপলি মুমিত্তি নিনিত্তা মভায়রে শেলদি তুপদবা য়াম্না রাংলি কোয়চেন চেল্লি, পুবস্থ কংদে—মুপীগী লীক-কোন সনা লুপা লৈজবা লোয়না কায়রে অদুবু য়াম্না রাংলি কংপদবা বিল বজান থম্বা ডিস্কাউন্ট য়োনবা লৌবিনবা লৈত্রি।

মযায় অহু মুশিন মুনা কাহংলে। মতম থরমং ঙাইবীমু হায়বা কাওবা য়াদবসিনদি মঙোন্দা চায়রুকপতু শোয়বা য়াদবা ঙাওন শানবা থম্ববা য়াদবঃ হংলাই রোবোট ওইরমগত্রা? নত্রগা লং অংলবা হংলাই ওইরিত্রা?

"লং অংলবা হংলাই হায়দি কৈনো?"

"লোইশিনবীত্রবা ভূংকুপনি। লোইশিনবীত্রবা ভুং, কনট্রোল তৌত্রবা রোবোট, থৌরী কোম্নবা নম্বর, লং অংলবা হংলাইদি মৈতৈনা উপত্রোপ হায়না খঙনবা ভুং চাদবা থবক য়ায়া তৌবনি।"

লোইশিনবিত্রবা ভুং হায়দি করিনো?"

"ভুং শাৱরম্বা মুপাচুনা ভুং অহু মক্কম চানা শিন্নচুনা লোইশিন্দুনা থনমদনা শিদোকখ্রবা অহুঙম্বা ভুংপু লোইশিনবীত্রবা ভুং কৌই।"

"থৌরি কোম্নব নম্বর হায়বদি"?

"মচুশী খুদম্‌দি মাইলাই, হৈয়াঙোইথোং, আর এমসি, বাসিখোঙদা শীকথরা উপ্রেন্দনা। হুন্দক তোপ্পা ঠিকাদারনা থেংন- রুবসি লংঅংলবা হংলাই ওইরম্বা য়াই।"

"অং হুন্দক মরুকসি মথা লৈকাইদো অহুঙম্বা হংলাই রোবোটনা য়াই চাইরে হায়নৈ।

ডিসেম্বর ১৯৯৩

## (১৪)

# মুপীগীবু চহি লৈবরা

ঐখোইগী চংনবীদা নোংমত্তা হল্লবস্তু ইচে—শাগৈগী মিংগো মতুং ইল্লবদি ঐনা উদবমখৈ হল্লবস্তু ইনে ইংঙোন অবোক অহুম কৌই। অহুবু মরী মত্ত' শাগৈগী মিংগোগী নত্তবদদি ঐনা হনবনা ইবেম্মা ইচন ঐঙোন্দগী হনবনা ইচে অহুম কৌবা চংনরি। লেংম্বাল্লদা মমিং কপ্পা, থিল্ল-ভোংনদবা চহি হায়রবা ওমদবা মুপীদনা অদোম নত্রগা নমহাইনচিংবা তৌনৈ। মমিং খঙলগনা মমিং ফান্দুনা কৌই। অহুনা অচম্বা থুজংদা লৈবা ঐখোয়দি কনানা হনবগে খঙনবা মুপীদস্তু চ'হি হংবা অহুম চংনৈ—হংনৈ—হংবহু হৌনবা খঙদবনি হায়না খল্লদে। অদুবু য়াম্না লৈবাক মচা ভাবা সমাজদা খোইদোক্লা সহরগী সোফিসটিকেটেদ সোসাইটিদা থিল্লবা খঙন-চাল্লবা মল্লক্তা মুপীগী চহি হংবা চংনদে ব্যবহার খোক্কে হৌনবা খঙদবা চিংই হায়রবসি ঐ ইহান হাল্লা শিলং লৈবতা ভাখি।

ইংশোক ১৯৫৪ গী বানি - মুমিং অহু ডিসেম্বরগী তাং ৩১ নি।

ওসি শিলং লৈবতা অনৌবা চহি ওকদৌরি। বোল দান্সকা লোয়ননা দিন্নর পার্টিনি— অরিবা চহি বিদায় তৌবদা লম অসিগী রাইতোং থমদোংবা পুম্বা তিল্লে। মখোয় পুম্বা লৈব অসিগী মেম্বর অমদি লৈব মেম্বরশিংগী মরূপ-মপাং বার্তন কংহুনা লাকপা ওাকনি।

আসাম রেজিমেণ্টেল সেণ্টর, হেপী ভেলীদগী ঐখোয়—কেপ্টেন সুরী, লেপ্টিনেণ্ট শিশুপাল, লেপ্টিনেণ্ট পাছুরা, মেজর রানা, মাগী মুপী অমসুং মনাও মুপী সোভা—আর্মী লিমোসিন অমা তোংলদুনা শিলং ক্লবতা মুংলাংগী পুং৮ লোম ভাবদা থুংখি। মেজর রানাগী মনাও মুপী সোভা, কেপ্টেন সুরীগী কিয়াজিনি। মিস সোভা— ত্রিপুরা রোয়াল ফেমিলীদগীনি, কেপ্টেন সুরীগী মশম কক—মকোই কোক্রিমখৈ লুহোংলোই হায়দুনা লৈনরিবনি। শিলং ক্লবতা লৈরম্বী নোংথুমৈদগী খাসি লৈশাবী সোসাইটি ইলাইট মিস লীংদো লেফটিনেণ্ট শিশুপালগী কিয়ানসিনি। লেফটিনেণ্ট পাছুরা গোরানিজনি কোনফর্ম বেচেলরনি। ঐখোয়না মাবু এংগ্রজলো ইণ্ডিয়াননলা হায়না হেক হংলুবদা মানা ভস্তুনা থুমখি—"নখোয়ভা নত্তে অতৈনসু অছুম্না চেক হেক হায়রবী; থাজৈশেংবদি ঐদি ইন্দো পর্টুগীজনি—গোরাদা লৈবা গোরানীজনি।"

মহাক নহা ওইরিবা ইনথংলক্লিবা শিশুপাল সুরীগুম্বা নত্তে। মুপী নহা খিররোই হায়না লেপপ্রবনি। কোনর্কামদ বেচেলরনি। মাগীদি ভোপভোপ্পা কিয়ানাস লৈত্তে—"ঐগীদি ফিমেল পুথা ঐগী কিয়াজি ভাকনি।" ক্লব হেক য়োৎবগা মাদি ক্লবকী বারদা হাইজিনখিদুনা হুইস্কি থুলো পেক অনি অছুম কিং কিং নিটসতা থকচিল্লি অছুগা নাইতোম কল্লম্বী লেডী অমগী মনাক্তা চঙদুনা বারী শাবা হৌখি।

ঐখোইসু ক্লবকী ময়াম ফমফমদা গ্রুপ গ্রুপ কয়রিবা অছুদা থর হেন্না খঙনবা উনবা য়াওবা মফমদা চঙদুনা রিস, তৌনরবা তুংদা গ্রুপ অছুগী মনাক্তা ফমদুনা লেফটনেণ্ট শিশুপাল মিস লীংদো, কেপ্টেন সুরী, মিস সোভা, মিসেস মেজর রানাগা ঐখোই বারী শাদুদা কমী অচবা বারীনি—

"শিলাংগী হৱা পানী কুর্মসিদি কা চেন্না ঈংই।"

"চুম্মী য়াম্না ঈংশ্রে।"

"মহান ভন্নাইদা আউটাং ভৌরুবত্থ কমদৌরবই ?"

"ক্রাইট এন্টরটেইবাং ."

অদুম। রাষী শারিবৈদ: লেফটিনেন্ট পাতুরানা কন্নিবা বারণী নাকন অদোমদা য়ায়' হৌনা' নোঙ্গকপা ভাবদগী ঐখোই অদোমদা বিয়ার গ্লাস অমমম পান্নরছুনা চত্তশিন্নুই। কাওবু অহ্ সোপ টোক ভৌরবদগী ঈশৈ অমমম শরুরম্মী ক্লব মেম্বর অকৈম্ম অদোমদা ওনশিল্লকলে— মত্তমছুদা লেফটিনেট পাতুন্নানা আসাম রেজিমেন্টকী ঈশৈনি হায়ন্নুনা শক্রম্মী-

''বদলু রামকী বর্তন

জমিনকা নিচে হৈ

হম ইসকে লিয়ে

উসকা রেস্ন মিলতা হৈ;

হা-ল-লু য়া

হা-ল-লু য়া

বদলু রাম্‌কী বর্তন

টিউনিকী নিচে হৈ

হা-ল-লু য়া

হা-ল-লু য়া।

ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুনৈ। "টিউনিকী নিচে হৈ" হায়-রকপদা শিওপাল, সুরী, রাবা, লোভা, ঐ, ঐখোই পুম্বা য়েংনরগা নোমোন নোক্লম্মী—মরমদি মহ্ কম্যাণ্ডেন্ট কোলনেল রামদা ঈজিত তৌবা পন্ অমনি।

আসাম রেজিমেন্টকী জন্নানশিং অরাং নোপোক ভারতকী মী-নাগা, কুকী, লুসাই, মিজো, খাসি, কাছারী, মণিপুরী, নেপালী, অসামী-নচিংবা হিন্দি লোন্না মরালোন নত্তবা রায়া রাওবা রেজিমেন্টনি। মখোয়মা হিন্দি রাহৈ কন্নামরুম উচ্চারন চুন্না লোনবা ওয়দে অতুগা চংনবী রাহৈস্থ মুন্না খণ্ডদে—অছুনা মখোয়না রেজিমেন্টকী ভাবা হিন্দি

ওইরকপদা মখোয়না খঙননবা হায়রকপা লোন্দা কয়া এম্যুজ ওইবা ছিয়ুমরনি। কনাগুম্ব' রেজিমেন্টকী জরান অমদা "তুমহারা উম্র কিতনা হৈ"—"নঙগী চহি কয়া শুরবগে" হংলুবদ' খংওাই খুমকলোই,—অদুবু "তুম জামিন মে কভ পৈদ' হোতা হৈ" হায়না হংলুরবদি— মাগী চহি হায়রকনি। অদুম্না মাত্রাজদা চা লৈবদা চা য়োনবনা ঈংননবা পাত্র অনিদা ওম্বাং ওনশিন তৌবহৃ মুম্না য়েংলগা ' চা গজ অমা পীয়ু' হায়না হায়রিবনি

মতমদুদা ক্লবকী সেক্রেটরীনা মুমিং অদুগী প্রোগ্রাম লাওখো-রকই—অহানবদা তম্বুলা শায়গনি মথংদা অনৌবা চহিবু ওকপা ওইনা বোলদাম্স তৌগনি।

ঐখোয় পুম্বা তম্বুলারোমদ. মায় ওনশিল্লে। শিলং ক্লবকী রেল ফেয়ার কণ্ডগীদমকনি। সেক্রেটরীনা মষ্টর অব সেরেমনি ওইনা লাও-খোকখি—মপুন্বা কলেক্সনগী চামদ' য়াংখে রেলফেয়ার কণ্ডদা, চামদা কুনমঙানা ফুল হাউসত', অদুগ' চামদা মঙা মঙানা কুইক ফাইব, পিরামিদ, ফাষ্ট লাইন, সেকেণ্ড লাইন অমসুং থার্দ লাইনগীনি। ঐখোয় পুম্বা লুপা মঙা মঙা পিবা টিকেট লৈরে।

তম্বুলা হোরে--সিঙ্গল নম্বর—দি ফাষ্ট অব এভ্রি ইয়ার—সিংগল নম্বর রান—হুইট সেভেনটিন, রান-এণ্ড সেভেন—সেভেনটিন; তু কেং লোডজ-ঐইটএণ্ড ঐইট ঐইটি ঐইট; তু হোকী ষ্টিক—সেভেন-এণ্ড সেভেন-সেভেন্টি সভেন; ত লিটল দক্স- তু এণ্ড তু-টুয়েন্টিটু—গ্রেটেষ্ট সিঙ্গল নম্বর নাইন অসিনচিংবা—ঐখোয় লাংরকপদা য়াওবা নম্বরশিংদু ককই। ময়াম-লাক্নী মথং মথং কুইক ফাইব, পিরামিদ, ফার্ষ্ট লাইন, সেকেণ্ড লাইন অমসুং থার্দ লাইন লোইনা ফাওখ্রে। তৌজিক ফুল হাউসতা মঙায়রে। মথংগী নম্বর লাওতক্লনা ঙাইনরি। লাওখোরকলে মথংগী নম্বর—হাফ এ সেনচুরী—ফাইভ জেরো ফিফটি—হেক হায়রকপদা লেফটিনেন্ট পাহুম্বা ফুক হৌগতুনা লাওরকখি—"হাউসি।"

মথংদা টিকেটকী নম্বরশিংছু কনকার্ম তৌরকলে। ৭, ২৭, ৩০, ৪৯, ১, ৯ ৯৬, ৮৮, ৭৭, ৬০, ২২, ১৭, ২৪, ১৯, ৫০ হায়রকপদা স্লেস চুম্মী হায়না চথরম্মী— ইকোন কোনবা নম্বর ৩৩ হায়রপদদি মহু য়াও-রমজ্রে—কনকার্ম তৌজ্রে ; মতমতুদা ময়াম পুম্বনা শাওনরকখি "বোগী" লেফটিনেন্ট পাছুবা নোকখি, কমথখি . মথং নম্বর অনি অহুম শাওরবা তুংদা কেপ্টেন স্নরোগী কিয়াম্সি সোভানা ফুল হাউসকী লুপা লিশিং মঙা কংখ্রে।'

অথুনা সোইবদা পুং অরা তারে ময়াম কাওবু কাওবু কমছুনা ওনশিনছুনা য়ারী শানরী; ক্লবকী বিয়াররশিংনা বিয়ার গ্লাস সোফট ড্রিঙ্ক অমদি হুইস্কী, ব্রান্ডি, কোগনেট, রম চেমপেন্নচিংবা য়াউও চৎলি। মছুনমু ওক্তুছুনা থরদি ক্লবকী বার লোমদা হায়জিন্নরি ! থয়না কার্ড রুমদা চঙখিছুনা ব্রিডজ, রামী শান্নখি থর অমনা য়াওলেটস্তা উংখ্রি।

মতমসিদা বোল দালকী কনসার্ট জাজ খোংলকপদগী জুরা জুরা হৌগৎ-নছুবা দান্স ফ্লোরদা বোল দান্স তৌনরকলে। য়ালজনা হৌরগা মথং মথং ফোক্স ট্রোট টেঙ্গোনচিংবা হোং হোংছুনা দান্স ফ্লোর অছুদা লৈনা লৈনা চডুনা জগোই শানরকলে। কনসার্ট অছুগী খোংলিবা ঈশৈ, য়েন্নিবা ত্রমগী রিদম অমদি লৈনা লৈনা খোঙথাং চানা তান চানা শান্নিবা মশক মতৌ ফজবী কেয়রী সোসাইটিগী ইলাইট লেডীশিং অমদি চু' ফিরান চানা ফজরবা মেল পার্টনরশিং য়েংলুবদা মিংকম হোংবা য়াবা নত্তে অদুগা জগোই শাবদি হৈত্তবা ফজরবী অছুবুদি থাদোক্তনা পংচোংদা চোংবা পংশাদা শাবা আমী অফিসার অমা অনি য়েংলুবসু কুইম্নি—মখোইগী ফিমেল পার্টনর সিং অছুনা হায়দি হায়-দোক্তনা হৈনদবা থাওবছু মিংকী কুমৈনি। থওইনা বোল দান্স তন্নীংছুনা য়াওরবা লৈশাবী অমা অনিসু য়াওদবা নত্তে।

লেফটিনেন্ট শিশুপালগী ফিয়ানসি সোসাইট লেডি মিস লীংদো মাপা লোয়নরকপী মশব মতৌ ফজরবী থাসি লৈশাবী মিস কেয়োলিন

অমদি কেপ্টেন সুরীগী কিয়ানসি মিস সোতা, য়াম্না হৈনা যক্তনা জগোই শাই—মখোয়গী পাটনর সুরী, শিশুপাল, পাহুর কজনা থাগৎপদা মতৌক চানা হৈশিংনা চৌংলেম্না জগোই শাই। কাংগুনা ঊশিংদা ঊরোইবগুম নীংথিজে।

বোল দান্সকী খোংথাং খুৎলৈ, রিদম চানা অহৈবশিংনা শাবা লৈবন্থ য়াম্না লায়না উই। খোইদোক হেক্লোক্লা থাবল চোংবী য়াম্না য়াওরব্নবা লাই হরাওবগী জগোই অমুক অনিরক শায়ব্লব। অমদি অঙাং ওইরিঙৈদা শ্রীগোবিন্দ মাগুবতা কোকুংগী করশেনবা জগোই অমুক্তং য়াও-থিবা কয়া অতুনা বোল দান্সকী রালজ, কোক্স ট্রোট, টেঙ্গোনচিংবন্থ য়াম্না লায়না উই—তমত্রবন্ত হেক্তা শাবা তমগদবোই থল্লি।

খোইদোক্লা ঊনথৎলকলিবা চহি ২৪/২৫ চঙলকপদা গুায়রিবা ঐঙোন্দদি লৈশাবী খুদোংমক কজনা উই অমদি মিস কেরোলিনগা খুৎ পায়নতুনা ফ্লোর অতুদা ডান্স অমুক্তংদি থোক্লোইংই—হৈবা হৈতবগী রানা অমনি। জগোই য়াম্না হেক্তা শামিন্নরনীংলকলম্মী অতুবু মিস কেরো-লিনগা কয়া কেমিলিয়ার ওইদবা, ক্লব অতুদা মীনোগা ওইরুবা অতুনা নীংহয়দুনা থৌনা ফুদোক্লুনা হৌগত্তুনা য়াওরুবদি থর হজোইরম্মী। খোইদোক্লা লেডীশিং অঙ গুকহাঙ হাঙলমদে। অতুবু য়াওনীংবনা থ্রো থ্রো থ্রোংলি--খোঙসি ময়েং ময়েং চৎলি। মরম অতুনা কেরোলীন অমসুং লীংলোবু চাগদগুম য়েংলম্মী।

অতৈ অফিসার অমদি ক্লবকী মেম্বর থরদি মরক মরক্তা দান্স ফ্লোরদা চগুতুনা মানা মানা জগোই শামিন্নরনীংবী মুপী অতুগী পার্টনর ওইরিবা মুপা অতুগী লেংবান্দা থুংবা ক্লেক শোক্লুই—মুপা অতুনা মাগী পার্টনর লেদি অতু চংলক্লীবা মুপাতুদা শিন্নরম্নগা ফ্লোরদগী মপান থোকখি। মপান্দা থোরক্লগা ঙাইহাক্ক ফমতুনা পোথাই—জগোই য়েংই নত্রগা সিজল তাবা অফিসারশিংনা বারদা পেক অমা অনি থক্লিবন্থ য়াওরুই—নত্রগা কার্ড টেবলদা চতুনা ব্রিজ নত্রগা রামী শান্নরিবন্থ য়েংলুই নত্রগা পার্টনর

শেমহুনা শারে—অদু নত্রগা রৌলেট উংকমদা লাইবক চাং য়েংবা য়াওরই। অদু ইনং নত্রগনা গ্রূপ অমগী মনাক্তা চংহুনা গ্রূপ চৈক তৌরই। করারক চরা খরব মতুংদা মিস কেরোলিনগী পাটনর ওইমা থোল দাস অমুক্তদি থোক্লগে কনাই করি করা-হায়হুনা ফুক হেক হৌগংলকপা মহুদা কমসাটি লেপন্ত্রে ক্লোরদা লৈরম্বা জগোই য়াওরম্বা পূম্বা থোরক্না গ্রূপ গ্রূপ মাগী মাগী ফমফমদা ফমহুনা রারী রাতাই শানখি গভি লৌত।

জগোই শামিন্নবা কন্ত্রবগ্ন খঙদদি খঙনহুনা রারী অমনিদং শান্ন-হৌগে হায়হুনা মথোয়গী মনাক্তা চঙহুনা সেলক ইন্ট্রাক্স তৌজরে অদুগা মথোয়না রারী রাতাই শানবদু য়াওরই। রারীগী টৌপিকঃ—"মিস কেরোলিনগী জগোই কক্তে। "মেজর অদু জগোই হৈত্তে তান কাই মুত্তাইত্তে শামিন্নবা।"

"জগোই শামিন্নবদি পাটনর কক্রবদি শাব য়ারোই।"

মিস লৌংদোগা লাকমিন্নবী মিস কেরোলিন ঐগা হেক থংননা কম্নি ঐম্ন মনাক্তা কপগী মুত্তাইবগী ইনিননা ইমুন মুলি। রারী অমত্তখি শাগে করি চায়না তৌশিগে- কন কুইনা থনখৈ খন্নুরুপা থংহায় ওইনা হায়খি—

"অদোমু চহি কয়া শুবিররগে ?"

মহাক শুচাক রাখল তৌরগা নোকমি নোকমি খুন্নকখি মিংকী মিংচিগা লোয়ননা—

"পেস তৌবিয়ু কয়া শুরপ্পনি।"

ঐ চায়কম খঙদনা ইকাইতম্ম তৌই, মায় শাঙতক তৌরকই খনকম খঙদে খুমকম খঙদবমথৈ নৈশাবীহুগী মমাঙদা ইক-আক তৌহুনা নৈরিহৈহুদা লেফটিনেন্ট পাছুরা চঙশিন্নক্নুনা চাররে—

"মিঃ সিংহ অসিদা কৈংোমা কয়ে অমুক্তা ফ্লেলুসি।"

মানা থুং পায়দুনা চিংলম্বা অদুদদি মিস কেরোলিনগী মনাক্তগী চংনীংদ-চংনীংদ- ভঙাইকদনা ঐখোই অনি থোরক্লে বায় মনাক য়ৌরে। বায়দগী হোটা পেক অময়ম লৌরদুনা থক্লা থক্লা মানা হায়রকই—

"মিঃ সিংহ মপীদা চহি হংবা ব্যবহার থোক্তে, মপীগী চহি লৈত-বনি। মথোয়গী চহিদি বাখল ঊরাং অমদি মশা মশাগী কিত্তম মতুং ইনবনি।"

পূং অরামাখোই তারক্লে অনৌবা চহি য়ৌরকদবা পূং অময়ম মঙাররে। অগোই শানা শানা অনৌবা চহি ওকদবান, বোল দান্সনিনা জুরা জুরা শাবা তাবনি—মপাগী মশীংনা মপীগী মশীংদগী শরুক অনি হেল্লি—অদুনা শরুক তংখাই অমদি নীংবা কায়বা তাই—অদুনদি য়ুবীরাকপী তৌবা তাই—কোকাই লুকাইনবস্ম য়াই—অদুনা মরাইবক য়েংননবা লৈরিবা য়াওগদবা মপী পাপ্পা মমুংদা কোয়রে অদুগা মপা পাপ্পনা মপান্দা লাওনা কোয়রে অদুগা ম্যাজিকেল চেয়ারগুম্বা—অরিবা চহিগী বিদাই ওই।

"হি ইজ এ জোলী গুদ ফেলো—" কনসার্টতা খোংলম্মী। ঈশৈ হেক লেপ্পগা মপাশিংদুনা হোৎচিন্নদুনা মপী অময়ম তাপ তাপ পায়নখি। পায়বা কংথৌবা কাওদুনা ক্লোরদা লৈহৌরে—কোনসার্ট খোংদুনা অগোই হৌখ্রে। লেমহৌবা মপাশিং ইকাই-ইকায় লোইনা হন্দোক্লরকলে; হন্দোরকপশিংগী মরক্তা ঐস্ন অমনি।

ঐনা বোল দান্স অদু য়াওদি য়াম্না য়াওনীংলগা য়াওবদি ফংদদুনা নীংবা কায়না গুকথদুনা লৈবদু ঊবদা মুঙাইত্রমাগে—ঐনা ঙসাই চাগ-দগুম য়েংখিবী-রারী শাবা হৌখিবী মিস কেরোলিন কদোমদগীনো ফং থোরক্তুনা ঐগী থুং পায়দুনা চিংখংলায়। বোল দান্স পুঙ্জিগী অহানবা ওইরা শারে কেরোলিনগা শামিন্নরে। মুঙাইবা হরাওবনা মিকুপ্পুদা লুতোন শাংলে। অদুবু য়াম্না লায়পদবোই নীংলম্বদু পংলোয় লায়রমদে। কম-কম্না হোৎনৈ অদুবু মিনিট • য়োমগী তুংদা রালফ, কোম ঘ্রৌট

লোইখিদ্রুনা টেঙো তারকপদদি ঐগী খোঙনা অমা পুংগী রিদয়া অমা মিস কেরোলিন কনঃ য়ারে ঐগা অপোয় শাখিরবদু। ঐসু খা-চিকুনা কনা চেকশিন্না হোংনৈ ঃথাঙকম কায়দনবা রিদমহুগী মনুংদা অহুবু তঙ্কা তাত্রে। ঈংলবা অহিংহুদা হুমাং খিত্তুং কারকই। কৗরিঙবা কান্দা মিস কেরোলিনগী খোঙদা অমুক অনিরক নেংলুবসু য়াওত্রে।

মিস কেরোলিনগী দখাহু উবদা মুঙাইন্ত্রমালে লেফটিনেন্ট পাহুরা ফং চঙশিলক্কুনা মিস কেরোলিন ঐতোন্দগী অহুম মুনাত্রে। ঐহাক তপ্না তপ্না দান্স ফ্লোরদগী থোরকখি। মায় তাংতক পুক্নীং হাইফেং ফুংনাংখি।

পুং ১২ হেক তারবা মতুং লেকেও অমা চৎপা হৌরকপদা রবর বেলুন ময়াম থাগৎলকলে—মপান্দা ভেরী লাইটনা অঙাঙবা অশংবা অরংবা মচুগী ষ্টার কয়া নোংথক্কা কাপখত্তুনা—অমাদ মচু মখলগী বেলুন্না পাইখত্তুনা অনৌবা চহিবু তরাম্না ওকপগা লোয়ননা বোল দান্স শারিবা পুম্বা, ক্লব মনুংদা লেরিবা মী পুম্বা চপ মান্ননা লেপ্তুনা লাওনরকখি—

"হেপী নিউ ইয়ার"

অহুগা নক্ক নক্কবা লোজোয়হুনা খুৎ শোক্কহুনা অনৌবা চহি তরাম্না ওক্রে। মথংদা বফে দিন্নর লোইরবা তুংদা ঐখোই হেপী ভেলী তাম্না হুনখি।

ঐহাক কোর্স লোইরহুনা ইম্ফালদা খোরকখি—অহুবু লেপটিনেন্ট পাহুবাগী বাহু কাওবা লৈখিদে—নীংশিং নীংশিং লাকখি—হংজখি ইথন্তা—অওইবমক মুপীগী চহি লৈতবরা?

পুরানগী বারীদা য়াওরী রৈবত নিংথৌগী মচানুপী রেবতী সত্য যুগতা পোকখি যুগ অহুদা মগুন লৈরবী মচা মুপী রেবতীগী মতৌক চাবা মমাক পোকখিদে। অহুনা মচানুপী অহু থাজখিদে। অহুবু ব্রহ্মানদি হায়খি—বারুমু মহারাজ নচা মুপীগী মতৌক চাবা মুপা পোক্লকখিনি দ্বাপুর যুগতা—মহুগা নচানুপীগী মুপা মতৌক চাবা নমাক মুপা কংগনি। নিংথৌ মপা মচা সত্য ত্রেতা যুগ অনিমক লাহোক্লতুনা

দ্বাপুরগী অরোইবা শ্রীকৃষ্ণা বলদেব দাওজি পোক্‌লনা দ্বারকাদা লৈরবা কান্দা রৈবত নিংথৌনা মচানুপী রেবতী পুন্নক্‌লনা বলদেব দাওজিদা কত্তুনা লুহোংখি—

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মচা প্রদ্যুম্ন হেক পোকপা মতুং হুমিং ওইরক্লী শুব' সুমিত্তা শম্বর নিংথৌ সম্বরনা হুরান্দুনা সমুদ্রদা লংথখি; সমুদ্রগী অচোবা ঙা অমনা য়োংখি প্রদ্যুম্ন। ঙা অদু ঙা ফাবনা ফামগা সম্বর নিংথৌদা কংলকখি। সম্বর নিংথৌগী চাকশংদা লৈবী রতিনা ওইখিবী মায়াবতীনা ঙা অদু মথুং লৈরখাইরবদা শুপিরবা অভাং প্রদ্যুম্ন থেংনখি। মায়াবতীনা প্রদ্যুম্নবু য়োক্‌লনা পাখঙ ফারবা কান্দা সম্বরগা লান্ন তৌদুনা সম্বর নিংথৌবু হাংখি। অদুগা মাবু' য়োল্লকপী মায়াবতীবু লুহোংদুনা লৌরগা দ্বারকাদা চল্লকখি। অওইবমক সুপীগী চহি লৈতবরা?

খল্লা খল্লা লাকপনা য়ুম য়ৌরে! য়ুমদা ঐগা হেক থংনবা ইনাও অদু সুপী চেল্লকলে হংচিং লুহোংগনি হায়দুনা ঈমাং লাওলম্মী।

ইনাও সুপী ওইগদৌরিবতু কনানো?

মহাক মকোক খুম্নদুনা ঐপী ঈমাংদা থোকখিবতা ঙাইরি—

"ইচে তোম্বীনৌ নত্রা?"

"মানি ইতৈ ইবুঙো"

ঐ তশেংনা উহৌই—মহাক কোংবা কোনসম লৈকাইদা লৈবা ঐগা য়ান্না লুনা তিন্নবা নরেনখোইগী মথাথংবদা লৈবী ঐঙোন্দগী চহি মঙা-রোম হনবী ঐনা ইচে ইচে কৌবী তোম্বীনৌনি।

অওইবমক লেফটিনেন্ট পাদুবা নহাক্কা চুমলেদনা।



ডিসেম্বর ১৯৯৩



